# মংশং তানবা

সোনামনি সিংহ

**Mangsat Tanba by E. Sonamani Singh.**

**A collection of short stories written during his sujourn at Hill districts of Manipur and Ranchi, a hill resort in Bihar.**

---




থাদোকচবী—এলাংবম [illegible] রাজকুমারী

অহানবা [illegible]কোংবা—১৯৭৮ ইং

২শুবা [illegible]—সেপ্টেম্বর ১৯৯১

কোপী মশিং—৬০০

মমল লুপা—৩০

ফংফম—মনিপুর সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল
রাইটর্স বুক ষ্টোর পাওনা বাজার ইম্ফাল
সুচেতা প্রেস মোইরাংখোম ইম্ফাল



---

নম্বম—সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্কস
মোইরাংখোম লোক্লাওবুং ইম্ফাল

# অনিশুবা খুৎনমগী ৱাহৈ খর

রোমকুদা শিকারগী ভুংদা ইং ১৯৭৮ দা অহানবা কোংথিবা "মংশং তানবা" ঐহাক্না ইজবা অহুমশুবা ৱারী মচাগী লাইরিক্নী। মনিপুরী সাহিত্যবু হুংশিবীবশিংনা তাকপীবদগী মতম কুইনা ফংলুদ্রবা লাইরিক অসিগী অনিশুবা খুৎনম পুথোকচরে।

মংশং তানবদা মনিপুর হায়বা লৈবাক অসিগী চৎনরম্বা লমন খুম্বগী ৱা হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা লাইশোন তিনশোন অমদি মনিপুরগী চীংগী লমদমগী ফজবা শক্তম অমদি ৱাঁচি চিংগী লমকোই ৱারী ঐহাক ইশানা হাকথেংননা থেংনথিবা মক্তনি।

অসিগুম্বা মনিপুর অমস্থং বিহারগী চীংগী লমগী ফজবা খর খ্বাই মাংদা পুথোক্তুনা উৎচবা ঙমহনবগীদমক মনিপুরগী সাহিত্যবু হুংশিবীবশিংগী মফমদা তৌবীমল থঙবা উৎচরী।

সেপ্টেম্বর ১৯৯১ সোনামনি।

# য়াওরিবা

# মংশৎ তানবা

## (১)

## মরাংচীং

"শাবী ইবুংঙো হা–ইমানমচামক্তবু পাম্মুবা !
হা লমলানকায়গী খোয়রোম্ম-ও লোয়মুম্বা !
লোইবী চীংগী য়াংবীথক্তা খোঙউপ, খোঙগ্রাও উপ্পুনা
লাবা কামজাও ছল্লিবা তুপী চেপ্পা উপলিবা
শামায় লৈনা হন্নমক্তবু য়েংলিবা-ওঃ
লীচৈ চৈস্তু পাইরিবা ওঃ পাম্মুবা !
ননাওনা কৌজরি খুলাম তোয়না—
ওঃ ঙাইহাক্তস্থ লমদনখো—ও !
তলা উখোং মরুমদা মালঙ লিরি হুম্বদা
লোইবী মাগী নাপ্পদা —হৈথা পোখা চাথি-সে—
চেক্লাগুম চিন্দিম্না পোম্বীগুম চীল্লোক্লা
হো মুংশি ব্রারী শাখিসে .... এঃ এঃ পাম্মুবা .... ।"

মুংশিরবা খুল্লং শৈশক্কী ঈশৈশে চীক্লবা চীংলম্বী-জঙ্গোল উমং ফাওনা লাকখি—ঐথোয় পূম্বা তাখি, কদোমদগী লাক্পনো য়েংনখি।

মুমিং অতু ঐখোয় মরাংচীং তাল্লা ছংলম্মী। অমুক অঙনবদগী খোঙ শাল্লক্লম্মী। নহান তমেংলোংদগী লাকপনি। হন্দক্তি ইম্ফাল তমেংলোং লম্বী ল্লিপ তারক্নুমা খোঙনা কাংচুপলোমদা ইম্ফাল তারকখি।

তমেংলোং - কাংচুপ, ইম্ফাল য়ৌনা শেম্বা ব্রিদল, পাথ (চীংলম্বী খোঙ,লম্বী)—সাহেবশিংনা পাল্লিঙৈদা শেমলম্বনি। পুক্লীং হুৱবা দৃশ্যনা থন্‌বনি। খুংশেম্না য়ৌবা ওন্নরোইদবা প্রকৃতিগী ফজবা উবদা কনাগী পুক্লীং লাংতক্লরোইদগে? বসন্তগী মমৈ ওইরকপা, নোংজুথা হৌগংলকপা মতমদা—উঃ পুম্বা অম্বিবা উনা কেন-াথত্নুনা বলন্তগী মতমদা অনৌবা য়েন্নীং চোংখিবত্থ মপুং মরৈ ফারকপা মতম, য়েংখি য়েংখিবদা মহৌশা লাইরেম্বীগী শাথেক শাওং, মিংয়েং ব্রাংমদা থক্ থম্বা য়ান্নোই।

অয়ুক পুং ৮ তাবা মতমদা ব্রেক্‌ফাষ্ট মতুংদা, লায়াংগী এস ডি ও বাঙ্গলা থাদোক্লে। লম্ব, শিংখুরৈ, কৈশুন্ লোয়ননা অর্দালী অঙাংজাওনা পোর্টর অনিগা মাঙ থানা তমেংলোং কাংচুপ লম্বীদা ইম্ফাল যাত্রা তৌরকলে। অশোঙ্‌বা নাপী হাইদোকপা নত্তনা অমুক হুন্না চহি কয়া শেম্বীত্রবা ব্রিদল্ পাথ ওসিহ্ অতুম ফজনা শিজিন্নরী।

অসুম অসুম খজিক্ খজিক্ চংলকপনা খোঙজ্রোন্ লমথায় য়েংওইনা থনমলে। চীংলৈবাক্ উচেক ব্রায়া লিন্-কাঙ্ লমশা কয়াগী লৈফম, চাফম, শান্নফম য়েংবগী পেন্নাইত্রবনি। নিলখোংবা লৈত্তবা চীক্লবা মফমড়্দা প্রকৃতিগী খোঙ্কেলতনা থনবনি। মথং মথং কুমথরক্লম্বী খেবু চীংগী চীংয়াঙদা অমুক্লা মুংশারক্তা অমুক্লা উরম-লক্তা। চেক্লা অপিথক্‌শিং হারীগী নিংনিং লক্তা চীক্লবা চীংলৈবাক্ নিলহুন্নি। থিন্দনা য়ৌরে খেবুচীং—মচেংথুন্নি, লিয়াই তোর্বান্দা হোংথরকপা, অরীবা খুন্দি চীংদোক্‌নি। অহল লম্মন য়ুম তরায়ুক্

নত্তনা অরিবা খুন্দা লৈহৌদ্রে, নহারোল অয়াম্বদি। খেবুচীং মৈতৈ ইতিহাসতা অশৈবশিংগী শৈহেক্তা ময়েক লেংনা থানবা লাইনিংথৌ চীংথংখোম্বগী পুন্সিগী থৌদোক্ কয়া নীংশিংহনবা চীংজাওনি। য়েংথি- য়েংখিবা মায়কৈদা মিংকম্ হোংহন্নবা ফজরবা, মহৌশা লাই-রেম্বীগী শক্তম ময়েক লানা উৎলবা মফমনি। চংলিবা ঐখোয় নত্তনা মীনিন তাদ্রবা লম্বীনি। লীয়াই তুরেল য়োরমদাইদা চীক্লবা লমদা ঈথৈচা কয়াগী ব্লায় ব্লায় চেনবা খেঞ্জেলদো কবুই লৈশা-শিংনা খোম্লোবী খোঞ্জেলনা ঈথৈচাগী তোর্ব্বান্দা চেংহি শম্বাল লাংবদা ব্লারী শীংবুন শারিবরা তত্তনা থলাংহল্লি, য়েংনিংবনা থলহল্লি।

মথং মথং ভালোক্ ব্লাইরাং ওইওইননা চঙ্‌শিল্লকু্না লীয়াই থক্তা লৈরিবা অহাইবী থোং *লাল্লকলে। লীয়াইথকী থোং অহাইবী—খোংজাই লানগী মতুংদা উইলিয়ম সোদগী হৌনা লেং-লোংগী এস, ডি, ওঃ কয়ানা মথক্তা লানখিবা, থুঞ্জা কয়ানা, অখুই খোঙজ্রোন্ খেবুগী কমলা শম কয়া ইম্ফাল তান্না—কাংচুপ তম্না হোই লাওনা পুখিবা—লম্বু কয়ানা সরকারগী অথুবা পাও পুহনা চেন্না চেন্না লানখিবা পুম্বা উরক্লবনি। থাগতত্তবা ওমলোই—হুমিং তাবা নাইত্রবা সাম্রাজ্যগী মপু ওইরম্বশিংনা শেম্লম্বা য়োংলীগী থোং হৌজিক ফাওবা—মথোয়না চংখ্রবা মতুং চহি চা-মশুং অমা হৈখ্রবা, হন্নমক্তা য়েংবিখিত্রবা ফাওবদা মপাঙ্গল মথৌনা হন্দনা মাগী মথৌ তৌরি ওসি ফাওবা।

ঈরং তুরেল য়েংওইননা ভালোক-ব্লাইরাং ওইওইনা থুমজি মাইকৈ পাংলকলে। লুরবা লাইজনা থলবী অকনবা ঈরা[illegible]

লোয়ননা নিলখোংনা চেল্লিবী ঈরং য়েংবগী পেল্লাইত্রবীদি। ঈরং-থক্কী থোং অহাইবী লান্দুনা অত্তম্বা চীংলম্বীদা খুমজি তম্না কাখৎলে লুংশা মায়োক্লনা। পুং মারিরোম কাম্বা তুংদা মুংদাংল্লাইরমদা খুমজি (লুখম্বী) য়ৌরে। অহিংত্তুমা খুমজিদা লেল্লগা অমুক খোঙশাল্লকপনা হাওচোং য়েংওইননা ওকতান ফাওত্নুনা ঈজে তুবেল লাল্লকলে। কাংচুপ চীংয়াং লাল্লক্লগা মুমিদাংল্লাইরমদা তম্পাক্ তারে।

চীংখোঙদা ঙাইহাক পোথারিভৈদা, য়ৌরকলে জিপ তোমচোনা থৌরকপা। অহিংত্তুমা ইম্ফালদা লেক্লগা মথংগী অয়ুক্তা অনৌবা কাছার লম্বীদা মরাংচীং তম্না খোংশাল্লম্মী। অয়ুক পূং মাপল তাবা মতমদা ব্রেক্ ফাষ্টকী মতুংদা, হেভরসেক লঞ্চ পুত্নুনা ঙাপ্রুম চীংজেং মায়কৈদা চৎলক্লে মুংশিংকা মায়োক্লনা। হুং-হুং লাওরবা মুংশিংকী খোঞ্জেলগা গাড়ীগী ইঞ্জিনগী ঙোং-ঙোং লাওবা খোম্থোক্কা অমত্তা ওইনা তিন্ননা নাল্লবা কোলাস লম্বীদা রবর তাইয়ারনা ওন্না থোইনা তরুকপগী শৃ শৃ লাওবা খোঞ্জেলগা পুন্না অহাঙবা অতিয়া তম্না পাইখৎলকপা মুংশিবা শৈহেক্তো ঐখোয়গী নাকোংদম্মু য়ৌরকই।

মথং মথং চঙশিল্লকপনা ঈরোইশেম্বা চীংজীন য়েংওই নাতৈ-থনমলে—লমশাং ছোরোক কৈথেল য়ৌরকলে। ছোরোক কৈ-থেলদা স্নেক্স থর চা কপ অমগা থক্চায়গা গাড়ী অমুক থৌরক্লে। খিন্দনা মাকলং লমথায় য়েংওইননা হুন্দোকলমলে। মথং মথং

লাইরেল শজিক, য়ুরেঙ্গম, মোইদাংপোক শমচুনা অনৌবা কাছার লম্বীদা ঙাপ্রম চীংজেং পাংলকলে।

নাল্লবা কোলাস লম্বীথক্তা—য়াঙ্‌না ঙংনা হাইগৎলকলি থেকখোয়না। নাকন অনিমক্তা হানৌনা নেমনেম হৌখিবা, মরক মরক্তা অৱাঙবা উ, মোংশোংনা থল্লিৱা চীক্লবা চীংলম্বীদু য়েংৱগী পেনবা নাইদে।

থিন্দনা মাইল ২১ গী দাগ বাঙ্গলা তুংওই নাতৈ থনমলে। অঙম্বা কাবগী নুংশা ফুয়না হোনবগুম ঙোং ঙোং লাওনা ঙংচুনা জিপ অদু কাথৎলকখি। ইকূই কুইদনা খারম লমখায় য়ৌরে। খারম য়োংচাক্লীদমক মমীং চৎলবা খুন্নি— অদোমদা চৎকদবনি মরাংচীংগী লম্বী।

খারম লমখায়দগী মাইল ২ রোম থৌরক্লবা তুংদা ঈখঙ্‌ খঙহৌদনা গাড়ী অদু চপ্‌ লেপথোকখ্রে। ইঞ্জিনসু ঙংলি, গীয়্যার, ব্রেক্‌. হোরোন করিমত্তা বেরা তৌদে—করম্না লেপখিৱনো খঙবা ঙমদে। মক্লংগী পাঙ্খা উংই, অদুবু থৌবা য়াবদি মরৈখিদ্রে। গীয়্যার ফ্রীদা থম্লগা বন্নেট্‌ হাংদোক্লুনা য়েংলে—করিস্‌ অকায়বা থেংনদ্রে। অমা য়েং, অমমুক য়েং, থোবা য়াগদ্রা য়েংলিঙৈদা পুং অমা অনি হৌখিচুনা নুমিৎ য়ুংৱা মতুং পুং অমা তাশিল্লকলে। মরাংচীংদি ঙসি য়ৌদবা য়াদে—ঈজৈ তুরেল শানগদবনি— খঙ্‌হৌদনা ঈজৈ তুরেল চাওরকপা য়াই।

তঙাই ফদনা তোমচৌ ড্রাইভরগা, পোর্টর অমগা, গাড়ীগা থনম্লগা খোঙ্‌না চৎপা হৌরকলে। খঙ্‌বদি ঙমখিদ্রে — করম্না

গাড়ীদো য়াখিদবনো। মতুংদা খারম খুনগী অহন লমনগা রারী শানবদগী খঙ্‌খি — মফম অতুরাইদনি অহুৈে লোইনাই চীংখং খোম্বনা পোথারম্বা মফম - অতুমক্তদনি তলা উ কাহুনা, ব্রাক্তং ফাল্লগা — য়েরুবা লাকপ্রা য়েংখিফম। পুরূীংদা খনখি — মহুনা ওইবতাই মরম লৈতনা মফম মরাং খঙ্‌দনা গাড়ী লেপখিবদো। পুংখায়মুক চংলক্লগা লমলোং ২ ফাংবা য়োরকপদনি তাখিবহু — ছারাদা শকলকপা খুল্লং ঈশৈ।

খোঞ্জেল অহু খোম্মিং কানা থুমই। অতাব' নাকোং খুদিং-মক্তা মুংঙাইবা পোকহল্লি—কদোমদগী লাকপনো কোয়রৈ লৈনা য়েংনৈ। লাপতক্লা অঙম্বা চীংলম্বীদা কুমথরকপা মৈতৈ মুপী ৩গা মুপা অমগা উখি। মুপী অনিগা মুপাহুগা পোংয়োম অমমম্‌ পুই। ঈশৈ শকলিবী মুপীহুদি মখুত্তা পোংয়োম খাও মচা অমা পায়, মানা খ্বাইদগী নহানী। য়েংথোকখিবদা মখোয় পুম্বগী নোকমী নোকমী তৌবা, হবাও তয়াম্বা শকফমহু উখি। মখোয় অহু চীং কাহুনা চীংলৈবাক্তা লল্লোন ইতিক্‌ তৌবা মৈতৈ লৈমগী মচানি। থাগত্তবা ঙমদে মৈতৈ মুপীগী থৌনা—হোস্টাইলনা থল্লবা আইনগী চপচাবা ব্রায়েন থৌদা মপুংফানা য়োঙমদ্রবা জঙ্গল উমং লক্তা, চীংজাওথক্তা মচা মগু থাব্রবা তবেৎশেন তাল্লিবা, থাগৎ-নিংঙাইনি হে মৈতৈ চম্থু নখোয়গী থৌনা।

নকশিল্লক্লবদা উরে — হরাও মোমোন্নবী কুলৈ কুচু লময়োবী, তাৗংদা য়াংদা লময়ৌবী শানৌদো খোঞ্জেলম্থু থোংনা মেঙনা শুজ্জংপীনি। থিক-থা তিলাং খয়োংন খম্মোই মিপাইনবা ঙংদানি।

"হো ইচন ইচেখোয় করি লম্ পাংলিবা!"
"হো ইবুং ঙাইবও—মরাংজীং য়ৌগনি—
ইবুংখোয়দি কদোমদা ?"
"ঐখোয়স্ত মরাংচীংদনি—"
"অদুদি খোঙ্‌বু ঙইরেদনা-"
"মানি ইচনগী মিংবু করি?"
"ললিতা"
"ওস্থোক্লা সুংশিখ্রে-ঈশৈনা ঈশৈ হৈরিবা—
লম্বী তেম্নবা অমত্তা শকখোবা।"
"হৈজপোং নত্তেদা—"
"অদু—অমত্তদি শকখোবা।"

ঙাইহাক লকক্ তৌরম্মী—চৎনা চৎনা খোংকাপ মঙা তরা থাংলবা তুংদা—

"শাবী!—ইমান মচাবু পাম্মুবা!
চীংবুরোই-তম্বুরোই-পাম্মুবা মার খোঙ্গুল লীজবা
ননাওনা করম শাংথাসিগে?
ইমান্ মচাও সুংশিবা
পাম্মু খোঙ্‌লোই ঙইজবা
ননাওনা করি পুন্যতৌরকপনো ওঃ ওঃ সুংশিবা!
শাবী ননাক্তা ওঃ চৎপল্লি
লোইবী রাংবস্থ রাংখিত্রে
শুক্লবা উমংস্থ শুকখিত্রে

ঙম্ন চীংয়াংস্থ ঙমলমদ্রে – হো পাম্মুবা।”

মমিং অতু ফল্লপ য়েংলকই।

“সত্য ইচনুগী ঈশৈসি মুংশিখ্রেদা— পুক্নীংবু মুঙোম্লি।”

“হাইমা—”

অস্থুম্না ব্রারী শানা শানা ঈশৈ শক্লা শক্লা কুম্নকপনা ঈজৈ তোর্ব্বান য়োথিবা খঙ্‌হৌদে। ঐখোয় পুম্বা খোঙনা কুমহুনা তুরেল লাল্লে। তুরেল হেক লাম্থোকপগা মরাংজীং চীংশা য়োরে। অতোপ্পা তোর্ব্বান্দা হৈবোং পাম্বী মখোঙ্‌দা ফমহুনা ঙাইহাক্‌ পোথারে। হেভরসেক লঞ্চ লৌথহুনা চাবে। ঐগী অয়াওবা তলসিংহারা অতু খরা ললিতাদস্থ পীবে—মাগী অয়াওবা হৈ চম্পা। কমলা খরস্থ ঐঙোন্দা পীরকই। অস্থুম্না ঈজৈ তু়রেলগী লুম্নবা ঈচেলবু য়েংহুনা হরাও তয়াম্না হৈথা পোথা চাম্নিন্নরে। মহাক্কী মমিং-মনা মিংয়েং লাকয়েং শাথেক শাজং অতুনা পুক্নীংদা খলহনখি-

“ঙসি—”

অমুক হৌরকলে কাবা। হন্দক্কী অকাবতা মঙায়রে, কুম্বগী শরুক য়াওদ্রে। অঙম্বা চীংলম্বীদা তপ্পা-তপ্পা কারবস্থ হকচাংদি হুমাংনা পুমচোং চোংলম্মী – ললিতাস্থ হুমাং শৌরহুনা মানা ইল্লম্বা ফিতু মখ্বাংদা কিশিনখ্রে। য়েংবদা ওম্থোকনা তিলাং খয়োৎননা ফজৈ শাবান্দু–পীক্লবা খুদাপ মুক্তা ঙায়রবা খ্বাং, ফল্লবা থা— নোয়রবা নীং পুম্বনা মীগী থম্মোয় মিহুলবু চোংহল্লোইদবা য়াওদে।

চীংগী চীংয়াদা লেপমিন্নহুনা ঙাইহাকস্থ পোথাই। অথাপ্পা মফম দৃশ্য য়েংহুনা—অসিনা অতুনি–অতুনা খুল অতুনি তাকনহুনা

অরাবা পোথামিটে। মহাকনা ইনাক্তা কোম্মা চেঙ্‌হি শম্বাল লাংলকপগী ফংশিনবা মনমগা খোয়থুন্নবা মাগী মশাগী ইনিংগনা ঐগী হকচাংদি মুংশান ওম্না পাথংহল্লি।

অহন্না অহুম ওভনা কায়কপনা, হুমিং তারমদাইদা চৌংথক রোমে। মরাংজৌং শুল্লাকপনা ঐখোয়বু ওন্নশী। ঐখোয় পুম্বা মুংদাহু লেঞ্জনবা শেম শারে।

ঐহাক অমমুং ঐগী কাওবুনা খোৈবগী য়ুমদা লৈফম শেম্নশী। ললিতাদি মাগী থৃকা—মন্ত্রিগী মুমদা লেংবপা তারশী। চংলমদাইদা মিংচিনা হাইকেং য়েংলগা হায়রশী, "হোয়েল মুংদাং ঐখোয়গী লৈফমদন্মু কোয়থোকপীরকউ"—

ওর্দলীনা চান থকনবা লম্ব্‌ কৈতনগা লোয়নবা হোংনরি। শীংখুরে লম্ব্‌গা লোয়ননা ঐহাকনা থুনগী অহল-লমন্‌ পুম্বগা রারী রাতায় শানদ্‌না লৈরশী। মখোয়না থুনগী অরাংঅপা অপাম্বা কয়া ঐঙোন্দা হায়রশী। চাওথং খোৈরাংগী মখাদা শীবা ঊশিংখোং রাটরপাইপ, য়ুম শাবগী মতেঙ্‌ অকবা মরু মরাং, শা যন্‌ উচেকনচিংবগী মরমদা রারী রাতাই কয়া শাগে। মথংগী অয়ুক্তা লোইশিন্দ্রিবা ঊশিংখোং রাটর পাইপ স্কিম য়েংসি লেপ্পরে—অহল-লমন হুমগ্রে। ঐখোয়মু চা-থকপা লোইদ্‌না ঐগী তুমকম ওর্দলীনা শেম্নবা অহুদা কাথংতুনা হিপলে। মখোয়মু মখোয় মখোয়গী কমুংদা তুমগ্রে।

অহিং ইচিক হুমকলে থাম্মু রাংনা কায়কলে। ঐদি তুম্বা য়ারমদে—ললিতা মিংশিংবা ওয়মদে। নোংমাই চবুক য়োৈরক্লবদা কমুংদা লৈবা ওন্নজ্জনা মপান থোক্লম্মী। অচিকপা অহিংদা

থাবলনা থুমহৎলবা অরাংবা ময়াংজীগী চীংয়াঙগী দৃষ্ট পুক্নিং হুনিংঙাইহনি। ইনা কুপ্পবা অকঙ্বা হুই মানবা, কবুই থুমগী মুখলিং তুম্বক তুম্বক লৈরিবা থাবলপক্তা, যেংবা পুক্নিং ঙুত্তোক্নি। লাঙ কয়া তাখি খুল অসে হোৎহাটিন য়াম্না কল্লি। অদুবু ললিতা উনিংবগী কল্লবা ইহৈলনা অচিকপগী অকিবা পুম্বা ময়হৎতুনা তম্না তপ্না চংলকলে। বিন্দনা ললিতানা শেংকথিবা মুখ অদু-মৌয়ে।

ফকলোংগী যোঙদা থুদোম্বীনা তক্ তক্। থোং অদু পোরোল থারমদে মিকুপ থরদংগী মনুংদা হোঙ অদু তপ্না হংদোকলে। ইমুংদা চংলে। মত্তিগী য়ুমনি মত্রি ইন্দ্রালদা চংথি। ইমনুংদা থাখৈ থান্দে, ফুঙ্গাদা চাকলিবা শীংগী মৈঙান অদুতনা শেংকম শেংকাত্তুনা উরি—ফুংজাগী ঙইরোম থংবা ফমেনগী নাবন্দা ফক্ অমগী মথক্তা শুপ্পগী কি অমত্তং থারগা মতুদা মন্ত্রিগী পিক্লীবা মচা অনি অদু কোল্লহৎনা মন্ত্রিগী হুপী কবুই ইচল অদু হুঙাইনা তুমংনুন্ তাল্লম্মী। য়েংথংবা নাবন মাইবফমদা ফক অমগী মথক্তা ফিগী মোম্পাক্ মচা অমা থারগা উগী মোন্দা মাগী মফি থন্না কুপ্পত্তুনা থারিবা ফমুংতুগী মথক্তা ললিতা ফমত্তুনা লৈরম্মী-খোন পীক্লা এবু কৌরম্মী—“লেঙ শিল্লকউ।” মনাক্তা চঙত্তুনা ফম্লম্মী—হরাওনা ব্রারী কয়া—পুক্নীংগী রা কয়া হায়গে নীংনা মাগী খোংনা মোত্তবা কোংকোং শারবা লেংজুম পারত্তুনা মাবু ঐঙো-জোমদুনা নেশিলহল্লম্মী— মতুদা উথি মাগী মমিত্তা মপি তরং তরং শিন্দুনা মখোল থোক্কদুনা কপ্লম্মী।

ঐহাক রা অমত্তা ভাজদনা মঙোন্দা মুন্না য়েংহুনা লৈরম্মী। ললিতা তুমলিবা চহি, লম্বিয়োম ওৎবা, অভাংহুদা খুদোম্বীনা থিল্লগা ঐনা হংবা ভাইদনা—মথং মথং কপ্পা কপ্পা হায়রম্মী—

" ঐসি কয়াদা লাইবক থীগ্রবা। —ঐগী ইচাদো
করম্না লৈরমগদবা ? য়েংবীয়ু! অভাং অসে
মমানা কোন্দুনা তুম্বা ফংলি—ঐগী ইচাদি কদায় ?
হিংনবগীদমক চীং মান কাহুনা, লিকোল পৈশা
খরদং তায়নবা হোনবদা, ইচাদো—হুন্দোক্লবা
ওল্লিগা থানা থুমিং ভরামভানি শুরে—
মাবু কোন্দুনা তুমিয়বা ফংজগ্রে—
করম্না চাক্লিদগে কনানা কোনবিরিদগে ?
ওন্থোকপনি ঐগী লাইবকসে—
মীগী মচাদি মমানা কোন্দুনা তুমলি—
ঐগী ইচাদি কদায় ? "

১৯৭৪ ইং

# মৎশৎ তানবা

ভৌসেম খুলগী য়ুমদোমপোক অমদা মথক্তা লৈ — জেমী অহল অছু। মহাক চহী ছুমফুগী মথক্সী—অছুবু মপাজল মথৌনাদি কনাগুম্বা ঈনখৎলকলিবা পাখঙ অমত্তনা লাকুচবা গুমদে। চহিগী হূগাবা খুদিংদা মহাক্না মকোক্তা থোংছুনা লাকই, কনাগুম্বা অমত্তনা মাবু মাইথিবা পীবা গুমদ্রি। চেনজোং, মাঙজোং, লমজেন, লম্মিং কাপ্পা খুদিংদা মাগী লাম্বা গুসি কাও লৈত্রি— চহি নিফু হেন্না মা-তনা থোইরকলি। মহাকী মুপী লৈতে—মচা লৈতে মুংঙাই য়াইফ হরাও-তয়াম্ মঙোন্দা নাচুংবা পোক্তে। হিংননবতা হোৎনৈ—খ্বাইগুম্না পামলৌ উই। মংথোম্মী, শীং চল্লি- শাদানবা চৎলি, খুনগী থৌদা পাংথোকই। মশা নাল্লি রাংচাওই, মমিং লূই, মিংয়েং নায়েং ছা-ল্লি—শরু উনা য়েংবোই নীংই। শকৃকম অছু নীংগ্রবদা হন্নাইদ্রবা শক্তমনি। মহাকী অমত্তা ভায়রবা আশা অমদি পাঙথোক্তবা য়াদ্রবা রাশক্কী—"লমন খুম্বা।" —

অছুবু কনাদা, করম্না, কদৌডে?

মুমিং খুদিংগী মপানা পীরম্বা হাওথাঙ থাঙপাক অছু ফেজুই মুমিং হেক্ তারকপগা তত্তনা নীংশীংঙী মাগী রাশক্। কাওবা লৈতে মপানা শিন্নম্ম। মপুবোকী মংশৎ তানবা। রাশক অসিগী-দমক্তনি মানা হিংলিবসি— অছুবু কনাদা, করম্না কদৌডে?

মবাংঙৈদা লাঙ্খিনরম্বা খুল অমি অম্ব হৌজিক্তি চায়রে খংনবা লৈরে। মতমকুইনা চাওরোন্ হুয়োন কয়া চারো মৌরোন-রমদবদু হৌজিক্তি লৈরে। চায়-চিন্না চাওখং খোঙথাঙ চংমিন্নরি। খুল অমি অমি লাঙ্খিনবা মাখী পুক্লিদা ওইথোক্লরোই—অঙুপি, করম্বা লমন শিংগনি, করম্বা রাশক ভাজনি; লান তৌনবদু নওবা, খংনবদু নওবা মহাক্কী মথক্তা করম্বা লমন খুমগনি? অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌমিন কামিন্নরকলবা, শাম্নমিন্নরক্লবা চাকলুক্ অমত্তদা চামিন্নরক্লবা মহাক্কী হৌজিক্কী ভাইলোং খুলগী খুল্লাকপা। মপাগ। পোকমিন্নবা মপান্না ওংপনা থাঙবা ভমজ্রহুনা অঙাং ওইরিবা মপা শিঞ্জবা ভাইলোং খুল্লাকপা, মমাগী মপাম, তৌসেম্ব খুন্দা লেনখি, অঙাং ওইরিঙৈদগী পাখঙ কাবা কাওবা। পাখঙ মথোক কাকরবা চহী ২৪।২৫ শুরক্লবদা মাবু ওৎনেম্বা মপান্না শিঞ্জবদা মখুন্দা হন্দুনা খুল্লাকপা ওইখি।

খুনা চায়া তিন্নবা মরুপনি। তৌসেম খুনগী কুইম খুদিং শরুক য়ামিন্নখি নহা ওইরিঙৈদা। শায়নান লেংমান্নবনি—হিদাঙজম চাংয়েং চাংদন খুদিংদা, মকোক এথং মথোয় অনিতমা ওইখি। খুন্না পামলৌ উমিন্নখি। খুনগী চাংয়েং খুদিংদা খুনগী শিন্না খুদিংদা খুন্না শরুক য়ামিন্নখি। মতমগী থোংলৈ মতুং ইন্না মখুন্দা খুল্লাকপা ওইনা চংখিবা তাকনবা হুংশিরবা মরুপ কায়নবনা মিত্রা পি তানা কপখি—কপমিন্নখি। মতমগুদা খঙলমদে। খনম্বু খঙ্গদে লমন খুমগদবা মীশক্ মহাক ওইরমগনি হায়রলে।

তীংদা য়াংদা নীংখিবী লৈক। ফম্না শাংকায়রকলিবী অসিম পাখং কয়াগী তিলাং খযোংনবীনি। মতমগী ফজবী শীংথানবদা শোম্ন-বীবীনি অথুইগী অসিম্, কবুই রোংমৈ লক্তা ঈ থাংনা ভোনা ফজবী খোঙদগী তোনফাও মিংফম হোংহন্দনা য়েংনবা, অরাৎপা লৈতনা ফজবী - কনাগীদমক্তনো ?

মবাইবক ফবা পাখংদো কনানো—শোম্নরম্মী হায়নরমমী। চহী তরাতবেং চঙলকলবী অসিম তিঙদা ওংদাদি-৩৬-২০-৩৪ নি। চাওবাকনা ফুট ৫ ইঞ্চি ৩ লোম ৱাংগনি—কবুই রোংমৈ লক্তদি মীজাও মীৱাংনি। খুরুম খোংদানি—ফৈকনা লফু নেম্রানি। চেংলবা খ্বাংদগী ফজরবী নীংতু তাবদি উবতদা মুপ্পা ওইবা কয়াগী থমমোই মিহুল চোংবনি। ফল্লবা থা চম্প্রাগুম তাশিন্না মীপুম খুদিংগী মিংফম হোংহন্দবনি। শাংনা ফজরবী পাম্বোম থম্বো হেরানি—ংদোন শুংচা অগ্নী পুম্বুম লৈহাওনি, মায়থোং থাজ, পাখং পুম্বগী মোংফম্নি। উচান মনা মাম্না ৱাইৱাই তাবা শমলাং—শজি মিত্তা ওইবী—চাওদ-ৱাংদ তুমতক্ নাতোন কফোই মক্ক য়াতা— মোমোন নোকপা চিনবান, য়েংখিবদা কবম্না মিংফম হোংগনি ? লৈ শানা কোয়না ককপা শম্না প্রমথকী লীকং ওইরগা, শুক্লকপা পীশুমগা লোয়নরবী তথক্ তথক্পী মিম্নানা হৈনৌ মপানগী তেনজিন ওইনা কাপথোরকপা তেম্না থাবদা অমুকমু হাইফেৎ মীনোক্কী তানা থিনবদা— পাখঙ হম্মু হনা পুম্বা অসি-মগী খোঙদা লোইনা লোংনা লোংনা হাইথবা ভাক্তনি। লৈহাও লৈবেন কুচু ভমজবী থাবলগুম্না ঈংলবী তপ্লবী অসিম পাখঙ কয়াগী

মোংফম্মী—মমান্না চাওখোকচরিবনি। অজ রাম খুন পুম্বনা হায়নখি—ফজৈ ফজৈ। ঘুমথোং খুদিং মাগী রারী শানখি। ফুংজান্নাক্তা মৈনাক্তা রারী শীংবুন্ন মরক্তা অসুীমগা লোয়ননা পাখঙ পাওহুইগী রারীসু খুজ্বা খুদিংগী মচিন্দা পুন্নখি। শানখি ভাওনখি। মথোক কাবকলিবা পাখঙ পাওহুই ফুট ৫ ইঞ্চি ৭ লোয় রাংগনি জেম্বী কবুইলক্তা মীজাওনি। শাওং শাদা চারায়বা নোংশানি। থীক থা ফলি, অকনবগী মগা অকনবনি চেয়্যাং, মাঙ্গো, লমুজেন চুংহুন শুকহুন তাহুন খুদিংদা মহাক্তনা। হেনবদ্রি, রারী মক্তা খৈজুরদ্রি। হগাবা ফকাম্বা খুজিংগী মাগী চাম্বা কত্তবনি।

পাওহুই নামদিগা লোয়ননা আলোটজিনগী মঙম রাওবা লাকপনি। অহানবদা ঈশিংথোংদা, প্রাথং পাওহুই খৈম্বা অহিং উনখি। অহানবা উনবমক্তদা লৈপুনগী খুরম উখি। চিংকা চিংবন চান্নবা—রা অমফাওবা ওাংদনা থমমোইগী রা লোইরম কোংথোক-খি। কনানা কনানো খঙনখি। থমোই থমোইদা রাখলগী লৈশাং তয়খি অমুক ভাংনরুবা লৈতনা থমমোই থমমোই শিন্নখি। অসিমনা খনখি-ঐসে নওগীনি, পাওহুইসু খনখি ঐসে নওগীনি।

মুংশিবগী লম্বী মীওইবগী ইতিহাসতা রারী লাইরিক্তা কুদোওৈদসু লাম্বা থক চংখিদে। পাওহুই অসিমগী মুংশি লম্বীদা শায়িংথং—পুন শংবাই নাতংপা যৈন-কাওক্রম মফোম্বোক-মুপীনা পাম্মদুবা মীপাওথোক—ডাইলোং খল্লাকপগী মচা মুনা থেম্বংনুরবা গাইবামসু পাওহুইগী লাম্বানি, তাম্নহিনি আলোটজিনগী মঙম কুমৈদা। অসিমবু মানা পাম্বদি তরং তরং পাম্বনি—গাইবামবু

অসিমনা তুরুচবদি—মশক উবদা মমিং তাবদা তিন হেক হেক শিৎলিবনি। ইকায় শঙ্গোয় হাঙবমখৈ গাইবাম অসিমগী তুং কোয়ইন ইল্লি—মমাল্লবা মমাল্লবী কয়াদা নাগীদমক্ রা হায়হল্লি। গাইবামগী রা হায়রবদি অসিমদি নাপঙবীনি—গাইবামগী মশক উরবদি মাদি মিংতাঙবীনি।

গাইবামবু তুরুচবগী অয়েৌবী থাক য়েৌরক্লবদা হায়নী হায়রোই খঙলক্লবী অসিম মমৈদদি ইকায় ইকি রাংমা লাল্লা মচীল্লা থোক্রা হায়রকলে-"মবুঙো অমা লৈ খঙনা খঙনা করি তৌনবা চগৎ চগৎ হায়রিবনো ঙাঙলিবনো?" থাঙ ঈশিং চক্লক্লবদা কল্লকমি-হৌবনা শাউবনা লুতোন কারবা গাইবাম "ইতিক খঙলোইদ্রদো" হায়না শীংনরকলে পাওহুইবু—খুদোংচাবা ফংবদা চাওথোক্লবী অসিমবু লমন খুমগে খল্লকলে।

তাঞ্জা ঙাইহুনা লৈখরে।

আলোটজিনগী মঙম কুম্মৈ-চেঙ্গোং মাংঙ্গোং নুংহুন তাহুন খুদিংদা পাওহুই গাইবাম হিদাম্লৈ। অহুবু গাইবামনা পাওহুই মনাক নক্লবা শুকঙমমক মঙমখিদ্রে—পাওহুইনা খীনা থীনা থোইখ্রে। অংরাইবা হুমিংকী কুম্মৈ-ওক ফাবা তাল্লবদা খুনগী পাখঙ পুম্বা পাওহুই গাইবাম য়াওনা তাল্লরমই। চাওরবা ওক লাবা অমা থাদে ল্লগা কনানা হাল্লা ফাগদগে? ইহান হানবদা পাওহুই থোরকলে--মিনিট ১৫ য়োম লাক্লরবতুংদা চাওরবা ওক,চাওহু ইরায় লায়না ফারম্মী।

"মথংদা কনানা ফাগনি"

গাইৰাম্ থোরকলে—অহুবু পুংখায় অমা হেন্না হোংনরবদস্ু ফাবা ঙমদ্রে। ৱাৰনা শাদো থোংলবা, ওক্কী খুজিন্ ময়াম শোকপদা ঈহিং নাইহিং শাবৰা গাইৰাম্ শান্নবুংদগী পুখোকখ্রে ৱাহুহনা। মথং মথং কল্লবা পাখঙ, কয়া ওক্তৃব্ ফানবা হোংনৈ অহুবু ঙমখিদ্রে। মমৈদা পাওহুই অমুক থোক্তুনা ওক্ত ফারগা মহু হাত্তুনা খুন পুম্বা চানখি। হরাওবগী অথোইবা যাত্রা পাওহুই ওইখ্রে—মনা মথুম মানা ফংখ্রে। চাওথোকচরবী অসিম মোমোন্ মোমোন্ নোকচখি। আজুরাম খুন পুম্বা 'ফজৈ কল্লি মাতনা ফংফম থোকই নিন্নখি। নুংশিৰীগী মমাঙদা মায়পাকপা পাওহুই অমুক হেন্না ফজরে হরাও মথোয় কারে, মনায় ফোৱা পাকলে। পেজরবী অসিমগী হরাও মীনোক-থাগৎ মিংচি মিংয়েংনা পাওহুই থম্মোই পুমথন্ থন্, অৱা-অনা পুমকাও কাও, চোকথবা অরাম-খৌরাং পুংকোক কোক পোথাজখি ঈংনা।

আজুরাম খুন্দগী নামতিরাম তাবা লম্বীদা ক্রোস মথায় অমগী লম চংলবা মতুংদা মৈতৈ লংফৈ চংপশিংনা নাপী হেক হেক কংনবা নাপী লাই লৈরম্মী। নাপী লাইগী লমহু নিংথি-রবা কুঞ্জবন অমনি। মরিচংপা লৈনা মথোংদা নাপী লাই থিল্লিবা উজাউ অহু থুংনা য়েত্তুনা মথল কয়াগী লৈবাং শাংলি। মফমহুগী গজ তরামুক্তং চংলগা ঈফুং অমস্ু লৈ মহুদা মমাঙউৈদগী হৌনা মৈতৈ নিংথৌগী লোয়পোং থৌবা চংপা মৈতৈ অঙম্বশিং-ললোন ইভিক চংপা মৈতৈ মুপা মুপী, খুন অমদগী খুন অমদা চংপা 'খুঞ্জা—কবুই রোংমৈ, কবুই লেংমৈ, কবুই জেমী পুম্বা পোথাফম্নি

-চয়োম্ থোক্কনা চাফমনি-করিগুম্বদমু চাক থোংলগা চাকমনি। অদু নত্রবসু লমশাং চৎলকপগী ম্যাবরা. হুমাং ক্রি জি শোন্নবা প্লোং-লুম পুবগী ম্যারবা কাওবগী অরা পোখাফম্নি। করিগুম্বদমু মুংশ্রি-নবুশিংগী উনফুম, ম্যাম্বী ম্যাতায় শানুফুম কুঞ্জ্যোননি—প্রমোদ উদ্যাননি।

আলোটুজিনগী মণ্ডপ কুপ্পে লোইগদবা নোংমা ম্যাংলিজৈদা—হায়নখিবা মতুং ইন্না অসিম লৈ-খিবা শাতনা নাপী লাইগী কুঞ্জবোন তম্না চংখিবম্নী। য়েন্দায়দা লৈ অমমমু অনি অনি হেক্কনা হাপ্লম্নী মুম্মিংনা নোংচুপ চাংয়া হাইথরকলে লৈরুং তরামুক্তা ভায়রকলে হায়নবা মতম' হেল্লরবা ফাওবা লাক্কবদা, করি তৌরবনো খল্লা —নাপী মক। অমা থংলগা নাপীলাইগী ইফুংমনাক্তা মুংপাকথক্তা ফুমজনা নাপী অদু চৗক্ল-চৗক্লা মপুক্তা মণ্ডল মণ্ডল খল্লম্নী। অসিম "করিব্ তৌরবনো"। অকিবা লৈত্তে অথংবা লৈত্তে--পাও-হুইগী ম্যাখল মণ্ডলান্দা তাওজনা মুংবংননা লৈরি-নোংচুপ চাং-দোন তম্না হাইথরকলিবা কোরৌহিনবব্ য়েংজনা। অসোমদা পাওহুই মণ্ডপগী থবক্তা কনবনা মতম চানা চংখোকপা ওমদ্রি।

তাঙ্গা ভাইজনা লৈরকপা গাইবাম্ থাপুক্তা লোম্না অসিমগী তুং ইল্লক্কনা ওসাইই মখৈ মাগী মতো লোম্না য়েংলম্মী। ফনা য়াম্লা খন্দুনসু ফজবা ম্যাখলনা থল্লবসু অসিমগী ঈংলবা শক্তম উবদা অনাংবা ফজবা ম্যাখলদু হেক হেক মাওখি। পাজুখোকপা শুকজম ওম্লমদে। মৈমৈদা ম্যাখলগী অথিংবা পুম্বা নমহত্তুনা অসিমগী হুংলোমদা লোম্না চঙলক্কনা মথুং অনিনা অসিমগী মমিং অদু

খুম্‌জিল্লম্মী। অসিম্না পাওহুই ওইরবোই নীংতুনা—
"করিগীনো অম্বুক থেঙলকলিবা পাওহুই ?"
"পাওহুই," হায়বা মিং তাবদা গাইবাম্‌ অশাওবনা থম্মোই লুত্তোন কাহ্নুনা —।
"য়েএঃ নঙদি অচীকপদা পাওহুই ঙাইরিবোরে ?"
গাইবাম্‌গী খোঞ্জেল—তুক্কচ্চরবা খোঞ্জেল তাবদা-গাইবামনি খঙ্‌লবদা কি-তুক্কচ্চরবী, শাওরবী অসিম,—মাগী মখুৎ অতু কন্থোক্লগা খানা য়েংলগা—
"গাইবাম্‌ অসুম্না ঙাঙ্‌গনুকো," হায়রগা খুন তম্না চৎলম্মে হৌগৎলম্মী।
অসিমগী মাঙদা থংলগা গাইবাম্‌ —
"অতুম্নকা চৎখিনু অসিম! ঐসে মুপানে —
পাখঙ্‌নে নঙবু পাম্লিবা অমনে—পাওহুইনা ঐঙোন্দগী করি হেনবগে?"
"ঙাওশিন্ননু—লম্বীদা থৎকনুকো—গাইবাম্‌"
"অতুম্না হায়বা ফজদেকো অসিম্‌!
ঐসে ডাইলোং খুল্লাকপগী মচানে
ঙসিদি ঐগী রা তাগদবনিকো।"
"কাম্নদে সে! মুমিৎ তাগদোরে—থেঙলে
চৎকে—লম্বী থাদোকউসে"
"সিঃ ই পাওহুই ঙাইবদি থেঙদ্রা"
গাইবাম মমিৎ ঈ কারকলে—

"ঐগী ৱা তাদনা চংখিবা য়ারোই।"
"অঙইববা গাইবাম — কয়ারক হন্না হায়খিনি।"
নবুঙো অমা লৈ খঙদবা থীকনেম্বনা থা লাম্বৱা ?
নুপীনা পামদবা মীপাঙথোক, য়েনকাঙক্রম মফোম্থোক,
পুন শঙবায় নাতংপা গাইবাম শাঙনীংবা ইকাইৱগী ঙমখৈ
য়োথ্রে। অসিম্না তত্তনা নবুংঙো হায়রিবত্ন পাঙহুইনিকো
খল্লুবদা শাঙবনা লুতোন কারবা গাইবাম —
"ঙসিদি ইতিক খঙগনি"

হায়রম্লগা অসিমদু শুপকোন্ কোন্দুনা নাপীলাইগী য়েংলোমদা
অশুকপা কুঞ্জবন্ তন্না চিংহুনা পুবকলে।
অসিমনা মমায়দা খুজিন্না খোংলি—ময়ানা খুদা দা চীকই —
অহুবু থাৱা লৈখিদ্রে গাইবাম্।

অসিমগী ইন্নফী লংথোকখ্রে লিংলিবা ফুবিং শেগাইবীবে, শেংলিবা
আঙেকঙ্যা মফম খঙলক্রে। শাঙববী গতি লৈত্রবী, পাঙ্গল
থোকপা য়াদ্রবী, মীনা লাকচববী অসিম উপায লেবক্রুহুনা নুংশা
মপী ফুয়না হোন—নুংশা থবেং থবেং হীক্ হীক্ কপ্পা কৌরক্লে—
"পাঙহুই নঙবু কদায়দা লৈবগে ঐবু ঐমুক্তা কল্লোবাও!"
মতম অসিদা থেঙখ্রে হায়না খন্না খন্না চেন্না চেনা লাকলিবা—
থাপ্পা তাবক্লে শুক্লবা মী তাদ্রবা উমং ফাওনা লাকলিবা অসিমগী
পীক্লা য়োরকপা খোঞ্জেলদো। নুংশা থিবগা লোয়নমা চেন্না চেন্না
লাক্লে "কদায়দনো অসিম ঐ লাক্লে।"
"পাঙহুই ঐবু অমুক্তা .... ... .... ।"

থাপ্না পাওহুই খোঞ্জেল তারকপদা ব্রা কায়বা তারে হায়দুনা গাইবান্না অসিমগী মচিন্ মেল্লক্লে। মমাযস্থু অসিমগী খুজিন্না খোংপদা ইহিং নাইহিং শাবকলে গাইবাম; অদুবু অসিমবুদ্দি খাদোকখিদ্রে। চেন্না চেন্না লাকপনা য়োরকলে পাওহুই নাপী লাইগী কুঞ্জবনদুদা। অসিমগী মতম অদুগী মওং শক্তম অদু উরুবদা শাওনিংবা পাখংপগা লোয়ননা লমন্ খন্নীং গাইবাম্গী মরাইরক্তা চেনগাও কাওরম্মী —

"ইয়া ইতিক্ খঙ্লোইদ্রা ?"

পাওহুই মিকপ খঙথোক থোকলে, মঙ্ফাওনবে—

তাবে—থীন্দনা মপান্দগী লাওরকপা—,"

"ঐবু কল্লু পাওহুই ঐবু কল্লু পাওহুই"

থাঙপাক, খ্বাদা য়ান্দুনা নখুত্তা তা চীংদুনা পাওহুই ফমুংথক্তগী চোংথদুনা চেম্থোকখ্রে খোঙেল তাবা মায়কৈ তম্না।

মুমিৎ অদু আলোটজিন লৈতে খঙবদগী খুৎলাই পায়বা ডাইলোং লাম্মীশিংনা আজরাম চঙলকখি—ডাইলোং খুল্লাকপনা লমজিংদুনা। মমাঙৈগী মালোম অমা লৈবনা আজুরামদা লমন খুম্বা হায়বসি ডাইলোং খুল্লাকপগী তঙাইফদ্রবা থোদাংনি। ডাইলোং খুল্লাকপগী লাম্মীশিং মচানুপা গাইবান্না লুচিংদুনা মুমিৎ ১০ নি মমাঙদগী তুইপা তুরেন ঈবম ইন্না লাকখিবনি। তুইপা তুবেন্না খ্বাইদা তাবা মফমদা কেম্প্ শাদুনা চথোক চৎশিন তৌদুনা অরোনবা লানজাবা থাদুনা আজুরাম খুনগী অচিক অকোম য়েংদুনা লৈখি। হায়নবা মুমিৎ লেপ্পরগা গাইবাম

লোয়নবা অমগা খুল্লানবা শাহ্নুা অজ্ রামদা চঙ্লকখি। পাঙ-হুইনা থুংলগদবা নোংম রাংলিঙৈদা খুনগী থৌবৈগী য়ুমদা লৈহ্নুা নোংমহুগী মমুংদা খুনগী ফিভম-পম্বোং, থোঙ্গাল, অরোনবা লম্বী, খুজ্খুলাই পৈফম, পাখংফাল, লৈশাফাল, থৌবৈ পূম্বগী মফম মুন্না য়েংবা লোইখ্রে। পাওহুই থুংলবা হুমিত্তা মাগী তূম্ফম্ লৈফম আলোটজিনগী কা অহু ফাওবা খঙ্খি। ওসিদি – লমন খুম্লগনি খনখি।

থানবা মতম য়ৌরক্লবা অহিং নোংয়াই চবুক লোল্লকপদা— গাইবামগা মাগা লোইনবা মাকুই অনিমক শাফী লানফী শেত্তুনা লোন্না, মখোল থোক্তুনা খুনগী নোংপোক পম্বোং তমখ্রে তুংলো-মদগী চপ মান্ননা চঙ্শিনদুনা পম্বোং শঙ্বা অনিমক মতম অমত্তদা মখোরী মেত্তুনা হাংখ্রে। খুনগী পম্বোং হাংদোকলে অহুগা অহিং খোংবা উচেক চোংখুগী খোঞ্জেলদা অহুমলক্ খোং-লকলে। খুদম খোঞ্জেল তারদা ডাইলোং খুল্লাকপগী লাম্নীশিং অনি অনি অহুম অহুম মথং মথং শোং-পেক লাংদনা আজ্রাম পম্বোং লানশিনখ্রে। মথং মথং চঙশিল্লক্তুনা খুনগী য়ুমথোং খুদীং মনীং মমাঙ ডাইলোং লাম্মীনা কোয়খ্রে। ডাঈলোং লাম্মী ১০মুক্লা পাখঙফাল চঙ্খিহুনা খুংলাই পূম্বা খোমজিন্দুনা পাখঙপুম্বা খুংলাই পায়হন-খিদ্রে। তুমলিবা অজুরামগী পাখঙ্পুম্বা পুল্লগা অমমমতা মঙক কত্তুনা হাংলকলে। মতম অসিদা অজিন মমান্নবা ৬খক্কা নোংচুপ থংবা নাকন্দগী খুনগী নোংচুপ পম্বোং য়েংলুরগা পাখঙ্ফাল তম্না হল্লকপদা খুংলাই পায়বা কাঙবুনা পাখঙফাল কোঁয়শিন্দুনা

লৈরম্বত্থু থেংনরুরে। খিন্দনা অকনবা শারাও লাল্লাওগা লোয়নননা মখোয় তরেৎমক ফুজিল্লক্লুনা অকনবা থাং তাগী লান তৌখ্রে। মখোয়গী শারাও লাল্লাওখোল তারবদসু পাখংফাল মনুংদা লৈখিবা পাখঙ্ অমত্তা হৌগৎলকখিদ্রে। মতম অসিমত্তদা খুনগী নোং-পোক খুন্দোন্‌লোমদা য়ুম মৈ থারকলে। মৈচাক্নবা য়ুমনুংদগী চেম্থোরকপা নুপী অঙাং হন্নু হন্না মঙক কক্লুনা হাৎলকলে। মখোয়গী মীশি মীনাগী মাহে খোঞ্জেলনা থল্লক্লে। কন্দ হৈতবা অজিন্ নত্তে ; পাখঙ ফাল কোয়রম্বা ডাইলোং লাম্মীপূম্বা লোয়না হাৎলগা পাখঙ্ ফাল মনুংদা চঙ্লকপদা উরে— মনুংদা তুমহৌবা পাখঙ্ পুম্বা অমত্তা মকোক য়াওরমদ্রে। মমান্নবা মাগী তুংইনবা ও অমসু শাথিনা শোক্লুনা অশিবগী খায়াত্তা তাখ্রে। লাকচৈ খনবদা মপুম থীৎনা শাওরবা তমখিরবা অজিন্ মুংশা থীবগা লোয়নননা লেমহৌরিবা মাগী তুংইনবা মমান্নবা ও অত্তুগা লোয়নননা মাগী ময়ুম তান্না পরপ পরপ চেল্লকলে। ময়ুম্নক য়ৌরকপদা উরে পাওহুই ডাইলোং লাম্মী ২০ মুক্রা কোয়শিনন্দুনা লৈরম্বা।

তুমলুবদগী হৌগৎলকপদা অসিমবু থাঙ পায়বা পাখঙ অনিনা চিংদুনা লৈরম্বা থেংনরুবদা পাওহুই মখুত্তা পায়রিবা তানা লংলক্লুনা ডাইলোং লাম্মী পাখঙ্ অমা হাৎখ্রে। অতোপ্পা লাম্মীত্থু মমায় ওনশিল্লক্লুনা পাওহুই তম্না হোৎচিল্লক্লে অকনবা থাঙ্গী লান চৎথরকলে। তাঙ্গা অসিদা অসিম মাগী তুমলিবা মচা পুত্থুনা মখোয়না থিবদা রাগদবা মখোয়বুদি উবা অবোনবা, লম্বীদা পাওহুই ডাইদুনা লৈরম্মী। খিন্দনা ডাইলোং লাম্মী অত্থুমসু

হাৎলবা তুংদা পাওহুইনা লাওরকই অসিম্না লৈখিবা মায়কৈদা "অসিম ইচাদো চেকশিন্না" হায়না হায়না অদোমদা চৎলগে খল্লকপা মতমদা থুংলরে গাইবাম মতুংইনবা লাম্মী ২০ মুক্কা। কোয়শিনখ্রে পাওহুই নাম্থোক্লবগী উপায় লৈখিদ্রে। মাগী মতম কুইনগী হেক্লবা পাওহুই উবদা গাইবাম- ঙসিদি অতত্তায়নি— চায়নবা তারে—"ইয়া নঙ ওইরে--লৈরম্মু খঙগনি।"

তাংথক নাইদনা চেনশিল্লকলে—গাইবামগী মশক উবদা নাপী লাইগীদা থোকখিবা নিংশিংলকলে। নৌহৌনা মমিৎতা ঈ কারবা পাওহুই—

"ইয়া নঙনিকো ?"

তাচীংহুনা হোংচিনখ্রে। তাগা তাগা থেংনখ্রে— খৌশাহুনা চুংগা চুংগা তাগা তাগা থেংনবা ময়ায় কাবা শামু লমশা অনিগী লানবানি হৈতশিংদবা কন্দবা গাইবাম পাওহুই নত্তে—খঙ্ হৌদনা অনিমক্কী তা তেকখ্রে তেকখ্রবা তা চুং হুন্দোক্তুনা থাঙ্পাক থাঙ্পাক পায়নহুনা অনিমক শিবা হিংবা লানফমদা চঙশিন্নরক্লে। 'শেং ২" থক্ থক্" থ্রাং থ্রাং" থাঙ্পাক অনি থেংনবগী ভাকুথোক্লবগী য়ৈথংনবগী খোঞ্জেলনা অজুরাম খুন্দূ পূমথন থনখ্রে। অনিমক মথল্লায় খুবাক্তা হাপ্তুনা অরোইবী লান য়াম্নবকলে। পুং অমা হেন্না য়ান্নরক্লবা তুংদা পাওহুইনা গাইবামগী ওইথংবা খুৎ খুদাং কক্খ্রে—মাগী থাঙ্পাক য়ৈথংখ্রে। মখুৎ ওইনা গাইবামগী লুমাংশম্ পায়হুনা চিংথুরগা মঙক কক্লগে হায়না পাওহুই থাং থাঙ্গংলকলে। গাইবাম শোয়দনা শিরগনি খনবদা মমিৎ উই-

শিন্দুনা লৈখ্রে। খুদক অতুমক্তদা খঙ্ হৌদনা তা অমা লংলক্তুনা পাওহুই মনঙ্গন্দা পানবতুনা থবাক ফাওখ্রে। থাঙ্গংখ্রবা থাঙ হাইথবা ঙমলমদনা পাওহুই উপথুননা তুথরকলে।

মতম অতুমক্তদা অজিননা তুংদগী তা হুনখিবা মাকুই তম্না শারাও লাল্লাওগা লোয়ননা হোংচিনখিত্নুা অকনবা লান থেংনতুনা খুদক্তা মাকুই মঙক কক্খ্রে-মতু উবদা লৈরমলিবা ডাইলোং লাম্মী কায়তুনা চেনখ্রে। অজিন পাওহুই নাক্তা চঙলকপদা পাওহুইনা—"অজিন নতৈমগা নচান্নুপাতুগা হিংনবা হোংনবীয়্-ঐগীদমক খল্লুরন্নু" হায়তুনা অসিম্না লৈখিবা মায়গৈদা খুদোম্বীনা থিল্লম্মী। শিজিন্নরিবা গাইবামতু খোংপাক্লা কাওবদা লেঙওৎপা নাহেবা খোঙ্গেল থোরক্লবদা চাননা শিরবোই থন্দুনা হন্না য়েংলমদনা—অজিন মমান্নবা অনিগা মায়গৈ অদোমদা চঙশিনখ্রে। ঙশায় মথৈ শিজিন্নরম্বা গাইবাম তপ্না হৌগংলক্লগা তারিবা পাওহুইগী থাঙতু খুল্লে অতুগা তুতুনা লৈরিবা পাওহুইগী মঙক ককখ্রে। ককলবা কোক্ত য়েৎথংবা খুংনা পায়রগা থ্রাংনা থাঙ্গজুনা মায়পাকপগী লাল্লাও লাওরম্মী। উগী মরুমদগী অসিম্না উখি—গাইবামগী খুংনা পায়রিবা পাওহুইগী ককথৎলবা ঈঙাং তৈরবা কোক্ত—ফীজিনা মমিৎ থুম্না হিক হিক কপচখি।

মায় পাকপগী লাল্লাও তাবদা ডাইলোং লাম্মী ময়াম মায়কৈ অদোমদা হোংচিল্লকলে। অমুক পম্বা তৌদনা অজিননা মাগী ইমুংগী নুপীনহা মচন-মচেগা লোয়ননা মচা পোরিবী অসিমবু অরোনবা লম্বীদা মকু তোর্ব্বান তান্না থিনখি! মখোয় থিনলম্নগা,

মথুন তান্না হল্লকপদা খুনগী য়ুমপৃম্বা অয়াম্বা মৈ চাক্লমলে। কক্লবা কোক ৫০০ হেন্না পুত্থুনা গাইবাম ডাইলোং লাম্মীগা লোয়ননা গ্নাই তুইপা লম্বীদা হনখিরমলে। পাওহুইগী ওক য়াওদ্রবা শিরবা মশাহুগী মনাক্তা তাবিবা মাগী থাওপাক্তু খুন-জিন্দুনা অজিননা অসিমগী মনাক য়েনা খিনখি।

অসিমনা মচান্নুপা রৈথমদা—রৈথম্না মচান্নুপা তোনাদা মথঙ মথঙ শিন্নখি পাওহুইগী থাওত্থু— ব্লাশকহনখি—“লমন খুম্নি” হায়না। থাওত্থু উরগ কপ্পা কপ্প মপুনসি লোমখি অসিম। মমাগী নীংবা থুংনবা রৈথম অনিরক হন্না ডাইলোং তান্না লান্দাবা চংখি। অহানবা লানফমদা গাইবাম মথুন্দা লৈরমদবনা থেংনখিদে —গাইবামগী মচা অতোনবা থা মঙাতা ডাইরিবদু থেংনখি-- পীক্লীবা অঙাং অদু উবদা মাগী মচা তোনা নিংশিংদুনা করি তৌরমদনা হল্লকখি। অনিরক শুবা লান্দাবা মতমদদি গাইবাম শিখিরমলে। মপাগী লমন খুম্বা ঙম্নমদনা রৈথম চহি তুম্ফু তারা শুবদা শিখি। তোনাগী হাক্তত্তস্ম মশাগী চহি ৩০ শুরকপা মতমদা অমুক্লক লান চঙখি। অদুবু গাইবামগী মচা মগু নমত্তা থেংনখিদে। লানফম অদুদা ডাইলোংদগী হল্লকপদা লম্বীদা চীংদগী ওস্থদুনা মখ্বাং তেকখি। মীরেম ওইনা চহি ৮০ লৈরম্নগা তোনা শিখি। তোনাগী মচানি তৌসেমগী অহল অসি, হৌজিক মাগী মঙমনি—মাগী তৌফদ্রবা মথোনি মপু পাওহুইগী লমন খুম্বা মংশং তানবা। অদুবু কনাদা- করম্না—কদৌঙৈ ব্লাখল লাম্বা কংলমদে।

মপানা পীরম্বা মপুৰোকগী থাংহু উরগা মহুদা মুম্না হেক য়েংলুবদা মমিত্তা উরকই-মপুবোক্কী ঈনা ঈঙাং ঙাংনা থাঙগী ময়াদা তৈরিবা। মনানা তারকই মবেন অসিয়া শুং শুং কপ্পা; মথং মথং তারকই—মপু রৈখম, মপা তোনানা মং মৎং শিন্নুরম্বা—খোইদোক্লা শেংনা তারকই মপাগী খোঞ্জেল "অস্নুন ইপাদি ঙন্নমদ্রে—নপুবোক্কী মংশং নঙ শোয়দনা তাল্লকউকো!" অহুবু কনাদনো? মানা লমন খুমগদৌরিবা অহু মাগী চান্নরবা মরুপনি খল্লুবদা—তাদনবা মংংনা মনা মেনশিল্লি—মমিং উইশিল্লি উদনবা। অহুবু মমিং উইশিল্লগা হেন্না শেংনা ময়েক লানা উরকলে—থাঙয়াদগী "তপ তপ তারিবা ঙাঙলবা মপুগী ঈ—" তশেং তশেংনা তারক্লে—মবেন অসিমগী অকপ্পা খোঞ্জেল—ময়েক লানা, শেংনা তারে মপাগী লূন্না লেন্না হায়রম্বা রা"—

"নপুবোক্কী মংশং নঙ শোয়দনা তাল্লকউকো!" অস্নুন জ্ঞান মাঙলহুনা মখুত্তা থাঙপাক্ক পায়হুনা চেম্থোকখ্রে ময়ুমদগী অথেঙবা অহিং অহুদা মথন্নতা, মকু তোর্ব্বান তান্না ডাইলোংগী লম্বীদা—

# মংশং তানবা

## (অরোইবা শরুক)

চেন্না চেন্না লাকপনা নোংঙাল্লকপদা মকু য়োরে। অয়ুক অঙনবদা মকু তুরেল কুমংনা মপা মপুগী মফমদা মুমিত্তা এন্দুনা ঈশিং খুজোক কংলে। থাঙগী থাঙদোন লূপ্তুনা থাঙগী থাঙজুম্না মশা পুম্বা তৈরে---থাঙদোন চীক্লুনা অমুক রাশকলে নৌহৌনা—"মপা মপুগী মংশং তানগনি—লম্মন শুমগনি।" মুমিং তরং তরং খোকপদা মকু লাল্লগা নামটিরাম মায়কৈ তম্না কাখৎলকলে। শুন নকশিল্লব্রদা লৌশঙ ংমদা চঙহুনা—পামদা লৈরম্বা পান মাইরেন খর চারে, তুপ্‌াদগী ইশিং থকলে মপুক থল্লা, লৌশঙনুংদা চঙহুনা পোথরে। অহিং চূপ্পা তুম্লক্তবনে লমশাং চংলকপনে—অঙম্বা কারকপনে—মপূক থল্লবদা চোকথরবা মশাহু লোথরকলে। ফম্না ফম্না উইরকলে- হিপ্পা হিপ্পা তুমখরে। মমঙদা উই—মপা মপু মবেন; মনাদা তায়—মবেনগী মিকপ।

মুমিং তারমদাই য়ৌরকপদা মিকপ থংোক থোরক্লুনা অমুক কাৰা হৌরকলে। থীন্দনা নামটিরাম চীংয়াং লাল্লগা থাই তম্না কুমথরকলে। ঙসিদি থাই লাল্লগা তুইপা তুরেল খোঙলমইন ডাইলোং চীংশাং তম্লকলে।

লৌশঙ অমদগী অমদা নোংমা নোংমা লেক্লুনা অফংবা পান মাইরেন চাহুনা থা অহুম ঙাইরকলে। হৌজিক ফাওবা থেংনদ্রি, তাঞ্জা ফংদ্রি। কুইর-কুইরগা চিক্ল চিক্লগা লমন খুম্বগী রাখল মৈরি হৌনা চাকথংলকলি। অথেঙবা অহিংদা থাজনা রাংনা কারক্লবদা চীক্লবা চীংয়াংদা পামলো থক্তা লৈবা, লৌতাংশঙগী

য়াচেংকী ফম্বাকথক্তা ফমদুনা মাইকৈ তাম্না লৈহৌরবা তৌসেম লমদা শুন্দুনা য়েংখিবা হুডোল্লি। মহৌশাগী ফজবা থম্মোই হুনা নীংথিরি। য়ুমদোনপোকপুদা মরোমদোম য়াখলগী মালঙদা-লৈরি। মহৌশাগী ফজবন ম শোইবু ভাইগাক শুম্মাংলবস্থু—হস্থনা খল্লকপদা মাগী য়াশক হৌজিক ফাওবা থুংদ্রি—মপুগী মংশং তান্দ্রি খল্লুবদা মথম্নতা থম্মোই য়ামৈ চাকই। অসিগুম্বা অহিং অমদনি মাগী মপু অহুৎ হাংখিবা। তুম্বা হিম্না য়াদহুনা ফম্বাক থক্তগী চোংথহুনা চীংয়াঙথক্তা লেপ্লগা থাঙপাক পায়্নহুনা উন্ন উন্ন লৈনা হায়রম্মী—অফং অফং য়াল্লম্মী। থিন্দনা, মনাক্তা হৌরম্বা লফুলতং পাম্বী কয়া হাইদংলম্মী। পুংখায় অমা চুপনা য়াল্লক্রবদা পামগী লফু তম্খায় হেন্না য়াল্লমলে—মপাম্বোমহু চোকথরকলে—জ্ঞান খর তারকলে। হজিন্দুনা লৌভাংশঙগী ফম্বাকথক্তা পোখারে। হৌজিক্তা খঙলে-হয়েংদি পামদা লাকপনা য়েংনরম্নগনি—হংনরক্লনি—খিরক্লগনি। কনানা তৌরিবনো! মানা লোৎপগী মতম অমুক লৈররোই—খুন হৌহুনা করিগুম্বা থিরক্লবদি—কদায়দনো মানা লোৎকদবা, করম্না মাগী য়াশক ভাক্কনি?

ঙসিদি মাগী য়াশক ভাকপগী মতম য়োরকলে। অমুক লোত্তুনা লৈবা য়াদ্রে। লৌফমসিদা ইহান হান্না লাকপা মুপা নত্রগা মুপী মরাল লৈরবস্থু লৈত্রবস্থু মাগী য়াশক ভাকপগী শরুক য়াবা তাখ্রে। মহাক চেকশিন্না লৈখি উগী উরুম মোংশোং লক্তা লোত্তুনা ভারাকপীনা ভা য়েংবগুম মমিং কুপ্তনা।

লাইগী নোংদম খুদোংচাবা—মীওইবগী মতম্না শুবরক্লবদা মহৌ-শাগী হৌনবীনি—মথন্নত্তা লাকচরে মখোঙনা খোংনা লৌশিং তার-কপদগী শাংনা ঙাইরক্লবা তাঞ্জাদো হৌজিক থুংলরে ।

অয়ুক য়েন্দা অহানবদা হৌগংলে ঙাইলোং খুনগী খুল্লাকপা । খুল্লাকপীনা খোংবা তরা মথেল অচম্বা য়েন্সাং চারম্মী পামলোদা চৎননবা । তৌখিবা অহিংদা মঙখিবা মঙ খল্লুবদা মখুত্তুগী চংথোম তাখিবা খংহৌদে । খুল্লাকপীনা হংখি —

"কৈদৌরে খুল্লাকপা ?

চানা চানা খুল্লাকপনা লীখি ঃ—

"ন্নুংশিদা ইতাওদো ! চহি নিফু হেন্না উনখিদ্রবদো ঙসিদি উরম্মীনে মঙদা—

অতুঙৈ তৌসেম খুন্দা লৈরিঙৈদা ইতাও অম্হুন ইবানী—চৎমিন্নৈ, কোয়মিন্নৈ, শান্নমিন্নৈ । পামদা চৎলে চৎমিন্নৈ- শীং থিরে থিমিন্নৈ । পোৎ অমত্তং লৈবদা য়েন্নহুনা চামিংঃবদু হাণ্ডবনিদা । পাখঙ মথোন কারকপা, ন্নুংশি ন্নুঙোল খঙলকপদা লৈশাফাল চঙহুনা লৈশানাক্তা ফমহুনা শিন্নাইফমদা পাল হরাই লৌহুনা চামিন্নখিবা নোকখিবা, হরাওমিন্নখিবা করম্না কাওগনি ?

নোংমা উমংদা শাদানবা চৎমিন্নৈ—তৌসেম খুনগী অরাং-লোমদা ফোকলোং খুনগী লম্বীদনি । চীংগী চীংখাঙদা উরক ব্রারক মোংশোং ফাওহুনা থিরম্মী—অমত্তংবু ফংলবদি লেম্না থার-বোই । অয়ুক্তগী থিরকপনা ন্নুমিৎ য়ুংলমদাইদা—তৌসেম খুঞ্জাওগী মতাইদা লৈবা চীংদোং, মরাল লৈবশিংবু চৈরাক পিফম ঙমলবা

চীং অত্থগী হাইথরকপা নুংজেং নূঙ্গাইরক্তা হানৌ মতোন থক্তুনা চারম্বা শজি অমা অম্মুন্না তানা থিন্দুনা ফারে। হুমাং তপ-তপ তা —অশিবা শজিত্থ নম্বো পোত্থুনা চীংয়াংত্থ কারগা নুংঙা-ইরবা থেল অমদা পোথারম্মী। লৈহৌরা চয়োম থোকতুনা ঐথোয় অনি চামিল্লখি।

চয়োম চাক চাবা লোইরকপদা উখি অনকপদা—থেল অত্থগী পামলৌদা লমঙক অমা লো চাত্থুনা লৈরম্বা।

অম্মুননা শজি ফাথ্রবনিনা ঐস্মু লমঙকসিমদি ফারগে থন্দুনা মহাক হৌরমদনা খোঙকাপ চনিরোম চঙশিল্লগা—লমঙক অত্থ হাৎলগে থন্দুনা ঐগী তা অত্থ লংলম্মী। মাগী মরাইবক ফবনা শম্না মফৈ অমদা নাম্থোকখি। তাগী তাদোন্না খেৎতুনা উনশা খিত্তুং শোকহল্লম্নগা তা অত্থ নাকন্দা চপ য়ুংখি। লমঙক অত্থ ওক নাইতোম তমথিবনি। চৈনা ফংলবা শা অত্থ মঙক থাঙ্গৎ-তূনা য়েংলকই, থৌরবা শা অসিনা ঐবু উবদা থৌরবা ময়া অনিত্থ হাইর হাইরত্থুনা ঐ তন্না কন্না হেৎচিল্লক্লম্মী। খুত্তা থাঙ-পাকতুমা পায়রত্থুনা ঐস্মু মাবু ঙাইত্থুনা লৈরম্মী। তাংথক নাইদনা চেনশিল্লকই থৌরবা শা অত্থ।

খোঙকাপ চামদগী য়াংখৈ—নিফু কুম্ত্রা কুন, তরা—মঙা-অনি অমা য়োশিল্লকলে—। নাকন্দা লৈথোকতুনা খোঙকাপ অমা হন্দোক্লগা অফিং অফাই শা অত্থ মঙক ককলগে হায়না অকনবা শাফুগা লোয়ননা ঐগী থাঙত্থ হাইথরম্মী। পাখংখিবনা মপা শোইখিত্থনা মাগী ময়া অনি ত্থনা ঐগী থাঙত্থ খত্তোকখ্রে—শ্রেং

শ্রেং—তাখ্রে থাপ্না মুংগাইরক্তা। খুৎলাই য়াওেব্রবা অদুদা মুংশা থীরদুনা অনকপদা, লৈবা উদা কারদুনা থন্নাই হিংনবা হোংনগে থল্লম্মী। খ্বাইদগী নকপা উদু খোঙকাপ য়াংখৈমুক থাপ্লম্মী—মদু তান্না মুংশা মপী হোন্না চেল্লম্মী। তান্নরকপিবা লমংঙ্কো মুংশাশ্বর অশাবা খোঙদা ফাওরকলে - খৌরবা ময়ানা হাইরকপা খোঙদা শোব্রিং শোকমাং তৌরকলে পাখৎপনা হুমাং মরিক মরিক কারে। মাঙদগী উদু য়ৌগদবা খোঙকাপ তন্নামুক্তা মঙায়রে মতম অদুমক্তদা পাখৎখিবনা মাঙদা লৈরম্বা নুং অমদা খুদি থিদুনা উপথুননা তুরম্মী ঐ শিরেদনা হায়না থল্লম্মী। তাঞ্জা অদুদা অমুন হৌগত্তুনা মাগী তা অদু লংলক্লম্মী—কয়াদা মংুং চুমথ্রবা মাগী ময়ানা ঐগী নঙ্গল য়ৌগদবা ইঞ্চি অনি অদুমতা ঙায়রবা লমংক অদু মবুক ময়ায়দা তা অদুনা লেংদুনা তাগী তাজিন্দু থুম্না লৈবাক্তা য়ুংখ্রে—লমংক অদু লেংবা ঙমখিদ্রে। অমোইবা মুংশা মপী হোন্দুনা অকিবা খোল্লাওগা লোয়নননা মথন্নাই লানখ্রে। মুংশা মপী ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা জ্ঞান তারকপদা উখি—অমুননা লমংক্তগী তা অদু শৎলম্মী। হৌজিক্তা অনাবা ফাওরকই—ঙ্কী ময়ানা খিনগায়রমলগা ঈহিং নাইহিং শারবা খুবোম অনিদু। ইতাও অমুননা নারক্তা হৌবা থাঙহিদাক থন্ন ফোয়রগা শ্রু-শ্রু নোইরগা থোমজিল্লে অশোকপা মফমদুদা, উন্নী ন্নারী মতৎ থৎলগা লৈহৌরা উনানা অশোকপা মফমদু য়োমশি-ন্দুনা কিশিল্লম্মী। য়েংউ, ঐগী খুবোমদা ঙক্না শোকখিবা মফম

তঙহনা লৈরিবসে। শিরবা শা অহু নম্বো পোহনা খুন্দা হল্লকখি। অম্নুননা ঐগী থরাই কনখিবহু করম কাওনি—হুংশিদা ইতাওদো।

তৌসেম খুন্দা শাইদাংলিডৈ' পাথঙ মথোক ফারকপদ ঐগী হুংশিরবী চান্নবী লৈশা নহাক্কী হাকতক্তা কয়। অৱাবা ইকায়বা নংখ্রবা। ঐগী হাকন চঙবদা মানা, ঐগী ইতাওনা খুনগী মী কয়াগা য়েংথিনখিবা, কয়া থংনাথিবা ফুনখিবা—অদো কাওরবরা? শাইদাংলবা ওইবনা মতু শোল্লবা ঐহাকসে মাগী মপান্না তৌসেমদা ইতুনাম তেক্তনা হিংলকপনি।

মুমিং অহু ঐনা ইমাগা নঙগা লোয়ননা ডাইলোং চৎলমদাইদা মাগী কপ্পীং কপ্পীং তৌবা মাইথোংনা কায়নরমদাইদা হায়খিবা ৱা—"ইতাও পুন্সিসিমা অমুক লৈমিন্নবা ফংলরোইকো," হায়হৌবহু হৌজিক্তা নৌহৌনা নীংশিংলকই। থাপ্লবা মকু তোর্ব্বান ফাওবা থিন্দোরৱক্লগা হন্না হন্না য়েংহনা মখুন তৌসেম তম্না হনখীবহু করম কাওগনি।

"অওইবনি—তাদা অম্নুনদো হুংশিকো!"

"চহি নিফু হৌখ্রে, খুনগী থবক তৌবদা, য়ুম পান্নবগী হোংনবদা—মহাকপু নোংমত্তা ফাওবা নীংশিংলুদে—থল্লুদে। ঙসিদি মঙদা খাই ঈশিং চাইবী নাক্তা মাবু উরম্মী।

অহুঙৈ ঐনা তৌসেমদা লৈরিঙৈদা—ঐখোয় অনি নোংমা উঙাম তোংনা খাই (বরাক) তুরেন্দা মখা পাংনা হোনবা হিহুদা মাগা ঐগতনি। ঈচেল কল্লবী, লূর লাইজা থল্লবী খাই তুরেল লেংলোংদগী তপ্পা তপ্পা চেল্লী মখা পাংনা। তের্ব্বান্দা হৌবা

হৈবোংনচিংবা উপাল ব্লাপাল কয়াগী মমি তারি লাইজ থক্তা অথাপ্পদা ঈহল অমদা তোর্ব্বন্দা ঙামথত্বুনা হৌরিবা নেম্না পাল্লিবা হৈবোংদো তম্না লুপা মচুহুম ঙৌরোক ঙৌরবা ঙা কয়ানা চোংখৎ চোংখত্তুনা হৈবোং অত্থু লাকলি। লুরবা লাইজদগী ঙৌনা লংনা চোংখৎলকপা অরংবা ঙাশিং. হৈবোং য়োরুরগা, ঈশিংদা জপ জপ তাখিবা মিংকী কুম্নৈনি। তত্প্লা হুংশিংনা লাইজ শোক্লা তপ্লা হুম্বদা কারিবা ঈথক মচাশিংদ হুমিৎকী মশের। য়েবদা ঈরং ঈরংলংবত্থু পুক্লীং হুনা ফজবনি।

উঙাম তোংনা হোম্থরকপা ব্লানচেংফাই য়োরে। কাখত্তুনা ব্লানচেংফাই নিংথৌদগী চেঙ চাক লৌরে—ফারকপা ঙাত্থু লৌত্থুনা চামিন্নরে। ব্লানচেংফাই নিঙোল ইতাওগী চান্নবীত্থুগা অহিংত্থুমা লেল্লে থুলং ঈশৈ শরুত্থুনা। কয়াদা মখোল ফখ্রবা ঐগী ইতাওদো মাগী ঈশৈ তাবদা ব্লানচেংফাইগী লৈশা পাখঙ অহল পুম্বনা লাওনখি—"ব্লা-ব্লা" —

মথংগী অয়ুক্তা ঐখোয় অনি অমুক উঙাম তোংত্থুনা তুরেল ঈচেল তুংইন্না হোম্থরম্মী। মরক মরক্তা তোর্ব্বান্দা হোঞ্জিন্দুনা ফারম্মী ঙা খর খর। করিগুম্বদস্থু তোর্ব্বান থক্তা কাখত্তুনা পাল্লিবা লংফোই-লতং হেক্তুনা চামিন্নৈ—কয়াদা মুংঙাইখ্রবা খোঙ -চৎনো? নুমিদাং ব্লাইরমগী স্না অহিংবা মচু মাল্লবা ঙাঙ্নবা মশেকনা য়েবদা বরাক্কী (থাইগী) লাইজ ঙাঙনা লংনা ফজরে। তোর্ব্বান্দা হৌরিবা অশংবা উপাল ব্লাপালদা য়েবদা হায়ফম

খওদনা ফজবা মচুগী ফীজোল শেৎলবী উমংগী মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্তম মীওইবগী ৱাহৈনা থাডুমদ্রে।

তাইজিজাং নকশিল্লকলে। তুরেলগী ওইথংবা তোর্ব্বান—খোকাং ( অথুইখুনো ) খুনগী হাইথরকপদা হৌরি চুম্না ৱাংনা কা পাম্বী কয়া। "কনাগী কাগী ঈংখোলনো?" "কনাগীসু নত্তে—মৈতৈ নিংথৌ লাইনিংথৌগী কাগী ইংখোলনে।" মনাত্তসু হৌরি মনা পাম্বী কয়া মৈত্রবাক্তা ফাওরি—চাবদা হাওবদা — "হাও মনা"। চহি খুদিংগী লোইপোৎ কারি মৈতৈ লাইনিংথৌদা কা মনা ঈংখোলসিদগী হেক্রগা। মুংশিদা—তংন থানদনা মরিলৈনরবা মৈত্রবাক্কী নিংথৌ! নওগীদমক্তনি—মনিপুরগীদমক্তনি চীংলৈবাক মচা ঐখোয়না য়েকনবগা লাম্থেংনবদা অহনবা লৈতনা মায়রোং য়াখিবা! ঐখোয় চীংদা লৈবা তমদা লৈবা পুম্বা ইমা মনিপুরগী মচানি। ইমা মাগীদমক্তনি ঐখোয়না থৱাই কৎকদবা!"

নুমিৎ তারক্লবদা উত্তাম হোঙ্গিন্দুনা বরাক্কী য়েংথংবা তোর্ব্বান্দা কাথংলে। ফজরবা থেলনি লৈত্তেম মান্নরবা মফম। য়েংবদা পুকনীং হুরবা মফমনি। মাইকৈ অহুমদা চীংনা কোয়শিনবা বরাক তুরেল্লা মায়কৈ অমদা লৈরিবা ফজরবা পুক্নীং হুরবা মফম্নি ঐখোয়না তাইজিজাং কৌই—মসি মৈতৈ নিংথৌগী সঙ্গায় য়ুঙ্ফমনি। হায়নৈ—অদুডৈ মৈতৈ নিংথৌরেন চীংথংখোম্বনা মফমসিদা লৈরম্মী। অৱা লানগারকপদা চীংথংখোম্বা মায়থীরতুনা ময়াং লৈবাক তমলকলে—অথুই খুন কাওতুনা লান চেল্লকলগা লৈরম্মী অসিদা। আদগী লোকচপ অসিদনি মাগী শগোলতু শিখিবা।

অসোমদা অরানা কন্না তকশিন্নকপনা অংুই খুন য়ৌরকলে। অথুই খুন্দা শামুশিংহু পুন্দুনা থনম্মলগা চাইথোক্কুনা খুম্থাং য়ৈনা চীংথংখোম্ববু থিন্নকলে— অতুবু মফম কদায়দম্থু মাবু ফংখিদ্রে। চীংথংখোম্ববু মুংশিজরবা অথুইগী খুঞ্জাশিংনা অরামা চথোকখিদ্রিঙেদা শামুশিংহু হাত্তুনা লোইনা চাথোকপ্রে। থিবমখৈ থিরুরগা ফংদ্রবদা অরাশিংহু হন্নকলে অথুইদা, মখোইগী শামুহু তোংহুনা অমুক তমদা হনখিনবা। মখোয়বু শঙ্গলম্মু— মচিঙ্গাক হুন্নম্মু থনম্বা অথুইগী খুঞ্জাশিংনা শামু হাংলম্বা উবদা শাংরবা অরাশিংনা অথুই অহল-লমন কয়া খি থিদুনা হাংলক্রে। খুঞ্জা অতৈনা উমংদা চেন্দুনা মথরাই হিংনখ্রে। সোমদা চীংথংখোম্ব অরা লাকপগী পাও তাবদা তাইজিজাং থাদোক্কুনা অতেঙ খুন পাংখ্রে। মতম খর অতেঙ খুন্দা পোথারম্লগা— ময়াং লৈবাকলোমদা খোঙশানখি। হায়নবা লৈ অতেঙখুন্দা মাগী পানাও শিংনাও তাহৌই।

ঐখোয় অনি অহিংতুমা তাইজিজাংদা লেকলে। অথেঙবা অহিং মীচিক মীরাওখোল তাগ্রবা মতম—তাইজিজাংগী মহৌশাগী শক্তম পুক্লিং হুনা শুম্মংপনি। তরানিথোইনি পানবা থাজগী মঙালনা থেল অহু লুপা অহিংবা মচুনা থনখ্রে— লিরিবা নামিবা বরাক্কী ঈশিংথক্তা শিংলক্লগা হকচাংদা থেংলবা কালেনগী ঙলাওবা কাওখরে। করিবু হায়না শীংথাশিগে - হরাও মখোই কারবা পুক্নীং মথুম মরাং হৌরবা নহা অনিগী থম্মোইহু লৈচিলথক্তা থাবল-লক্তা মশা পান্দুনা পাইরে— উতোন রাতোন চীংদোন কয়া কাইদোং ওইরে— ইশুম শুম্মংনা হরাও মখোই কারে।

য়েংউ আদগীসে কয়াদা ফজরিবা—থাজনা নোংচুপ চীংদোন্দা তোংলিবসে, ফমলিবসে—চীংদোন অসিগী লুহুপকুম কয়াদা চীংগী নাপোম অমদা উরুম—নাপোম অমদনা থাবলা লুপা চুমনা মেঙনা লংবা য়েংবদা পুকনীং হুশ্রবনি হুশ্রবা। করম্বা পাখঙ নহানা সিগুম্বা পুক্নীং হুরবা অহিংসিদা কয়া কৃইনা তুমহুনা লৈথোকপা ঙমগদগে? ঐখোয় অনি তাইজিজাংগী ফজবা শক্তম য়েংনা য়েংনা অহিংহু হৌগ্রে। অঙনবা অয়ুক্তা য়েন্দা অহানবদা হৌগংলে, চীনয়া শেংলগা পান অলু অফংবা খর লৌহুনা চারে। তুরেন্দগী ফারকপা ঙা য়াইহুনা চারে। নোংপোক অতিয়াদা মুমিংনা তরং হুন্দোবকপদা উঙাম অমুক তোংহুনা মখা পাংনা হোম্বরে।

পাকচাওরবা মবুক তপ্লবা উচেলথক্তা তপ্না তপ্না তাওথরি উঙামহু। হৌখিবা রারী নীংশিংহুনা—হারী তাম্না চেক্লা শেদম্না—খুঙ্গং ঈশৈ শক্লকলে ইতাও,—মুরা রানচেংফাই থাহুনা। ঈচিক হুল্লবা মফমহুদা ছারাদা শকলিবা—চীং তুরেল উমং নম্ভনা তাবিনবা লৈত্রবা ঈশৈহু—ফজে ফজে হায়বগুম লৈমলৈ কয়া ঈথকলক্তা ফন ফন চোংলি, চোংনা চোংনা নকশিল্লকই—পাথৌ ইতাও নাক্তা।

উঙাম অহু অম্মুম হোল্লকপনা পংথাপ থাপ্তনা উরে চাওরবা মনাহী পাম্বী অনিহু। তারকলে ঈশিংগী ঈরাওথোল-জর জর জম জম জ্বাই জ্বাই। অরাংবদগী হৈথরকপা মুঙ্গায়রক্তা থেংবগী ঈনিলখোল—ওরোরো—চিক চিক জর জম জ্বাই। ইনক নক্লা উন্নকলে—হিংচাবনা থারম্বা থোংগী থোংখোংশিং। খঙলে ঐখোয়

নকশিল্লকলে থাইগী (বরাক্কী) ঈশিং চাইবী। উঙামদু তোর্ব্বান্দা হোঙ্জিল্লে। য়েংথংবা তোর্ব্বান্দা কাখত্তুনা ঈশিং চাইথবী য়েংনবা চঙশিল্লম্মী। "য়েংউ ইতাও, আদগীসি উবরা ?"

"অসিনিদো ইতাও মকুই চীংশাংলাকপা হিংচাবনা থারম্বা থোংগী থোংখোং,"

"নোংমা মানা উখি ঈশিং চাইবী লাইরেম্বী—মথোক কাররক্লা ফজবী ব্লাই ব্লাই চাইথবা লাইজলক্লা মপুং ফারবা হকচাং কায়াৎ পূম্বা উৎতুনা, ঈরুজতুনা শান্নতুনা লৈরম্বা। মায়গৈ ফীজেৎনরবী ! খ্বাংজেংবী ! মিত্তা ফজবী, নোকমী নোকমী চিনবাম্না পাখঙ খম্মোয় থোয়রাংহনবী লাইরেম্বীদু উবদা চীংশাংলাকপা হিংচাবা চপ লেপখি, মমিৎ কুপ্তুনা য়েংখি—তিলাং খয়োৎনখি।

"মুরা মাবু য়েংতুনা অপাম মুংশি তেন্না পাল্লবা চীংশাং-লাকপা হিংচাবা—থেমজখি মুংশি মুঙোন ব্রাহৈনা মুরা মাবু মাগী তালোই ওইজগে। ফিভম অসিদা মুরা মহাক চেনফম লৈতে চেনগে হোংনরুরবদি হিংচাবগী খায়াত্তা তাগনি। অদুবু মুরা মাদি নিংঙোল ওইদ্রে। মপু ব্লাংদ্রেন মঙোন্দা থব্লাই হকচাং কং-খ্রবনি করম্না নাম্থোকসিগে খল্লগা লৌশিংবী লাইরেম্বী হিংচাবা য়েংনা হায়রকই—

"পাথৌও অথৌবা ! ঐদি পাঙ্গল শোনবনি। তুরেল ইপাকসি লান্দুনা পাথৌ নাক্তা লাকপা ঙমজদে। ঙসিগী নুংদাংদগী হয়েং অয়ুক ফাওবগীনুংদা তুরেল ঈপাকসি লানঙম্বা থোংজাও অমা

শাবীয়্-পাথৌ নাক্তা লাকচগে। অয়ুক য়েনখোং অহানবদা থোংতুবু লোইত্রবা— ননাওদি অমুক উররোই : পাথৌ নাক্তা লাকপা ওইথোক্লরোই।"

মুরাগী য়ান্না তাবদা মুঙাইরবা হিংচাবা পাওমেনজখি "অদুদি করি লৈতেনা।"

হায়নখিবা ন্না ঙাক্লবা হরাও মথোই কাররা চীংশাং লাকপা হিংচাবা অহিংগী য়ুথক অহানবদগী চাওর চাওরবা মুঙ ফুক্তুনা থোংথোং মথং মথং য়ুংলকলে। নোংঙাম্রিডৈ থোং শাবা লোই-গদবনি—মুরা মাবু লৌগদবনি। ময়েক য়াওদবা ঈশৈ ঙং-হুই-থোং, থবক প্রপ প্রপ চাকশিল্লম্মী। অহিং নোংয়াই চবুক য়োরকপদা থোংথোং য়ুংবা লোইখরে। মথক থোংফৈ হাপ্পবা চাওরবা শাংলবা মুঙপাক পুরকলে কোকথোংনানা। মতুবু হাপখ্রবদি থোং শাবা লোইখ্রগনি। ঈশিং চাইথবীগী লাইরেম্বী পাখংপনা কোকচাওবী কারে —

"করম তৌরগা থিংবা তাই।"

মনাই মুপী মুপা য়েনবী য়েনবা হৌদোকলে "ইংমুঙাল্লে খঙনবা খোংউ য়াথং পীখ্রে।"

মখোয় পুম্বা খোম্হোক অমত্তদা খোংলকলে।

"কে ক্রেক কে"।

য়েনবা খোঙ্জেল তাবদা নোংঙাম্লবোই খন্দুনা শাওরবা চীংশাং লাকপা হিংচাবা লাক্তুনা লংখ্রে মুংপাক্তু ঈশিং চাইবী ঈয়ায়দা। নীংবা কায়না হনখ্রে নোংচুপ মায়গৈদা—মমায় অমুক উংলখিদ্রে।

"ঈতাও ! মানা হুন্দোকলম্বা মুণ্ডপাক মুণ্ডজাওহুনিদো ঈশিং চাইথবীগী ঈয়ায়দা হৌজিকসু য়ুংহুনা লৈরিবসে। মানা থারম্বা থোংখোংশিংনিদো ঐখোয়না উরিবসে"

"হৌজিকসু থোংখোংসিদা কান্দুনা কান্দুনা লানবা য়াইদো তুরেলসে"।

মাগী য়ুংশিবীগীদমক্তা খুদোল হৈরাং পুক্কপা শাওহুনা লংথোকলম্বহু হৌরিবা মনাহী শাম্বী অসিনি।

মহাক্না মতম কুইনা নীংজরবা খঙরবা তুংদা চীংনিংথৌ নোংপোক ঙিংথৌ পান্থোইবী ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা মাঙোন্দা শীরকপনিদো।"

ঐখোয় অনি মমাহী হেক্কুনা চারে—কয়াদা হাওখ্রবা চীনয়া শেংখ্রবা। কয়াদা ফজরিবা ! খুতুপ কুম্ব্রা নিফু রাংবদগী মুংখানা য়েবদা লুপা মহি মাল্লবা ঈশিং মপৈ মপৈ—জর জর জম জম, জ্বাই জ্বাই—রা—রা—চেম্বরী হৈথরী মখাদা। ঈশিং মপৈনা খুতুপ কুম্ব্রা নিফু মখাদা য়ুংহুনা লৈরিবা নূংপাক নূংহুম অহুদা য়েরুবদা শাইথোয়কপা চোংথোয়কপা ঈরিক্লা মনাক্তা ভোর্বান্দা থাপতক্লা লেপ্লিবা ঐখোয়গী মায় মিং চোৎলহুনা হকচাং ভগৎ তেকথৎলে—য়েংবগী শেনবা নাইত্রবা অসিগুম্বা শক্তমসে - করম্বা লোল্লা থাগনি।

থেংথোং অনি খোরা খুতুপ কুম্ব্রা—নিফু রাংবা মমাহী চাইথরিবা ঈশিং মপৈ মিংকী কুইমনি বাওরাবা।। ফজাবা

শক্কমনি, মীওইবগী লোয়া শীংথাৰা ওইথোক্কবনি। উরগতা খঙগদবনি, য়েঙলগতা ফজবত্থ অসি ওইরেকো হায়বা ঙমগদবনি। ঈশিং মপৈ মপৈনা ঙংনা লাওনা ৱা ৱা জর জর জম জম জ্বাই জ্বাই তাম্নিবা— তাবগতা খঙগনি খোঞ্জেলদো কয়াগী মতিক ন্নুংশিবা।

ঙরাং অহিং মঙদস্থ অশুয়া ফজবা শক্কম য়েংনা য়েংনা ঐখোয় অনি খর খব চঙশিনখিত্নুন" ঈশিংগী মপৈনা হাইথফম নাক্কা ঈচেলগী মপান্দা লেপলুরে। চাইথবিবা ঈশিং লক্কা মুয়া য়েংলু- বদা ঈরিকলক্ক। কোঙ্গোল লক্কা ঈশিংগী লাইরেম্বী লৈরবগুম খল্লকলে।

তাঞ্জা অসিদা ইথঙ খঙহৌদনা অকনবা নুংশিং শিংলক্লে- চাওরবা ঈথক ঈপোম অমনা ঐহাকপু পুথখ্রে ঈশিং মপৈ লক্কা খুত্নপ কুম্ব্রা ৱাংবা মফমদগী চাইথবত্থদা য়াওখ্রে— ঈয়ায়দা তারে ঈবাক্লরে। হক্সংনা য়েংবদা ইতাও অস্থন তোর্ব্বান্দা লেপ্পা উই— হাইফেৎ নোবপরা খল্লি। খুৎ থাঙত্নুনা মাবু কৌই লৈজবা খোঞ্জেল থানা। তাঞ্জা অত্নুদা নহাক্না হৌদোরক্কুনা ঐহাক মিকপ থোক্লে। ন্নুংশিদা ইতাওদো।''

খুল্লাকপা ত্নুমিন লৈখ্রে। চাক চখোম অমা অনি চাবা হৌরম্লগা মখুৎ হামখ্রে।

নুংশা থিরবী খুল্লাকপীনা হায়রকই—

"খুল্লাকপা নঙ ঙসিদি পামদা চৎলম্থ। ঐগী পুকনীংসে য়াম্না চিংমরে।"

"খুল্লাকপী নঙসে পঙখ্রেদা। মঙগী ব্রাবু"

"অহু ওইসন্নু। ঙসিদি চংখ্রন্নু। নত্রগা ঐস্নু চংকে। ঐখোয়নি চংমিন্নসি।"

"কৈস্নু তৌরোই খুল্লাকপী। সে য়ুমসি য়েংলম্মৃ। ওক য়েন লোইশিল্লম্মৃ। লাক্কে হায়রবস্নু, হোরেল ন্নুমিং য়ুংবা মতুংদা চয়োম পূহ্না লাকউ।"

ডাইলোং খুল্লাকপা নাকন্দা থাঙপাক্তু য়েপশিন্দুনা অয়ুক অঙনবহুদা পরপ পরপ চংলকলে পাম তম্না। থীন্দনা পাম য়োখ্রে। পাম য়োরবদা উরে মানা লূনা তৌজবা লফু পাম্বী কয়ামরুম য়াস্থংলমলে। খুল্লাকপা শাওবনা লুতোন কাখ্রে।

"কনানো! কনানা লফু য়ানবনো"

হন্না হন্না লাওরকই। অহাঙবা লমহাংদা থাপ্না হৌনা খোঞ্জেল অহু শন্দোকখি—চীং উ মুং নাপী শীংবী মথক্তা থেংলুরগা মথন্তা অমুক খোম্হাং ওইনা হল্লকই মাগী খোঞ্জেল।

কনাস্নু থোরক্কে কনাস্নু উদে।

শাওরবা খুল্লাকপা—মপা মপুনা তম্বীরম্বা লাইনীং লাইশোলনা মশক উদবা য়েক্নবা মাগী মাঙনবা তৌরিবা অহু হাৎলগে লমন খুম্নগে খল্লকলে। অককপা লফু মতূপ অমা লৌরগা মনাক্তা লৈবা ঝা অমা য়ান্দুনা মতেক অমা পতুম অমা শারগা লফু মকক অহুদা য়ুংলে। লা লাতোন অমদা হাপলে, মমায় নোংপোক ওন্দুনা মমিং উইশিন্দুনা লাইনীং লাইশোল থীরক্লে।

ঙশাই মথৈ লোত্তৃনা লৈরম্বা অম্নুন খুল্লাকপনা তৌরিবা

পুম্বহু লোম্না য়েংহুনা লৈরম্মী। মাগী লাইনীং লাইশোল পুজা অহুনা মপূং ফাগ্রবদি মহাক অমুক হিংবগী আশা লৈত্রে।

হৌজিক অস্থুন লোম্না তপ্পা তপ্পা মোং হাদনা চঙশিলক্লুনা খুৎলে থুনা মমিৎ উইশিন্দুনা লাইশোল শোল্লিবা—খুল্লাকপগী লুমাংশম মখুৎ ওইনা পায়হুনা লৈবাক্তা লোংনা চিংথুখ্রে। মখুৎ য়েৎনা পায়রিবা থাংপাক্লুনা হাইথরক্লুনা খুল্লাকপগী লাল্লুম চোমায় লৌখ্রে।

লুমাংশম পায়হুনা লোংনা ইন্থ্রবকপদা মমিৎ খঙপাঙ পাঙলবা খুল্লাকপদো অস্থুন উবদা "ইতাও নঙ ওইরে হায়না শাওবংননা নোকখি। হাইথরকপা থাঙপাক্কী থাঙয়াদা মাগী থরায় তোংহুনা মালঙ মায়কৈ পাংখ্রে।

খুল্লাকপগী ককলবা কোক্তু পায়হুনা ঈনা মশাপূম্বা তৈবরা অস্থুন মমায় অকাশতা ওন্দনা লাওরকখি—

"ইপা ইপু পোকপা নশুনা মংশং তাঞ্জরে। য়ে উ অপোকপা নঙগী রাশক ভাকচবে। ইবেন ইবেম্মা! নশুগী রাশক ভাকচবে নঙগী লমন শিংভবে। পেনবীয় নখোয় পূম্বা"

অতিয়াদা উাখ মথং মথং মপা মপু, মপুপোকপী মবেন অসিম মবুধো পাওজই অরোইবদা উখি মাগী অঙাং ওইবিঙৈগী মরুপ ভাইলোং খল্লাকপা। মহু উববদা কক্লবা কোকতুদা য়েংখি— মনিঙ্গী মপি শিন্থখিবা খঙহৌদে। অমুক পন্থবা তৌদনা খুল্লাকপগী অককপা কোকতু পায়হুনা ঈ তৈরবা থাঙহু হাইর হাইরহুনা 'অস্থুন চেনখৎখ্রে গাদায় চীংদোন তন্না।,

# রাঁচিদা চয়োল তরুক

ইংশোক ১৯৭৭ মনিপুর সেক্রেটারিয়েৎ জুন তাং ২৩--য়ুমশকৈশ অয়ুক পুং ১০ই তাবদা মেমনা ডাক ফাইল পুশিল্লক্তুনা ঐগী টেবলদা থম্মী। ডাক মথং মথং ফাক্তুনা মরু ওইবা অথুবা খরগী পাওথুম ডিক্টেসন তৌরম্মী। মেমনা মথং মথং ডিকটেসন লৌরগা টাইপতা ত্রান্সক্রাইব তৌনবা থোকখ্রে। অরোইবা ডাক্তু ফাক্লবদা রাঁচিগী এঃ টি আইঃ দগী ওইরমলে। এঃ টিঃ আই ডিরেক্টর শ্রী ঐ কে এম হাসাননা তাং ১৬ তা ইরকপা চিঠিদা মনিপুর গবর্ণমেণ্টনা হায়রকপা আই এ এস সেলেক্ট লিষ্ট অফিসার অনি ট্রেনীং য়াওহল্লু হায়রিবত্থু য়ারে হায়না খঙহল্লকলে। লুইখামগা ঐগা জুলাই তাং ৪ নংনবা রাঁচি চৎপা তারে। জুনগী তাং ৩০দা ডিপার্টমেণ্ট অব এডমিনিসট্রেটিভ রিফোর্মগী সেক্রেটরীনা সহি তৌবা ঐগা লুইখামগা ঐখোয় অনিবু ট্রেনীং থাবগী হুকুমচে অত্থু থুংলরে।

মমাঙ থাদা মুসৌরীদা ট্রেনীং য়াওনবা খল্লকখ্রবনি অত্থুবু মার্চ্চ থাগী মীথন্দা দরকার লৈবনা ঐখোয় মুসৌরী চৎপা তোকপা তাখি। ঐঙোন্দদি মুসৌরি রাঁচি অনিমক চপ মানৈ—থোইনা চৎনিংবা পোক্কে। মফম অতৈদা ওইরম্লবদি নুংঙাইরমগদবনি। অত্থুবু লাট সাহেবকী হুকুম থৌওইদবা য়াদবনা চৎননবা শেম শারম্মী। চৎলমদাইদা অরীবা ফাইল পুম্বা লোইশিনবা য়াবনা লোইশিল্লে—শিন্নবা য়াবনা শিন্নরমলে। হেন্দিং ওর্ডর নোট শেমত্থুনা পীরমলে। একাউণ্ট সেকসনবু বিল শাহন্দুনা জুলাই তাং ২দা এডভান্স টি এ লৌথোকলে। নুমীৎ অসিদা ইণ্ডিয়ান

এয়ার লাইন্সতগী কলিকত্তা ফাওবগী টিকেৎ লৌরে। ট্রঙ্ককোল তৌদুনা কলিকতাগী লাইএসন অফিসর ভাট্টাচার্জিদা ঐখোয় তাং ৩দা য়ৌরক্কনি রাঁচিগী টিকেট রিজার্ব তৌরম্মু হায়খ্রে।

কমলানা পাঞ্জি য়েংলুবদা তাং ৫দা চৎলবদি ফগনি হায়বনি অদুবু তাং ৪দা য়ৌদবা য়াদবনিনা তাং ৩গী অয়ুক্তা খিরেন অমসুং অচৌবা থিন্দোক্কুনা তুলিহল এয়ার পোর্ট য়ৌরে। শ্রীলূইখাম হান্নবা অতোপ্পা গাড়ীদা লাক্কুনা এয়ার পোর্টতা থংনরে। হৌনবী মতুং ইন্না এয়ারপোর্ট অফিসতা রিপোর্ট তৌরে। লগেজগী অরাম্বা ওন্নে— সিট নম্বর থাবা বোর্দিংকার্ড লৌয়ে। মথংদা—মপান্দা লোবীদা পার্কিংদা লৈবা পেসেঞ্জর অমদি থিন্দোকপা লাকপা খুঙন চান্নবশিংগা য়ারী য়াত্তায় শারম্মী প্লেন তারবা ঙাইবা ওইনা।

মপান্দগী থুংলবা ওকপা লাকপা, চৎখিগদবা থিন্দোকপা লাকপা অমদি পেসেঞ্জর ময়াম অতুগী জীপ কার টেক্সী স্কুটরনা পাল্লবা তুলিহল এয়ারপোর্টকী পার্কিং লোট অদু ইথন থনখ্রে। গাড়ী থাকম চন্নখ্রে। মতম অসি মনিপুরগী বাজনিতিগী চরাঙনরবা মতমনি। জনতা ওইরবা কংগ্রেস এম এল এ কয়া কাঙলুপ কাঙলুপ দিল্লিদা কেন্দ্রগী নেতা উনবা তোয়না তোয়না চৎনবা মতমনি। মুমিং অসিদমু হান্নগী কংগ্রেস মিনিষ্টরী এক্স মিনিষ্টর জনতা এম এল এ অনি অতোপ্পা এম এল এ অমগা দিল্লি চৎলম্মী। ঐখোয়গা খোঙবু ওইবা অদি।

পুং ৮ তারকলে, এয়ারপোর্টকী এনাউন্সমেন্ট হাইগদবা লৌনম্মা বোইং থুংলরগনি। এরোপ্লেন মখোন তারক্লে— অয়াম্বা মী

অতিয়াদা য়েংখৎনৈ। লাকলে লাকলে পাইরক্লে য়ৌরকলে য়ৌরকলে ডাউনরিডৈদা—অয়াকপা খোম্থাংগা লোয়ননা ইঙ্গিম্না পাইবা উচেক অদু তুলিহল বিমান তাফমদা থুংলরে।

থৌন্দনা সেক্যুরিটি গার্ডশিংনা বিমান অদু গার্ড তৌবগা লোয়ননা কুমথরক্লবা কৈরাক অনি অদু ঈনশিনখ্রে। বিমান মমাঙ অমস্থুং মর্নাংগী নাকল থোঙ অনি হাংদোরকপগা লোয়ননা মশক মতৌ ফজরবী এয়ার হোষ্টেস অনি অদু থোঙ অমমমদা নোকমী নোকমী লেপ্লম্মী। মথং মথং যাত্রিক ময়াম কুমথরক্লে ঐস্থু কনা কনা য়াওবগে য়েংগে হায়না অঙাংশিংগা লোয়ননা তিংখং তারাগী বম্বন ব্রাংমদা লেপ্তুনা য়েংলম্মী। স্থচেতা লবেতা বেম বেম মখোয় অহুমস্থু য়েংলম্মী। মমাঙ থংবা কৈরাক্তা মনজিৎ কুমথরকপা উবদা স্থচেতানা লাওলকই—

"তামো লাকলে।"

লরেতা বেম বেম অনিনা "তামো" হায়না লাওখ্রবা মীয়ামলক্কুদা কৌরম্মী। মনজিৎ বাঙ্গালোরদগী লাকপনি—মহাক লাক্কনি হায়বা খঙহল্লক্কবনি। সরপ্রাইজ এরাইভেলনি। অদুবু চানরুহুনা ঐখোয়স্থ লাকলে—ঐখোয়না তোংলকপা গাড়ীদা মহাক য়ুম চংখ্রনি।

য়াম্না শম্না ঐনা হংখি—

"কলেজ এডমিসন করম তৌরে।"

"ঐখোয়গী কলেজদা দরখাস্ত থারমলে।"

"পরিক্ষাগী মার্ক করম তৌই।"

"কয়া কল্ত্তে"

মতম অসিদা এয়ার পোর্ট অফিসকী লাউড স্পিকরনা হন্না হন্না লাওরকলম্মী—

"Passengers travelling by Flight No. 215 to Gauhati and Calcutta are requested to proceed to the security Enclosure."

মান চাং বিমান্দা হাপ্পা লোইখ্রে। অমুক হন্না লাউড স্পিকরদা—

"Mr: Chatterjee travelling to Calcutta is requested to report to the Counter ........ Mr Chatterjee"

যাত্রিক ময়াম মথং মথং এরোপ্লেন তাপ্পা চংনরকলে। ঐসু থিন্দোরকলিবশিংহুদা " চংলুখিগে। হায়রম্নগা—চংলে—সেক্যুরিটি এনক্লোজরদা চেক তৌরে—মথংদা বিমানগী মনীংথংবা থোঙলোমদা কাখৎলে। কণ্ডক্টরদা লেণ্ডিং কার্ড উৎলগা চঙলকপদা মশক ফজরবী এয়ার হোষ্টেস অহুনা "Good Morning" হায়না "Wish" তৌরম্মী। ঐহাক ঐগী সিট নম্বর E 11 থাবহুদা ফম্নম্মী। হেক ফমথবা ঙাইহাক লৈরগা ম্যুজিক— সিত্তারগী মুংশিরবা গং মতেক অমনা বিমান অহু থম্না নিনখি। যাত্রিক ময়াম অহু শুনা ফম্নবদা বিমানগী থোঙ অনিহু লোনশিনখ্রে। বিমান থৌবা পাইলোট পুম্বা কোকপিটতা চঙহুনা ফমখ্রে। মিকুপ থরদগী মতুংদা জেট ইঞ্জিন অহু মথরাই পাল্লকলে পাইবগে হায়না ঙংলকলে খুমিং—খুমাং কাওরকলে। মতম অসিদা

মেংলবা নৌরবা খোঞ্জেলদা ইংলিস অমসুং হিন্দি লোন্দা যাত্রিক পুম্বা হোস্তেস অমনা স্বগত তৌরম্মী — মথং মথং শমথরম্মী— "Capt Bakshi welcomes you all to this Flight. Hope you will enjoy the flight. Please fasten your seat belts. Smoking is prohibited. The aircraft is taking for Gauhati.

Flight time from Imphal to Gauhati is 45 minutes. Outside temperature is 25 degree centigrade maximum and 15 degee centigrade minimum.

বিমান মনুংদা অইবা সাইনবোর্ড অদু ক্লাস তৌরকই। "Fasten seat belt, smoking is prohibited"

"কুর্সী পোট বান্ধিয়ে। ধর্ম্ম পম নিষেধ। ৱাহৈ অসিমক হোষ্টেস অমনা মাইক্তা লাওথোরকপগা লোয়না লোয়ননা প্লেন অদু লৈবাক্তা কন্না চেল্লম্বদগী পাইখৎলকলে— ৱাংখৎলকলে। প্লেন্না পাইখৎলকপগা লোয়ননা ঐখোয়স্তু পাইখৎলে হায়বা ৱাখল অমা ফাওই—ফমফমদগী খর ৱাংখৎপোই খল্লি। অমুকসু লৈচিল মরক্তা পাইবদা অমুক অমুক নেমথরকপদা ঐখোয় তাগদৌরে হায়না শ্বাই শ্বাই পাখৎলি—ফমলিবা সিট অদুগী মপান্দা কন্না কন্না পাইশিল্লি।

মিনিট ৫ রোম পাইরক্লবদা হোষ্টেস অমনা মাইক্তা লাওরকখি—

" you can unfasten the seat belt. You can smoke"

মতুগা লোয়ন-লোয়ননা এয়ার হোষ্টেস অমনা ইংরাজি অমসুং হিন্দি লোন্দা মথং মথং একসিজেন খাও শিজিন্নবগী Routine demonstration— উৎলি —অমনা হায়রকই— It is a Routine Demonstration. In case of need for oxygen please press the button above you, The oxygen Mask will fall and you are to place it over your nose and mouth."

মিনিট তবামুক পাইবক্রবা তুংদা ভাইহাক্তা পোথাবা লৈত্রবী হোস্তেস অনিতু অমনা অহানবদা যাত্রিকশিংগী অপাম্বা য়েংতুনা খবর কাগজ লানশিল্লি। অমনা প্লাস্তিক ট্রে অমদা Drops Toffee logenge, অমদি IAC থাবা চেখাও মচাদা হাপ্লা cotton pads হাপ্তুনা গালি অতুদা চৎলগা যাত্রিক খুদিংগী মমাঙদা পুশিন্দুনা উৎলি—কনানা Drop Toffee logenge অপাম্বা লৌতুনা উমই—চায়—কনানা cotton pade লৌবগা নাকোং মখুন্দা মচেং মচেং মেনশিল্লি। মথংদা অতোপ্পা হোস্তেস অমতুনা সিটকী মমাঙদা লৈবা ফমফমদা নপ্পা অথুপ্পা টেবল মচাশিংতু হৈশিংবগা লোয়ননা ফং ফং হাংদোকই — অতুদগী অমনা প্লাস্তিক ট্রে মচাদা হাপ্লা ব্রেকফাষ্ট পেকেট অমসুং প্লাস্তিক গ্লাস অমমম যাত্রিক খুদিংগী মাঙদা টেবলথক্তা থমলবে। মী খুদিংমক পেকেট অতু হাংতুনা চাবা হৌনরে। মতুগী তুমিত্তদি

পেকেট মন্নুংদা য়াওরম্মী Sandurih Biscuit অমদি রসগুল্লা। ময়াম্না চানরিঙৈদা অতোপ্পা লৈশাবী অমুনা চা অমসুং কাফীগী চক্সু অনি পায়রদুনা যাত্রিক খুদিংদা Tea coffee হংল হংলদুনা অপান্না মতুং ইন্না চা মত্রগা কাফি কপ অতুদা হেক হেক হৈরম্মী। কনাগুম্বা যাত্রিকনা ঈশিং পীয়ু হায়রবস্নু য়াওরকই—। খোননৌবী লৈশাবী অনিমুনা মমিংও মনাও—মেঙনা চা কাফি হংলকপদা খুমকম খঙদমুনা তুমিন্না ফজবা শকফমদু য়েংদুনা লৈথোকপা যাত্রিকসু য়াওই লৈশাবীদু নোকফেং তৌরগা মানা হৈনিংবা চা নত্রগা কাফি হৈরমলগা মথংদা চৎথি। চাবা থকপা লোই-নরকলবদা—হৈশিংবী হোস্তেস অনিদু অমনা যাত্রিকী মমাংদগী অহাঙবা প্লাস্তিক ট্রে খোমজিল্লি অমনা টেবলশিংদু ফং ফং থুপচিল্লি।

অওইরবি ফিরোন ফজনা শেংলবী, মীংথিনা য়েকখোংলবী শেমশাদুনা অথোঙবা অমেঙবা খোঙেলনা রাহাইবা মিৎলৈ নাবৈ খঙবা হোস্টেস অনিদু ঙাইহাক্তা পোখাদে—মখোয়বু য়েংবস্নু মিৎকী থবক্ক অমনি। পুং খর পাইবদুদা মন্নুংদা ষ্টেরিঙদগী খোংলকপা বিমানগী ফজারমা নাকোংবু শুঙাইহল্লি। যাত্রিক কনানা ফমরকমদা ঙা-তুনা উইরি, কনানা খবর পারি কনানা চুরূপ থকুনা রাখল তৌগি কমা কমানা ফমিন্নবশিংগা রারী শারী নোকলী ফলগী তৌনরি। কনা অমনা ময়ামদুগী মতৌ য়েংলি। অতোপ্পা যাত্রিক কমানা এরোপ্লেনগী মিংশেলগী মিহুৎলোমদা মপান্দা য়েংলি —আকাশতগী লৈমায়দা য়েংথবগী দৃশ্য অমদি লৈচিললগী পাইবগী ফজবা শাক্তম।

কাপোন্দগী কাপথোক্লবা ঙৌরবা লশিং মফোল মতূম মতূমগুম পাইরিবা লৈচিল মপৈ- শংবান্নবা অতিয়া ঙৌরোক ঙৌরবা লৈচিল মতুম মতুমদা হুনিংকী মঙালনা য়ৈবদা লুপাগুম লংনা ফজবা মপৈ অথাপ্পদগী য়েংবদ.—অতিয়াদা পাইদুনা লৈবা দেশ অমগুম খলহল্লিবা অমুকস্থ কূংশিল্লবা মুরৈনবা লৈচিল--হুংশিংনা হুম্বদা মওং কয়া মুর্ত্তি কয়াগী শক্তম লৌরিবা লৈচিল মপৈ য়েংবদা পুক্লীং হুংঙোল্লি। হৌদিক বিমান অদু ব্রাংনা পাইরকলে লৈচিল অতিয়া নত্তনা লৈমায়গী শক্তম উবা ফংখিদ্রে।

মিনিট ৪১ লোম পায়রক্লব' মতুংদা বিমান অদু খর খর নেমথরকলে। নাকনগী মিহুৎথোংদা য়েংথোকখিবদা—চীং তুরেল, অপাকপা লমহাং—পাৎকী ঈশিং ঈপাক কৈয়েনগুম য়েক্লবা লৌরী পবেং-ফোনা থল্লা হৌরিবা লৌবুক মপৈ চা পাম্বীগী লৈকোল শাংলবা চুমলবা খোয়ববা কোলাস লম্বী পুখ্রি মচা মচা ইনা কুপ্পা খগরানা কুপ্পা জিওঘনা কুপ্পা, শাৎৈবা মথোল অমদগী হেনবা দলান—য়ুম মপৈ মপৈ; য়ুমলক্তা হৌবা কা পাম্বী—উপাম্বী, লম্বীদা চৎপা গাড়ী—মী—মথং মথং উরকলে। হোষ্টেসনা লাও-বকই, মাইকতা "Fasten seat belt- No smoking please. The craft is shortly landing at Gauhati"
হায়না হায়না নেমথরকুনা চাকা অহুম অদু বিমান তাফম লৈবাক্তা শোকপগা গ্রং গ্রং চেল্লম্মী—মথংদা—অম্সুম তপথরক্তুনা থাফম লেপফম তাকলিবা মফমদুদা তপ্পা তপ্পা থৌভিল্লরগা লেপলম্মী। যাত্রিক কূমথনবা কৈরাক পুশিল্লক্লে। হোষ্টেস অমনা মাইকতা

লাওরকই—Capt Bakshi thanks you. Hope you enjoyed the flight. For your information the outside temperature is 35 degree celsius. Thank you"

বিমানগী থোঙ হাংদোক্লবদা গৌহাটি চৎপা যাত্রিক পুম্বা মরাং মরাং তৌহুনা ফমফমদগী হৌগৎতুনা কুমথখরে।

কলিকতা য়ৌগদবা অয়াম্বদি অহুম ফমহুনা লৈ। লুইখামগা ঐগা ঐখোয় অনি গৌহাটী এয়ারপোর্ট অফিস য়েংসি হায়না Transit Card অমমম লৌরগা কুমথরে। এয়ার পোর্ট অফিসকী রেষ্টরাদা কোকাকোলা অমমম থক্লুই। যাত্রিক ময়াম চখোক চৎশিন মরাং মরাং তৌরিবহু-য়েংবস্থ মমুংঙাই। মেখলা শেৎপী তেথাও লৈশাবী মৌশিং—শারী শেৎপী বাঙ্গালী মুপী মরক্তা ফনেক শেৎপী মৈতৈ মুপী ১, অনি, বেলবটম শেৎপী খর পঞ্জাবী খাসি লুসাই অসামী লৈশাবী খর মখোল মেওনা মেওনা রারী শাহুনা ঈরাং লাওবা য়েংবা ফনা—মুংঙাই। থিন্দনা এয়ার-পোর্ট অফিসকী মাইকতা লাওরকলে—"Pessengers going to Calcutta are requested to proceed to the aircraft."

ঐখোয় থুনা বিমান তাম্না চৎলে—থীন্দনা অমুক পাইবা হৌরে। হান্নগুম—বিনাগী ঝাঙ্কারনা থল্লে—মথং মথং Routine demonstration—Toffee tray Lunch packet. রাংনা পাইরে--যজবা মেংনা পম্মাগী দৃশ্য উরে। মিনিট ৫০ মুক

পাইববা তুংদা কলিকতা এয়ারপোর্ট য়োরে। দমদমদা লৈব। ৰিমান তাফম—পৃথিবীগী মফম খুদিংদগী পাইরকপা বিমাননা তারবা, মফম অসিদগী পৃথিবীগী জাগা খুদিং তান্না পাইখিবা য়াবা চাওরবা বিমান তাফমনি। ঙাইহাক লৈতনা বিমান তারকই অতৎপা লৈতনা অসিদগী পাইখি অচৌ ওচৌবা বোইং জম্বো, কাবভালনচিংবা অবেপ্পা লৈতে, চৎখিবা—থুংলবা যাত্রিরা ঙাই-হাক লৈতনা চখোক্ল চৎশিন তৌতুনা লৈ।

ঐখোয পুন্বা কুমগবে এয়াবপোর্ট লাউঞ্জদা চংলে। বিজুলীনা কোয়বৈ লৈহল্লিবা যাত্রিকী মাল খন্দোকফম—পোৎয়োম, সুটকেশ ট্রঙ্ক বেদিং রোলনচিংবা উংলিৰা মফমতুদা ঙাইতুনা ঐখোযগী পোৎ লাকপা কান্দা লৌথবে—কলিকতা চৎনবা শেম শারে। ঐখোয়বু ওক্লনবা লাইএসন অফিসাবনা থাবকপা জিপ অতুদা লূইখামগা ঐগা চৎননবা হোৎনরম্মী। মতমতুদা ঐখোয়গা লাকমিন্নবা এক্সমিনিষ্টর ২ অমসুং এম এল এতু টেকসি রায়নবা তৌরম্মী; হংলূবদা মখোয়সু মনিপুব হাওস চৎকদবনি হায়বদা ঐনা ঐখোয় পুন্বা লাইএসন অফিসকী গাড়ীদা চৎলসি হারবদগী ঐ- লুইখাম, জনতাগী এম এল, এ, এক্স কংগ্রেস মিনিস্তর জনতা এম এল এ ২ মখোয়গা লোইনবকপা সুপা অনি ড্রাইভরগা থানা পুন্না ঐখোয় ৮ মখোয়গী মপোৎ মচৈগা লোয়ননা গাড়ী অতু পীকথন্না তোংশিন্দুনা মনিপুর হাউস তান্না—শাংলবা শাবৰা ওমচাক্লরবা কলিকতাগী লম্বীদা হুমাং তপতপ তানা চৎলম্মী। পুং অমা হেন্না থোরবা তুংদা মনিপুর হাউস য়োরে। অওইৰমক ইম্ফালদগী কলিকতা চৎপদগী দমদমদগী

মনিপুর হাউস য়ৌৰনা হেন্না ৱাখি। ইরু মাইথজরে—শ্রীভাট্টচার্জি উনরে—মহাক্না ঐখোয়গীদমক বন্দোবস্ত তৌবীরম্বা লঞ্চ অদু, জনতা এম এল এ ওইরবা এক্স কংগ্রেস মিনিষ্টর অমসুং জনতা এম এল এগী ওইনখ্রে। এপ্রিল থাদা মন্ত্রিনি-- কলিকতাদা থুংলবদা কারনে--- এসকের্টনে— ঙসি জুলাই থাদা ফমতারবা মন্ত্রিনি—চুম্নতগী এম এল, এ— কনাস্থ ঙাইবিরমদ্রে— কার কদায় এসকোর্ট কদায়। অঙকপনি রাজনিটিগী কাঁখৎ কুমথ।

হুংখিল আলিপুর চত্তুনা ইচান্নপী ইবেয়াইমা উনরুই। জুলাই থাগী খরচ্চ পীরম্মী। হুমিদাংগী ত্রেন্দা ঐখোয় অনি রাঁচি তান্না চৎলে।

হুংমিদাং পুং ৮ তাবদা মনিপুর হাউস গাড়ীনা হাওরা জংসন তান্না থিনবীরম্মী। হাওরা জংসন ভারতকী মনুংদা য়াম্না চাওবা মীয়াম্না চিনবা ষ্টেসন অমনি। নৌনা শাবা ওভর হেদ রোদ অনিনা কলিকতাদগী হাওরা তাবা কুংলবা ত্রাফিকতু খরগী মখৈদি শেনফরে। অদুম ওইনমক হাওরা থোং লানবদি মী য়াম্না চিন্দবদি নাওে।

অহিং অদুমা রেল গাড়ীদা চৎলগা মথং হুমিংকী অয়ুক পুং ৬ তাবদা ঐখোয় রাঁচি য়ৌরে। ঐখোয়বু ওক্লম্বা ইনস্টিটুটকী কনাশু থেংনদ্রতুনা তেক্সী অমদা ইনস্টিটুট তান্না চৎলে। থুংলবগা চা কপ অমমম থকলে। ইরু মাইথজরে—ডিরেক্টর হাসান সাহেব উনরুরে। ঙসি তাং ৪গী অয়ুক্তা পুং ১০ তাবদা ডিরেক্টরগী হৌদোকরাগা লোয়ননা ঐখোয়গী ত্রেনিং হৌরে।

ট্রেনিং অসিদা য়াওরিবসি ঐখোয় মাপলথক্তনি। বিহারদগী তরুক, নোংচুপ বাঙ্গলাদগী অমা, মনিপুরদগী অনি। বিহারগী অফিসার —সর্ব্বশ্রী —লালন প্রসাদ বসন্ত প্রসাদ, অমসুং নিত্যানন্দ প্রসাদ সিনহা মুমিৎ ৪/৫ নিগী তুংদা থুংলৈ। অহানবা হৌবা মুমিত্তদি ঐখোয় তরুকথক্তনি—বিহারগী অফিসার সর্ব্ব শ্রী ভোলা মন্দার কুলপতি শর্ম্মা, সিবেশ্বর প্রসাদ শ্রীবাস্তব; নোংচুপ বাঙ্গলাগী অফিসার প্রতিপ কুমার রক্ষিৎ অমসুং মনিপুরগী শ্রীনিংহোর লুইখাম অমসুং ঐহাক।

কোর্স অসিদা য়াওরিবা অফিসারশিংসি মশা মশাগী চহি নিযুদগী হেল্লবা, য়াংথৈ শুরবা, য়াংথৈদগী চহি অমা অনি হেল্লবা অমদি চহি কুন হেন্না সরকারগী থবক তৌরক্লবা থবক্কী মরমদা খঙলবা ঙাক্ত'ন। অতুনা গড়দা লৌরবদি ঐখোয় খুদিংমক চহি য়াংথৈগী ছাত্র ঙাক্তনি। থর অমদি মচানা পোকপা মশু ফাওবা লৈরবনি। অতুম ওইনমক হৌজিক্তি এখোয় পুম্বা ছাত্র ঙাক্তনি লমচৎ রাঙাং শাজংতা ছাত্রনি— হৌজিক অফিসার নত্রে—মপা নংত্রে, মপু নংত্রে, ভদ্রলোক নংত্রে— ছাত্র ওইরে। মরম অতুনা করিগুম্বদা ঐখোয় মশেল মরৈ য়েংনবদা খংনবা লাওনবা রা মতেক লৌ তেনবা অমগী রা তাদনা ঐগীতা ঙাওনবা হোৎনবা লেপতে। ঐখোয় মাপল থক্তগী মমুংদমু কাওবু কাওবু নাইনৈ মরৈ য়েংনৈ, লৌ তৌনৈ। অমুকমু পুন্না নোকমিন্নে, চামিন্নে কোয়মিন্নে। শন্না হায়রবদা ঐখোয় খুদিংমক অনৌবা ছাত্রনি—

রাখলহ্ন অতাংবি—শাখতনি—ইনখংলকপিবা তাক্তনি—মী লাই কিজিবা।

নোংমগী রুটিন—অয়ুক পুং তরুক্তা—চা, নিপাল মথায়দা ব্রেক-ফাষ্ট (চরায়ানবা), পুং তরাদা ক্লাস, পুং তরামাথোই মথায়দা চা ব্রেক, পুং তরানিথোই মথায়দা অয়ুক্কী সেসন লোইবা, পুং অমা তাবদা লঞ্চ (অয়ুক্কী চাকলেন), অনি মথায়দা নুংথিলগী সেসন হৌবা পুং অহুম মথায়দা কফি ব্রেক, পুং মরি মথায়দা নুংথিল সেসন লোইরে। নুংথিল পুং মঙা মথায়দা চা, নুংদাং পুং মাপলদা দিন্নর (নুংদাংগী চাকলেন)—মরক্তা অহাঙবা মতম ঐখোয়গী খুত্তা। নোংমাইজিং ছুটিনি গুমিত্তুমা ঐখোয়গী খুত্তা।

ঐখোয় মাপলতনি অহুবু গ্রুপতি অহুমনি; ক্লাসতা থন্ন-নৈনবদা। অমুকন্থ ক্লাসকী মপান্দা ঐখোয় খুদিং মশা মশাগী ওইবা তোঙান তোঙানবা তোপতোপ্পা রাখল, অপাম্বা, শাজং লৈ-নাইতোন তানৈ। করিগুম্বদা গ্রুপ অহুম, মরি, করি করিগুম্বদা মঙাম্থ থোকই। অহানবা গ্রুপ ক্লাসতা বা ঙমত্তা ওইরবন্থ ভাগহৌদবা য়াদে, ঐ য়াওরি লৈরি হায়রবা উত্তবা য়াদে; থঙহন্দবা য়াদে হায়বা কাওনুপ্তা—লালন নিত্যানন্দ অমসুং লুইথাম। অনিশুবা গ্রুপ—মরক মরক্তা ঐখোয়ন্থ লৈরি উৎনিংবা মতাঙ-চাবদা বা অমা অনিদং হায়হৌদবা য়াদে—হায়হৌরবনি ঐখোয়বু থঙবীরমোই হায়বা নক্তা—শিবেশ্বর, বসন্ত, রঞ্জিৎ।

অহুমশুবা গ্রুপ—য়ারবদি বা ইঙাও ভাওজলোই, হংলকপা কাওবা থুনাসলোই—অপায়না হংলরবা ভতায়কমবকদা থুমজগে—মন্থ কাওবা

শ্নারবদি খুমজররোই ঙাঙজররোই হায়বা কাঙলুপ্তা ঐহাক, ভোলা অমসুং কুলপতি ঐখোয় অহুমনি ।

ক্লাস লেকচর লোইরগা রাহং হংনবগী মতাঙ হেক য়োরকপদা মরম চাবা চাদবা মরি লৈনবা লৈনদবা ইহান হেক হায়া রাহং হংবসি লালনগী ঠিকানি। মথংদা নিত্যানন্দা—মহাক্লা চাওরাক্লা মরি থর লৈনবা রাহং অমা অনি হংগল্লি। "ঐগীসু হংহৌদবা য়াদে" হায়রুনা লুইখামসু হেক হেক হংই— মরি লৈনত্রবসু মরু ওইনা মানা হেক হেক হংবসি মহাক্ল মত্রি অমগা খংনখিবগী মতাঙ পন্দুনা হেক হেক হঙই ।

কবিগুম্বা কান্দা অনিগুবা কাঙলুপকী। সিবেশ্বর, বসন্ত প্রতিপ রাহং হংই, থম্ন-লৈনবা য়াওই। অহুমগুবা কাঙলুপকী ঐ, ভোলা, কুলপতী ঐখোয় অহুমদি রাহংসু হংদে, লৈনবসু য়াওদে মরমদি কংনিঙাই লৈননিঙাই ইরৈ লৈতবগুম্ন তৌই। অদুনা ঐখোয়দি—অয়াম্বা মতমদা ভাবকনি। করিগুম্বা মুমিত্তা কনাগুম্বা লেকচরর, ফেলিশিটেটরগী বিষয়দা য়াম্না পান্ন্বা মুঙাইরুবা তানিং খঙনীংলুবা কান্দা কত্তে হাইবদা য়াওখিদবা রাহং অমা অনি ককা য়াম্না তাঙনা ঐ. ভোলা ঐখোয়নিদি হংখিবা য়াওই। কুলপতীদি চয়োল তরুক্কী ক্লাসতা নোংমা ফাওবা রাহং অমত্তা হংখিদে—লৈনবা য়াওখিদে। করিগুম্বা অপাম্বনা হংলবদতা য়াম্না তম্না অতুক নোংফাদোক খুবিহু মঙাই ।

ক্লাসতা থম্ন লৈনরবা তুংদা ঐখোয়গী ফেলিসিটেটর শিংনা রেঙ্গরেনসকী অমদি থর হেয়া পাশিয়রবগীদমক জাইরিক কয়াক্ষী

মমিং হেক হেক পী। মরুওইনা ডিরেক্টর অমদি কোর্স ডিরেক্টরনা হায়বা লাইরিকশিংছু লাইব্রেরীদগী লোইনা পুনবা হোৎনবদা অমদি ঐথোয়গী ইরক্তা ডিরেক্টর কোর্স ডিরেক্টরনা হায়বা লাইরিকশিংছু "ঐনা য়াম্না পাই" হায়না উৎনিংবশিংগী মরক্তা লুইখাম, শ্রীবাস্তব অমস্থুং লালন অথোইবনি। লাইরিক অমমম শুকলেপ লেপ্তুনা পারবদা থা অমি চুপ্পা পারবস্থু লোইবা ঙমল-রোইদবা লাইরিক কয়ামরুম লাইব্রেরীদগী লৌরগা মখোয়গী রেক্তা পরেং লেংছুনা থম্মী; কয়া য়াম্না পাবগে হায়বছুদি অছুম খনবীরো? ইপা পাদে লাইরিক ইরৌ লৌদে হায়নী হায়ছুনা লৌবা কাঙলুপ্তা–রক্ষি, সিনহা, বসন্ত, কুলপতি অমস্থুং মন্দার য়াওই। অছুনা লাইব্রেরীদগী লাইরিক লৌবগী বিজিস্টরদা ঐগী মিং য়াওরমদ্রে হায়রবদি হৌনদ্রে—অমা অনিদং পাছুনা য়েঙ্গে হায়ছুনা নবেল অমগা গাডিয়ান হায়বা ইণ্ডিয়ান সিভিল সারভিসকী ব্রারী য়াওবা লাইরিক অনিখক্তং লৌছুনা পাই। নবেল অছুদি নুমিৎ মরি মঙানিদা অছুম পাবা লোইয়ে। অছুগা অতোপ্পা গাডিয়ান হায়বা লাইরিক অছুদি চয়োল তরুক্কী কোর্স লোইরবা ফাওবা পাবা লোইবা ঙমদনা অছুম লাইব্রেরীদা হঙ্গিল্লমলে।

পাবা পাদবা খঙদনা মেগাজিন য়াম্না লৌশিনবগী মরক্তস্থু লুই-খাম, লালন, রক্ষিৎ অমস্থুং শ্রীবাস্তব মমিং পনবদা মতিক চায়। মরু ওইনা ডিরেক্টর অমস্থুং কোর্স ডিরেক্টর অনিদা মখোয়না রিকোমেণ্ড তৌবা লাইরিকশিংছু পারে উৎননবা হোৎনবশিংগী লক্তস্থু লালন লুইখাম সিবেশ্বর অমস্থুং প্রতিপনা অথোইবনি। অছুগা য়াম্না

হৈশিংনা ওঝাদা অমদি ডিরেক্টরদা চিরোন তৌবশিংগীলক্তা সিনহা, লুইখাম লালন অমস্মুং বসন্ত অথোইবনি। পুন্নমক অসিগী ভাবকতি কুল্মপতিনি ।

অরাং নোংপোক ভারতকী সেলেক লিষ্ট অফিসারশিংগী ওরিয়েণ্টেসন কোর্স বিহারগী রাঁচিদা হাংদোকপসি ঐখোয়গী অসিনা অহানবনি। হৌজিক এডমিনিসট্রেটিভ ট্রেইনীং ইন্সটিটুট কৌরিবসি চহি অমা অনিতগী মমাঙদা স্কুল কৌতুনা বিহার ষ্টেট সার্ভিস অফিসারশিংতগী ট্রেনীং তৌফম ওইরম্মী। চহি অমা অনি অসিদা অরাং নোংপোক ভারতকী ষ্টেট সার্ভিস অফিসারশিংস্থু অসিদা ট্রেনীং তৌরে। হন্দক্কী চহিদা সেলেক্ট লিষ্টকী ওরিয়েণ্টেসন কোর্সস্থু হাপ্পীচিল্লে। অদুবু ফেসিলিটিদি হান্নগী স্কুল ওইরিঙৈগী অদুদগী, করিমত্তা হেনগৎত্রি। চুন্নগী ষ্টাফ মশীং খর হেনগৎপা ডিরেক্টরগী স্টেটস, খর রাংখৎপা নত্তনা। অদুনা ঐখোয়গী কোর্স অসিগীদমক্তী—ডিরেক্টর কোর্স ডিরেক্টর নত্তনা অতৈ ফেলিসিটেটর পুন্নমক মপান্দগী লৌরুবা গেস্ট লেকচরর ঙাক্তনি। মখোয়গী মমুংদা খরনা বিহার সরকারগী অচৌবা অফিসারশিংনি—খরনা পব্লিক এণ্টরপ্রাইজগী অফিসারনি খর অমনা মুসৌরীগী লালবহাদুর শাস্ত্রী এডমিনিষ্ট্রেটিভ ইন্সটিটুসনগী ওঝা অমদি ডিফেন্স সার্ভিস ইন্সটিটুসনগী অফিসার অমদি য়াম্না ফাওবা প্রফেসার অমা অনি য়াওরি। মখোয়শিং অসিনা তোঙান তোঙানবা বিষয়দা বক্তৃতা তৌই-রাহং পাউখুমদা খন্ন নৈনৈ—মরু ওইনা মখোয় মখোয়না থেংনরকপা এক্সপিরিয়েন্স কয়া ঐখোয়দা খঙহল্লি, ঐখোয়গা

খঙ্গে। অযাম্বা বক্তৃিতা খন্না নৈনবত্থু কান্নদবদি নত্তে অত্থুবু চামগী মনুংদা হুমকুতবাদি য়াম্না Boring ওই,—তল্লি তানিংদে হৈনদে। ঐখোয়দদি থোইনা কান্নদবনা নমই—মবমদি ঐখোয় অয়াম্বনা খঙলবা থেংনববা ঙাক্তা ওইনা তৌই—করিগুম্বদম্ম মখোয়দগী ঐখোযনা হেন্না খঙলবা থেংনরবা বিষয় ঙাক্তনি। ঐখোয়দা বক্তৃিতা পীখিবা বিহাবগী অচৌবা অফিসাবশিং সর্ব্বশ্রী আপু, ভগতশিং, জে এম শুক্লা, ডি কুমাব মুখর্জীনচিংবগী মবক্তা শ্রীআপুগী লেকচর-তমক খবদং তানিংবা পোকখি। মপান্দগী লাকপা বক্তৃিতা পিখিব Public Enterprise গী অফিসাব অমসুং Expert শিং সর্ব্বশ্রী ভেবা, গোপাল কৃষ্ণ মাল্লিক, টিরাবী, প্রীনসি-পাল ফিলিফস, স্কাড্রোন লিদব গুপ্ত, মেজব মহাজন, প্রফেসার এ আর ডে নচিংবগী মক্তা শীভৈবা, প্রীনসিপাল ফিলিফস অমসুং প্রফেসাব ডেগী বক্তৃিতানা খ্বাইদগী হেন্না নুঙাইখি—তানিবা পোকখি। মোং অসি ইথনুগী নত্তে যাওরিবা পুম্বগীনি। পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী তনখিবা তানিংখিদবা লেকচরদি শ্রীমাল্লিক রাঁচি ইউনিভাসিটিগী ইকোনোমিক্সক হেদ অব ডিপার্ট-মেণ্টকী লেকচবনি। কবিগুম্বা গেস্ট লেকচবব লাক্কবা থোকলবদি কোর্স ডিরেক্টব প্রোফেসর চান্দনা মহুৎ হেক হেক শিল্লি। প্রোফেসার চান্দ ওঝাতা ওঝানি। য়াম্না হেংনরবা ভাবতকী মপান্দা তোয়না চংলুববা সেমিনাব কয়া যাওরুববা অমনি। অদুনা মহাকম্ম কাবক কাবক গপ তৌদবদি নত্তে। অদুম ওইনমক মানা খঙবা খরত্থু মমুং তানা খঙবা মবুক ফবা মী অমনি। মাগী লেকচরশিংগী

মরক্তা Transactional Analysis চাওরাক্লা Interesting ওই। মী অমা ওইনা মপুক ফবা ওঝা অমনি অদুবু করিগুম্বা অমা organise তৌবা থবক শীন্দোকপদদি য়াম্না হৈশিংবদি নত্তে।

হান্নগী ডিরেক্টর হাসান সাহেব ট্রান্সফর তৌরদুনা চৎখ্রে। অনৌবা ডিরেক্টর গ্রেৱাল সাহেব লণ্ডনদগী হল্লকলে—থবক অমুক পায়খৎলে। গ্রেৱাল সাহেব মবুক ফবা মীতা মাল্লি অদুবু য়াম্না হৈশিংবা মীতাদি মান্দে। মাগী লেকচর মুগুাইত্তবদি নত্তে অদুবু অয়োবী থাকী পুক্লীং চিংশিনবদি থর য়ারপ থোকই। অদুম ওইনমক মহাক ডিরেক্টরনি ট্রেনীং অসিদা মাগী য়ানা অরোইবনি মসি ঐখোয় কোর্সতা য়াওরিবা পুম্বনা নিংশিংদবা ওমদে। অদুনা মাগী য়াদা পণ্ডনা য়েৎনদে। অদুবু ঐখোয়গী অপাম্বদী মঙোন্দা হায়দবা নত্তে।

মুমিৎ খুদোংগী পুং ৫ তাবদা Institute অগী হল্লরগা হোস্টেলদা চা থকপা মতমদা ঐখোয় মবক মরক্তা পুন্দুনা য়ারী য়াতাই শান্নে। মক ওইনা নোং তাবা মুমিৎ নত্রগা নোংমাইজিং নুমিৎতদি ফমদুনা Soft talk পুন্সিরোলগী য়ারী য়াতায় শায়, মবক মরক্তা লম লমগী য়াবী রাজনিতিগী য়া মন্ত্রীশিংগী Tit bits ওাওনৈ। করিগুম্বা কান্দা Light song, গজল শকই অসুম্না পুন্না মতম লেপ্লি।

পুনসিরোলগী য়ারী য়াতায় শাবসে পামদি পান্নরগা ইকায়নদুনা পাক হোৌদোক্লরমদে। মদুগী পন অদু থুগাইদুনা সুইখান্না ইহান হান্না সিনহা অমসুং বসন্তদা শাবা হৌখি—মথংদা শর্ম্মাদা শাখি। মমৈদদি ভদ্রলোক য়াম্না শারম্বা চীংলেমলম্বা শ্রীবাস্তব, রাক্ষিৎ, লালন

অমস্তুং মন্দার ফাওবা য়াওরক্লে।—লুইখাম্না হৌদোকখিবদগী মখোয় অতৈস্নু লমলমগী মখোয়না, তারকপা খণ্ডলকপা য়াম্না মহি হোম্বা ৱারী মহৈ মহৈ শানরক্লে ঐখোয় পুম্বা ৱা ৱা নোকই। লুইখামগী ৱারীগী পুকৈদি খজিক্কনি। ঐনা মনিপুরগী মৈতৈশিংগী মরক্তা শানবা ফজবা ৱাবী অনি অহুম মঙোন্দা লীহুনা তাহল্লি মানা মহু অমুক মাগী শাহুনা নাগাগীনি হায়হুনা মরীক চুম্না লীহুনা খ্বায়পুম্বা তাহল্লি—ৱা ৱা নোকই ঐখোয়পুম্বা। লুইখামগী মতৌহু উরগা ইথন্তা লোম্না লোম্নস্ন নোকই—। পুনসিরোলগী ৱারী ৱাতায়সে মনিপুরগী চীংগী লমদদি পঙলৈ লৈতবনি—লৈরবস্নু মহু য়াম্না চম্বনি—Rustic ওইবনি। য়াম্না Humorous ওইবা রহস্য লৈনা নোকনিংবা পুন্সিরোলগী ৱারীদি তমদা মৈতৈলক্তা লৈবনি।

নোংমা ঐখোয় আধুনিক ইশৈ—গজল শরুহুনা লেল্লি—লুইখাম্না ইংরাজী ঈশৈ—ঐনা মৈতৈলোনগী ঈশৈ—বসন্তনা গজল হেক হেক শকই। বসন্তবাবু গজল ফজনা শকই। অদুবু ফজ ফজরবা উর্দু অমসুং হিন্দিগী মুসাহিরাদদি শর্ম্মগী অৱাংপা লৈতে। হিন্দি উর্দু ফজনা মমুংতানা খওদবা ঐগা লুইখামগদি মুসাহি-রাগী ফজবা পণ্ডতীশিং—থাগৎপা ৱানা থোকই— লুইখামদগীদি ঐনা খর হেন্না appreciate তৌবা ঙমই—করিগুম্বা মখোয়না, ইংরাজীদা হন্দোক্লুনা ফজবহু খঙহল্লি। ৱক্সিংস্নু মরক মরক্তা বাঙ্গালী কবিতা থীরকই—ফজদবা নত্তে। অস্ম্না নোংমনা হোষ্টেলগী মাঙোন্দা, মোংমনা ঐখোয় ঐখোয়না লৈনরিবা কাদা চৎনহুনা ৱারী ৱাতায় শাই—নোকই ফাগী তৌনৈ। হৌজিক ঐখোয় পুন্নমক

অমত্তা ওইরকলে;মানা বিহারীনি—মানা বাঙ্গালীনি—মানা মনিপুরি-নি কাওনব্রে—পুম্নমক নকশিন্নরকলে—চান্নরকলে—অমত্তা ওইরে।

অহুবু মরক মরক্তা ঐখোয় পুম্বা পুম্বা কন্মিন্নত্রনা রারী রাতায় শারিভৈদা—বিহারগী অফিসারসিং—সিনহা লালন বসন্ত সিবেশ্বর অমস্মুং শর্মা করিগুম্বা কান্দা মন্দার কাও খাওনা মখোয় মথৈতা হিন্দিদা নত্রগা ভোজপুরীদা নাইতোম রারী হেক হেক শাই—অস্মুম্না বাঙ্গলাদগী লাকপা রক্ষিং মনিপুরদগী লাকপা লুইখাম অমস্মুং ঐহাক্ত ত্রোখায় ভোঙান তাই। অস্মুম্না অপুনবা লকসিদা বিহার বেঙ্গল অমস্মুং মনিপুর গ্রুপ অহুম অমুক থোকই। অমুকনা বিহার বেঙ্গল পুনখ্রগা মনিপুর নাইতোম তাহৌই—করিগুম্বদা বিহার মনিপুর পুন্নগা বেঙ্গল নাইতোম অমুক তাহল্লি। অস্মুম্না অপুনবা লাক্তা নাইতোম নাইতোম তানবা থোক্তবা নত্তে। অমরোমদা অমুক স্টেটকী সিমানা রাংনদা মী মীগী অপান্বা খেন্নবা মান্নবগী মতুং ইন্না—বিহারগী সিনহা শ্রীবাস্তব বসন্ত অমস্মুং মনিপুরগী ঐনা ক্যাঙলুপ অমা, বিহার বেঙ্গল মনিপুরগী লালন রক্ষিং লুইখাম্না অমা অহুনা লেমহৌরিবা বিহারগী মন্দার অমস্মুং শর্মানা নাইতোম অমমম অমুক্ত ওই।

ভোলা মন্দার—মশাগী থবক মাঙ্গনা চুংখিল্লা অসিদি ঐখোয়গী ইমক্তা তোয়না য়াওদে। রাঁচিদা মাগী পোস্টিং তানবা কোর্স মতুংদা ফাওবা অফিসকী থবক তই। ঐখোয় মাপাঙ্গক লৈবশিংগী মতুংদা থর হেন্না লাওবা শামুজনা সিনহাগা ঐগা—রুটিন বাকর্সনা হৈনিংহন্ত্রবা ভহুরকলিবতু কোরবা পুন্সি অসি মরু খীংহনশি হায়হুনা

—ঐখোয় অনিনা শীন্দুনা নোংমা বিয়ার সেসন অমা পাঙথোকখি। মহুদা মসন্ত শ্রীবাস্তব মখোয় অনিস্থ চান্দ তৌদুনা য়াওই। মুংদাং অদু তয়াং তশোয়বা মাখলগা লোয়ননা বিয়ার সেসন হৌই—হোয়শাংশিংনা তম্বরুরবা মাখল—তগৎ তগৎ তেকথংলে —রাঁচি ডিপার্টমেন্টেল ষ্টোরদগী লৈরুবা গুরু অমসুং ঈগল-- মখোয়গী মথৌ পাঙথোরক্লে সিনহানা মশেন মুপা ডাক্তরগীদগী পুরকপা বরক খানসমা সিকান্দরনা পুরকপা পাপর অমসুং আলু চিপনা সেসন অদু মপুং ফাহল্লে—সিনহানা লাওরকই— "মজা আগয়া—মজা আগয়া" অমুম্না ঐখোয়নদি লাওই হায়বসি খণ্ডদনা থরদি লাওলম্মী ঐখোয়না লাওবা অদু তাবদা খোয়রাং খোয়শা-ওরবা কোর্স পার্টিসিপেণ্ট অদুমথকতি য়াম্না শাওনীংলম্মী হায়বসে মথংগী মুমিত্তা খণ্ডখি। মুমিং অদু ভারত সরকারগী ট্রেনীং ডিপার্ট মেন্টকী ডিপুটি সেক্রেটারী মিষ্টর কোহলী লাকপগী দিন্নর ঐখোয়গী হোষ্টেলদা তৌরম্মী। মতম ওইরক্লদুনা ঐখোয় বিয়ার সেসন লোইশিল্লগা ঐখোয়গী ডাইনীং হোলদা চৎলম্মী। ঐখোয়না খল্লি—ঐখোয় নোর্মাল ওইরি। থাঙ্গৈশেংবসু ঐখোয় কনা অমত্তা ফিভম কায়বা য়াওদে মরমদি গুরু ঈগলগী খোঙ্গাওদি করিস্থ লৈতবনি। অদুবু হায়না ফিম্ভম হোংলে হায়না থল্লগা য়েংলিবা মখোয় অদুমদি—ঐখোয় মরিসে ভাওরে জ্ঞান তাদ্রে—ব্যবহার লৈত্তে—অফিসার মান্দে—মহারোল বাঙ্গলা বিহার ত্রিপুরা ষ্টেট সিভিল সার্ভিসকী অওাংশিং অদুগী মমাঙদা চোপনিঙাইনি ইকাই-নিঙাইনি হায়না মচীম্না থোক্না ভাওনখ্রে হায়বসে—মথংগী মুমিত্তা

থগুখি। হুমিং অহুদা মথোয়গী মিংয়েং নায়েং মথোয়না ঐথোয় মরিবু য়েংবা মিংয়েং—মথোয়গী শাক্তং অহু হান্নগী নওে হায়ৰসে ঐথোয়ন্থ থগুদৰদি নত্তে। অহুবু ঐথোয়না থোইনা খল্লুদে থোৌশারুদে। ঐথোয় কনা অমত্তা মেস ইটিকেট কায়দে ম্না-লান হৌনা লাওনা ভাওহুনা কনাবুত্থ ভিষ্টব তৌৰা লৈত্তে। পুম্না ম্নারী রাতায় শামিন্নৈ—সুপ য়েল্লকলবা তুংদা মুংদাংগী চাকলেন অহু চামিন থকমিন্নরে। ঐথোয় মুংদাং অহুমদি ঈরাং লাওনা মুণ্ডাইনা লেনখি।

লালন রক্কিং অমস্থং লুইথান্না ঐথোয় মরিগী ৰিয়ার সেসনগী মরমদা Remark থর তৌথিবহু শর্ম্মাগী মমাণ্ডদনি। মথোয়গী মরক্তা রক্কিংনা থর হেন্না Coustic Remark তৌবনি। শর্ম্মা অমস্থং শ্রীবাস্তব য়ান্না চান্নবা মরুপনী, কলেজ অমত্তদা ইউনিভর্সিটি অমত্তদা তক্সিন্নরকপনি ফাল অমত্তদা কম্মীন্নরকপনি। চহি অমত্তদা পুম্না বিহার সিভিল সার্ভিসতা থৰক তৌমিন্নরকপনি। অহুনা শ্রীবাস্তবকী মরমদা থজিক্তং ফত্তৰা রিমার্ক তৌৰা ফাওবা মপুক্লীংদা য়ান্না ম্নারৌই। অহুবু ম্নাণ্ডাগদৰা মী ওইবনা মথোয়গা মরৈ য়েংনদে থংনদে। অহুম ওইনমক মথোয়না ভাওখিবা Remark তৌথিবা পুম্বহু শ্রীবাস্তবতা মথংগী মুমিত্তা তমখি। শ্রীবাস্তবনা সিনহাদা, সিনহানা ঐণ্ডোন্দা তম্মী। মথোয়গী লৈবাক মচা তাদবা লোনচংকীদমক ঐথোয় থজিক্তং মুণ্ডাইরমদে। শ্রীবাস্তব তুমিন লৈগনবা ম্না মেণ্ডনা ভাওবা মীনি। অহুনা মানা মুণ্ডাইতবা লৈম্নবম্থ মহু পওনা উংত্তে—ভাওথোক্তে। অহুবু

নসিহাদি মবুক্তা ব্রা থমদবা হেক্তা মায়রোং য়ানা খৎনবা য়াম্না vocal ওইবা মীনি—অহুনা মখোয় অহুমগী মথক্তা Rubbing তৌবা— হৌরকলে। করিগুম্বা অমদগীসু হেক্তা মরৈ য়েত্তুনা— মখোয় অহুমদা- মরু ওইনা রক্সিৎ অমসুং লালনদা ঐখোয়গী মুঙাইতবহু উৎপা হৌরকলে। নোংমসু রক্সিৎ লালন তোঙাম্না খন্দোক্লগা ব্রা মত্তেক লৌ তৌহুনা খৎনবা হৌই—করিগুম্বা কা হেল্লবদি, মখোয়না খুম্লকলবদি খুৎথোকনগনি হায়না ঐঙোন্দা তম্মী। ঐহাক্তি মহু য়াম্না casual নি হায়না লৌই—থোইদোকনা ঐখোয় মৈতৈগী হায়নবী—হাও ময়াংবু কৈদৌনা ইকায়জরুগবনো —হায়দুনা করিসু থৌশাদনা খন্দোকই—Ignore তৌথোকই। অহুবু সিনহাদি লেপ্পা লৈতে—নোংমসু মাগা রক্সিৎকা করিসু লৈত্তবা অমদগী ভংখৎনবকই—অহুবু সিনহানা ফনা হায়দুনসু রক্সিৎনা খর হৃস্থখিবদগী য়াম্না মথা তাখিদ্রে। মুমিৎ তরুক তরেংনিগী তুংদদি অহুম পূমইং ইংখ্রে। হান্নগুম্না ঐখোয় পূম্নমক ভিম্নহুনা অমত্তা ওইনা ব্রা খ্রা নোকুনা ফাগী জোগায় তৌনহুনা মুংদাংব্রাইরম পুম্বা লেনমিন্নে। অহুগা নোং তাদবা মুংথিলদদি ঐখোয় পুম্বা মাগী মাগী কাঙবু কাঙবু শেম্নহুনা মরম্নাই থবক চৎনৈ। চয়োল তরুকথক্তগী ত্রেনীং মতম অসিগী মনুংদা থেঙনা লাক্পা সিনহা বসন্ত অমসুং শ্রীবাস্তব চয়োল অমগী ছুটি লৌহুনা পাটনা চৎলুই। রক্সিৎসু মপা নারে হায়দুনা মুমিৎ হুমনি কলিকতা চৎলুই। খর থাপ্পা চখোক চংশিন মুঙাইতবা শর্মা, ঐ, লুইখাম ঐখোয় অহুমনা মখোয়না মযুম মযুম চংখিবহু কম্লকই।

নোং তাদবা মুংথিলদা রুটিন ওইনা মন্দর অমসুং ঐহাক য়াকীং চংলি। মরক মরক্তা সিনহা লুইখাম য়াওই, য়াম্না তোয়ন্দনা অমুক অনিরক লালন বলগু য়াওই। শর্মা রন্জিৎ শ্রীবাস্তব নোংমত্তা য়াকীং চংপা য়াওখিদে। ঐখোয়না মরু ওইনা চংপা লম্বীদি রাঁচি কাঙ্কে লম্বীনি। য়াকীং তত্তনা চংপশিংগী লক্তা অয়ুক্তগুম্ন তত্তনা চংপদি মন্দরনি। সিনহাসু মরি মঙারক য়াওখি। ঐসু নোংমা নিনি য়াওরুই। নোংমদি হল্লকপদা নোংবা ফুদিং ফুনা চোংখি। অতুদগী অয়ুক্কী খোংচং অতুম য়াওখিত্রে। মরু ওইনা অয়ুক্তা চংপসি কয়া হৈনদে—মরমদি ঐহাক য়াহৌ খর থেঙ্গল্লি। য়াহৌরগা চিনয়া শেংবা ঈরু মাইথজবা হেক লোইবগা ব্রেকফাস্ট মতম ওই - ব্রেক ফাস্টকী তুংদা Institute চংপা তাবনা অয়ুক্কী খোঙচং য়াওবা ঙমদে— অয়াম্বা মতমদা নোংসু তাই। মন্দরনে ঐনে মুংথিল য়াকীং চংলুরগা হল্লকপদা হেক হেক কাঙ্কে লম্বীদা লৈবা নর্সরিদা চঙছনা হৈ লৈ চার গমলানচিংবা য়েংই— মতু য়াম্না মুঙাইবা অমনি। মরুদগী থিগংলকলিবা পিল্লীবা কলম তোছনা হোরকপা— চক্ মচা মচাদা থারিবা য়োম্লবা পাম্বীশিং—কাবক চাওরবা হৈ লৈ পাম্বী য়েংবদা মুঙাই। নর্সরিগী মনীং লৈকোন্দা নীংথিনা শাংকায়রবা মখল কয়াগী আতরগুলাপ, হৈ মখল মখল, লৈ জাং জাং, পাম্বী মখল ময়াগী মরক্তা চঙছনা য়েংবা— শাংকায়রবা লৈ য়েংবা, মরক্তা কোয়রুম্বা পুক্নীংদা মুঙাইবা পোকই। মশানা থোংচরবা মেঙলবা লুংশিরবা আতরগুলাপ, জিনিয়া, দালিয়া অমদি মনাগী লৈশিংনা খুত্তা হকচাংদা

থেংলকপা পুক্লীংদা মফম খঙদনা হৱাওহল্লি। শাংলিবা লৈহু হেকপগী, মহুত্তা পায়হুনা নাম্দুনা য়েংলুই মহুদসু পুক্লীংদা হুংঙাইবা মখল অমা পোকই—থেংনরগঙা খঙগ ন খল্লি।

নোংমদি অসুম ৱাকীং চংপদা কাক্কে থোং য়ৌবগা হল্লকপদা মফম ঈখঙ খঙহৌদনা ঐগী য়েংথংবা খোঙ লৈথেকখি—(Sprain তৌখি)। মতুং হুমিং হুমনি—মরিনি ৱাকীং চংপা য়াওবা ঙমখিদে—অয়ুক হুংদাং—Iodex তৈহুনা ফনা হোংনখি। নোংমনা অয়ুক কোয়থোক্লবদা নোংনা চোত্তুনা হল্লক্খি—লোক থুংহুনা হুমিং মরি মঙানি ফবা ঙমখিদে। অসুম্না হুংখিল কোয়থোক্লগা হল্লকপা মতমদা নোংমদি কাক্কে লম্বীদা মৈতৈ মচা অনিথক থেংনখি—অমনা ঐগী মরূপ জ্যোতিনগী মনাওনি—অমনা ঐগী কুইরবা মরূপ নন্দ শর্ম্মগী মচানি। মখোয় অনিমক রাঁচিদা পোস্ট গ্রেজুযেটকী ছাত্রনি—মখোয়গী লৈফম জৱাহর নগরদনি। মমাং মোংমা হুমিত্তা লুইখাম ইবানী মৈতৈ মচা ছাত্র থিবদা রাঁচি কলেজ হোষ্টেল য়ৌরুরবনি—কনাগুম থেংনদহুনা হল্লকখিবনি। মথংগী হুংখিলদা লুইখাম ইবানি মখোয়গী লৈফম জৱাহর নগরদা চংলুই। অচম্বা খাত্রা কুপ্পা য়ুম অহোংবা ভারা তৌহুনা লৈরম্বনি—ফিভম পংফ ফবা মফম নত্তে। মখোয়গা ৱারী ৱাতায়—শাৱদগী খঙবা ঙম্মী—মখোয় অয়াম্বা পেন্দবা চময়বা করি তৌগদগে পল্লেপফম খঙদবা ফিভমদা লৈ। মখোয়গী ৱাখলদা হৌজিক লৈরিবা সমাজ চংনবী রাজনীতি সমাজ নিতি অমত্তা যানিংদ্রে; পেনদ্রে হৌজিক লৈরিবা মন্ত্রি এম এল এ, অফিসার সোসিয়েল

ব্রার্কর ধর্ম্মগী থবক তৌরিবশিং অসিনচিংবগী লমচং শাজং থোদো অমত্ত। পামদে। মথোয় পুম্বা অফবা মওংদা অহোংবা অমদি পাম্মী – অদুবু মথোয়না করি পাম্বা করি তৌনিংখ। করম্বা মওংদা অহোংবদু পুরক্লী্ংলিবা অদুদি চপচানা হায়বা ফোংদোকপা ওমদে। মসিমদি মথোয়সু য়াই–ভারতকী মকম অতৈগা মনিপুরগা চাংদম্নবদা মনিপুরনা য়াম্না শোংথহৌরে হম্নহৌরে, পৃথিবীগী চাওখৎলবা অতৈ দেশকা ভাবতকা চাংদম্নবদা ভারতস্থু য়াম্না শোথরি। অদুবু করি তৌরগা করম্বা নিয়ম শাজং চৎলগা—করম্বা লম্বী চংলগা মনিপুরগা ভারতকী অতৈ লমগা মীমান্নবা ওমগদগে; ভারতনা অতৈ চাওখ-খংলব। দেশকা চাংদমনবা য়াগদগে হায়বদি মথোয়স্থু হায়বা ওমদে। শম্না হায়রবদ, মথোয়গী ব্রাখল শক্তি ব্রাত্তে—মপাঙ্গল মথৌনা ব্রাত্তে —অদুম ওইনমক ময়াম অপি পুনশিনবা লমজীং পীবদি লৈত্রি। হৌজিক হৌজিক সমাজগী র জনিটিগী লৈবাক্কী লমজীং পীরিবশিংনা অমদি ব্রাখলগী লমজীং পীরিবশিংনা মথোয়বু অচুম্বা অফবা, তুংগী ফিভমদা অতৈদগী হম্বদনবা, হেম্ননবা অফবা লমজীং পীবা দরকারনি। অদুবু কনানো লমজীং অদু পীরগদবা—মরমদি লমজীং পীরিবা মথোয় অদু ফাওবা চমন্নরে—লমমাংনরে। অরোইবদা মথোয়বু নোংমা পুন্না —ঐথোয়গী হোষ্টেলদা চা থকমিন্নসি হায়রমলগা হল্লকখি। মথংগী নুমিং অমগী অযুক্তা মথোয় মনিপুরগী ছাত্র ভরাতরুক ছাত্রী মরি য়াওনা ঐগা লুইখামগা ব্রেকফাস্ত চামিন্নে—চা থকমিন্নে। ইনথং-লকলিবা পাখঙ লৈশাবীশিং অদুনা চাবা থকপা য়েংবদি য়াম্না নুঙা-ইবা অমনি।

র'াচিগী Administrative Training Institute হোষ্টেল অহু হাপ্পা Subordinate officers hostel ওইরম্বনিনা করিস্মু হেনগংত্রি। ঐখোয়গী লৈফম—মী অনি অনি লৈনবা কানি—অচম্বা কা অত্তুদা থৌরিনা ত্তিংবা চারপাই অনিগা উগী টেবল অনিগা রেক অনিগা অচম্বা প্লাষ্টীক লোনবা চৌকি অনিগা অচম্বা ফক্লাং উপু অনিগা নাকন নাকন্দা লৈ। ঐনা ইম্ফালদগী লাকপা মতমদা থল্লম্মী— আশা তৌরম্মী—ভারতকী খ্বাইদগী চাওবা সার্ভিস অমগী মেম্বর ওইগদবশিং অত্তুগী ট্রেনীং তৌগদবা মফমগী লৈফম অত্তু য়ামদ্রবদা অফবা সারকুইট হাওস অমদা ফংবা facility দগী তারমলোই, য়ামদ্রবদা ররব ফোন কছন মোম্পাক মোন—Teak ply furniture অঙৌবা মোম্পাক ফিদক—অফবা নাইলোন জালি কাংথল—গালিচা ফিদা—আরাম চৌকী সন মাইকা টেবল, কছন থারবা চৌকী ফীরোল থম্ফম ৱারড্রোব—থংনবদা বাথরুম লৈবা অফিসার অমমম লৈনবা কা ওইরমগনি থল্লুই— অসিদগীসু হেন্দোক্তুনা ঐখোয়না হায়দ্রবাদ দিল্লি জয়পুরনচিংবদা চংলুবদা ফংবা খুদোংচাবা ময়াম - কা খুদিংগী এটেনদেন্ট ফাওবা লৈরমগনি থল্লম্মী। মত্তু অমত্তা ওইথোক্লমদ্রে র'াচিদদি। চহি কুন কুনমঙাগী মমাঙগী ছাত্র ওইরিঙৈদা লৈরকপা অচম্বা কলেজ হোষ্টেলদগী করিস্মু হেল্লমদ্রে।

মথোল অনি লোঙবা য়ুমগী মথক থংবদা ঐখোয়গী লৈফমনি। ময়ামগী অপুনবা ইরুজফমনি। অত্তুদা ইরুজবা টোইলেট চঙবদা ঐখোয় কিউদা লেপ্পা তাই। ফিভম মওং অসিদা লুইখাম

ঐখোয়নিদি অবস্ত ফত্তে। অতৈ লমদা তৌবগুম লোইনা লৈরম-গনি থন্দুনা ঐখোয় অনিদি য়ুমদগী বেদিং য়োল পুরক্তে। হৌজিক মোম্পাক য়াওদ্রে মন য়াওদ্রে কাওখল লৈদ্রে য়ায়বস্থু ফংদে। মরু ওইনা মতমহুদা র্‌ঁাচিদা কাও চীকই। উপাই লৈত্রহুনা থুংলবা হুমিংকী মুংথিলদা ঐখোয় অনি র্‌ঁাচি কৈথেল শাহুনা ফীরোল থরগা অতূবা মন অমমমগা লৈরুই। অতূবা মোম্পাক ফংদে অতূবা কাওখল ফংদহুনা—শীংহুনা কাওখল তুহল্ল-মলে মথংগী হুমিত্তা ফংগনি। অহুনা নোংমহুমদি কাও মরক্তা খাওলে। অম্বুম্না থরচ্চ তৌরমদবস্থু য়াবা থরচ্চ অহু তৌবা তাখি।

হোস্টেল মেসতা ব্রেকফাষ্ট, লঞ্চ, দিন্নরগী মেন্যু অহু চংনখিবা মওং অমদগী চয়োল তরুক্তুমক শুকহোং হোংদে। ব্রেকফাষ্টতা Corn flake, Bread butter omlette or fried egg and tea হুমিং খুদিংগীনি—নোংমত্তুং নোংমাইজিং হুমিংতা পুরী সবজি তৌখি। লঞ্চ দিন্নরগী মেন্যু—চাক নত্ত্রগা অকংবা ডল, হয়াই মনা মশীং, য়েনসা য়াওসা নত্রগা ঙা অহুগা সালাদ ক্ষীর হৈ—মসিম্বু চয়োল তরুক চুপ্পা হোংদে—থাংজগী মুংদাংদা অপেংপা স্কেচ্ৰী—অসিনা লোইরে। বিহারগী পুজারীশিংনা য়েনশাংদা মসলা কা হেল্লা থাকপদগী মহৌশা হৈনরক্তবা লুইথানগা ঐগদি অহানবা চয়োলগী মনুংদা পুক্কী লাইন্যনা নাখি। লুইথামদি মাগী মপুক নাবহু কোর্স লোয়বা ফাওবা অহুম ফংখিদ্রে। মহু কোক্কবা মাগা ঐগা অচম্বা চম্ফুং হুমিং কয়ানিমুক চাখি। ঐনা কল্লা তকপদগী চরা ২ খক্তি ইউরোপিয়ান মেন্যুদা—অচম্বা ঈংলিস খানা

চাথি। ঐখোয় ময়ামগীলক্তা মন্দর অয়ুক্কী চাকলেন শুকচা চাদে। শর্ম্মা লৈৰাকপোকপা খুদিংগী অতুগা সিনহানা ইরাই খুদিংগী চরা হেল্লি। মানা মানা থাজৰা হুকচাংগী অমস্তুং পুক্নীংগী শাজেন্নি। মন্দরদি চাবা ককথবনি। মহাক মশাগী অরাম্বা কেজি ১২নি— অতুনা অরাম্বা হন্থহনগনি হায়দুনা রাকীং তত্তনা চৎলি নোংমদা চরা অমমম হেল্লি। অওইবমক কোর্স লোইরকপদা মশাগী অরাম্বা কেজি ১০ হন্থখি।

চয়োল তরুক্কী কোর্স অসিদা লাকখিবা মরু ওইবা ভিজি-টরশিংগী মন্নুংদা বিহারগী গবর্ণর, অমসুং ভারত সরকারগী ট্রেনীং ডিপার্টমেণ্টকী জোইন্ট সেক্রেটরীনা অথোইবনি। মখোয় অনিমক য়াম্না ফজনা বক্তৃতা তৌরম্মী। বিহারগী গবর্ণর সাহেব কোর্সকী অবোইবা মুমিত্তা ভেলেডিকটারী এড্রেস তৌখি— মতুগা লোয়ননা অচৌবা মুংথিলগী চাকলেন অমসুং ফোটো নম্বনা মুমিং অতুগী মরু ওইবা থৌদোকনি।

গেষ্ট লেকচররশিংনা লেকচর লোইরবা তুংদা ঐখোয়গী মবক্তা পার্টিসিপেণ্ট অমনা মখোয়বু থাগৎপগী ভাষন মতেক অমমম হেক হেক পীদুনা ইকায় খুম্নবা উৎলি। সিনহা, ঐ শ্রীবাস্তব অমসুং লুইখাম্না মসিগী থবক অসি পাওথোকই। গবর্ণরগী ভাষনগী মুমিত্তুদি ঐখোয় পুম্নমক্তগী সিনিয়ার ওইবা শ্রীভোলা মন্দরবু পীহনখি।

ঐখোয় কোর্স পার্টিসিপেণ্ট খুদিংমক অফিসার ভদ্রলোক অচৌ অশাং ডাক্তনি। অতুম্নদি ওইরবদা ঐখোয় খুদিংমক্কী তোঙান

তোঙানবা তোপ তোপ্পা ৱাখল ফিভম ৱাঙাং শাজং লৈ। তম্নকপা, তিন্নরকপা সঙ্গ অমদি কুইনা হোংনরকপনা মশাগী থাঙ্গৈশেংবা মচুহু লোত্তুনা অতৈবা শকফম অমা উৎলবস্থু—করিগুম্বা কান্দা কনাগুম্বগী থাঙ্গৈশেংবা মচু ঙহু হেক হেক উৎথোরকই।

কোর্স পার্টিসিপেন্টশিংগী লক্তা শ্রীভোলা মন্দর চহিদা সার্ভিসতা থ্বাইদগ সিনিয়ার ওইবগম বিহারগী অফিসারশিংগী মবক্তা থ্বাইদগী হেন্না লৈবাক মচা তাই। অতোপ্পগী ৱা মুন্না তারগা খল্লগা মাগী ৱা ফোংদোকই। কনাগীসু মবুক নাহন্দে। লোন তিন্নদবা অফিস ব মবক্তা ময়ামপুম্বা খঙনবা লোন নত্তনা ৱারী থক শাদে। ঐখোয়গী ইরক্তা বিহারগী অফিসারশিংনা মভোন্দা হিন্দি নত্রগ ভোজপুরীনা ৱারী শাবা হৌরক্লবস্থু মহাক্না য়ারিবনখৈ ইংলিসনা ঙাঙই-থুমই। মপুং ফানা জ্ঞান তারবা অমনি। মীগী ৱা তাদনা খন্নরিবা বিযয়দা মাগী ৱাতা হায়বা অফিসার নত্তে। নোংমত্তা ওশাওবা উৎখিদে। অসিতা নত্তনা ভোলা মন্দব ফজববু নংথিনা থাগৎনবগী মশাগী শক্তি লৈবা মীশকনি। ফজবা হৈ লৈ পাম্বীগী ফজবহু থাগৎপা, মহু খোমজিন্নবা হোৎনবা অহাওবা চিঞ্জাক হৈরা পাম্বা মীতানি। অহাওবা ফজবা অপাম্বহু ফংনবা হোৎনবদা তৌবা য়াবা খরচ্চ তৌবদা পাম্মুদবা মীনি। মাগী অপাম্বা পামদবহু ৱা ওইনা হায়বগী মহুত্তা ইঙ্গিতনা খঙ-হন্নবা হোৎনবা মীনি।

ভোলাগী মথংদা কুলপতি শর্ম্মা ৱা ঙাঙত্রবস্থু লৈবাক মচা তাবা মীগী মতেঙ পাঙ্গনবা মী অমনি। মপুক ফবা মী অমনি।

অদুবু অয়াম্বা মতমদা হিন্দিদা য়ারী শায় য়াঙাংই ফমিন্নরিবা অতৈনা খণ্ডবা খণ্ডদবা থোইনা খন্দে। থোইদোক্কা মাগা য়াম্না চান্নবা শ্রীবাস্তব লৈরবদি অতৈবু কাওথোকপা ঙমই—মখোয় অনিতা য়ারী শান্নে। ওনশিন্নদুনা য়ারী শান্নে। চিঙ্গাক্কী লমদদি মহাক অহাও হাওত চিলহাও থিদে ফজনা চায়। অহাওবা ফজবা থোইনা পাম্বা উদে। মরু ওইনা অয়াম্বা মফমদা থোঙইদবা Indifferent ওইবা শক্তম উংলি। অদুম ওইনমক মহাক ঈশ্বরবুদি য়াম্না থাজবা মীনি। মচিন্না ফোংদোক্রবস্থু জাৎ খায়বদা কন্না থাজবা অমনি।

কুলপতিগী মরুপ সিবেশ্বর শ্রীবাস্তবু য়া তপ্না ঙাঙবা ভদ্রলোক্কী হায়বা উৎনিঙবা মীতানি। লাই য়াম্না নীংই—অয়ুক মুমিদাং-য়াইরমদা ধূপ থাংমৈ থান্দুনা মাগী কা মন্নুংদা পুং অমদগী হেন্না মাগী লাইশোল শোল্লি। অদুদগী ব্রেকফাস্ট অমসুং দিন্নরদা মহাক পুংখায় অমদগী হেন্না হেক হেক থেঙই। অদুম্নদি ওইরগা মহাকস্থু কুলপতীগুম্না মবুক ফবা মীগী মতেঙ পাঙ্গনবা মীনি। মহাকস্থু অয়াম্বা মতমদা হিন্দি লোন্না য়া ঙাঙই। ঐখোয় ময়াম পুম্না ফমিন্নদুনা য়ারী য়াতায় শারিঙৈদা মাগা কুলপতীগা নক্রগা সিনহা বসন্তগা ওনশিনদুনা তোঙাম্না হিন্দি-নক্রগা ভোজ-পুরীনা য়ারী শানৈ য়া ঙাঙনৈ ফাগী জোগায় তৌনৈ। ঐখোয় ময়াম খণ্ডবা খণ্ডদবা করিস্থু খনদে। মহাক ভারতকী য়াংমদা জপান্নচিংবা লম খর চংলুরে। ক্লাসতা য়াম্না পারবা য়ালহল্লি থাঙ্গৈশেংবদি— অদুক য়াম্না কা হেন্না পা খোৎপা মীদি নত্তে।

মসি মাঙ্গোলদা ব্রাকীং চৎপশিংগী মরক্তা অমনি। মাগা কুলপ-তিগা খেল্লবা অমদি—মহাক মাগী সঙ্গ লৈরবদি থকচাবদা অথিংবা লৈতে।

মপুক্তা রা থমদনা হায়নিঙবা রাজ্যদং হেক্তা হায়দোকপা সমাজদা অরাংবা থাকী মরক্তা লৈরে হায়না উৎনরিবা হৌজিক্কী মতমদা চৎনরিবা নোংচুপলোমগী হৌন-লোনচৎ ব্যবহার নীংথিনা খঙলবা ভারত রাংমদা নোংচুপলোমগী লৈবাক থর গ্রেটব্রিটেন লুইদেন সুইদেন ইটালিনচিংবা কোয়রুরবা নিত্যানন্দ প্রসাদ সিনহা মতম মতমগী লোয়নবা মুঙাইবা মীশক অমনি। হরাও তয়াম পাম্বা সমাজগী মরক্তা ফত্তে পাপনি হায়না থম্লবা পুম্বমু য়েংলুরগা খঙবা অমনি। অচম্বা পুন্সি লেনবা মীতা নত্তে। য়াম্লা থেংনরবা অমনি। করিগুম্বা কান্দা অঙাং মচাগুম্না লাঙবা পাম্মী—করি নত্তবদসু মরৈ যেংনৈ থংনৈ। অতুগা শীনলাঙবা মী উন খোৎনবা শকখঙ মায়খঙ-ননবা হোংনবদা হৈশিংবা মীতানি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা ময়ামগীদি খঙদে—ঐগীদি শোয়বা য়াদে হায়বা মীতানী। মাগী শোয়দনবা অহানবা খুদোংচাবা লৌবসি শোয়দ্রবা মাগী মত্রনি।

ময়ামগী খঙদে ঐগী শোয়দ্রগা লোইরে হায়বা মীতাশিংগী মরক্তা সিনহাগী মরূপ বসন্ত রঞ্জিৎ অমসুং লুইথাম অথোইবনি। বসন্ত প্রসাদ হরাও তয়াম পাম্বা পুন্সিবু চম্না থন্দোকপা ত্রেনীংকাসি কয়া থৌশাদবা লাইরম্না খনবা মীতানি অচুমকপু ইচম চম্বা মীদি নত্তে। গজল ফজনা শকই ফাগীদা থরাই তানা নোকউ। অতুবু য়াম্না ভদ্রলোক ওইবদি নত্তে। ফিজেৎ চাকচা দেম কেয়ারনি

—ময়াম চামিন্নবদস্থু মীগী থুংব্রবস্থু ঐগী শোয়ব্রগা লোইরে হায়বা মীতানি। অচুবু হিসাবতি কুপই। মাস্থু, বিহারগী অফিসার অতৈগুম্না ছিন্দি ফেনাটিক হাইফেং ওইবনি। অয়াম্বা মতমদা মখোয় অনি অহুম জ জা জু জা য়াম্না তৌগনবা মীনি।

নোংচুপ বাঙ্গলাগী অফিসার শ্রীপ্রতিপকুমার রক্ষিৎ ভদ্রলোক শাবা মবুক্তা রা থমগনবা, ঠিন্দি য়াদব। চাবা কয়া ফজদব। অমনি। মাস্থু ঐগী শোয়ব্রগা লোইরে খনবা অমনি। হৌন-লোনচং কয়া খণ্ডদে, চাকচা যুথক কয়া কজদে। মথন্তা চানিংবা ময়াম চংমিন্নরগা লোম্না মথন্তা অচোই অপা হৈতুনা চাগনবা মী পীজনিংদবা মপান থোকপা মী অমনি। মাস্থু বাঙ্গালা ফেনাটিকনি। লাইরিক লাইগু প্যাবদা খরায় য়াওবগুম্বা উৎকি। অমবু ওইরে অমবু ওইরে থবক্তা হাইফেং সিরিয়স ওইবা মী অমনি। অচুবু মবুক পঙক ফবা মীদি নত্তে। সহরদা লৈরবস্থু লরাই থরাইদগী লাকপনি—চপচানা সহরগী য়াম্না শেমদোক্লবা পুন্সিদা চপ চানা লুপশিনবা ওমত্রিবা অমনি।

ঐগী শোয়ব্রগা লোইরে হায়বগী মতুংদা মনিপুরগী নিংহোর লুইখামস্থু অমনি। লুইখাম হাইফেং লুবা মীনি। মাগী মবায় সৈজানা মতমতুগী মুখ্য মন্ত্রিনি। মনিপুরগী অফিসার মনিপুরদা পোকপা তাংখুল নাগানি—মহাকসি নাগানি হায়বদা য়াম্না, চাওথোকচৈ অমসুং মাবু মীনা অতুম্না খঙনবা কন্না হোৎনবা অমনি। নোংমা কাক্কেদা চংপদা ঐগা মন্দরগা জীপকী মমাঙ সিটতা ফম্লবদগী কাক্কেদগী হল্লকপদা—রক্ষিৎনা ঐ অমুক্তু মম্যাঙ ফমগে

হায়রুনা ঐনা কাখংত্রিউজা কাখৎপ্রে অহুগা মতুক অমা য়াঁচি এগ্রীকলচরেল কলেজ ফাওবা ফখি। মাগী মংচৌহুনা য়েংনিঙ্ঙবাসে লুইখাম্না অমুক মমাও ফঙ্‌বা পালি নাইনসি হায়রুনা এগ্রীকলচরেল কলেজদগী হন্নকপদদি মানা মমাওদা হায়না ফমগ্রে — রক্সিংপু মঙ্গুংদা ফমহনখি। ঐনা করিগীনো হংবদা — "অংথাই থোংবা মুন্দবা রক্সিং হায়বা মুপাকে শক হুংশিদে — অহুনা তৌরিবনি — হায়না খুমখি। লুইথাম য়েংবদদি য়াম্না পোৌবা মাল্লগা কুপ্পদি হাইফেং কুপ্পা মীনি হিসাব তোবা মীনি—মীনা হিসাবতা পওহেন হেনজিনবা ওমলোই। মানা হেনজিনগদবজনি। মহাক হরাও তয়াম্মী য়াম্না হৌনা হৌনা নোকই। মীজোন্দগু ফাগী তৌই, মাগী ওইজনবা কন্না ফোংনা হোৎনৈ। ইমাং ফারাং হাইফেং পামই। শৈরেং ইবা ঈশৈ শকপা শম্না হায়রবদা করি শাবা মীনী "নওসে য়াম্না লুবা মীনি" হায়রুনা ঐনা হেক হেক কমেণ্ট তৌই।

"ঐসি বিহারগী অফিসারনি—ঐ নৈরি হায়রবসে খওহন্নবা য়াদে" হায়ব অহুগী মরক্তা লালন প্রসাদমু অমনি। ও শা চাদে–লাই নীংই। অহুমু মী খুদীংমক্তা ঐ লাই নীংই খঙহল্লি—লাইনীং লাইশোন লাওনা লাওনা থংনবা কা মণ্ডা তরুক ফাওবা নিলহন্দুনা মীগী থবক থুগাইহুনা অয়ুক মুংদাং খুদীংগী শোল্লি। চাবা থকপা মতমদা ঐগীদি য়ামহৌত্রে হায়না মিহোৌবা —মী অতৈ কংজবগু ঐগীদি ওজবা লৌহোৌদবা চাহৌদবা য়াদে হায়বা মুপানি। হাইফেংনা লবাই লৌত্রাওগী অচম্বা শক্তম অহু মহৎগী শেমশাবা লমচং লোনচং অমু নমথজুনা হেক হেক উংলমই।

ৱা হৌনা হৌনা ঙাঙই—অদুবু চেকশিন্দবা মুপাদি নত্তে। সিণ্ডিকেট পেপরনচিংবা ক্লাওলুপকী থবক্তা মকোকথোংনা মায়রোং য়ানবা হোৎনবা ঐনা পাঙথোকপনি ঐনা হোৎনবনি উৎননবা হোৎনবা মুপানী। মাসু হিন্দীগী ফেনাটিকনি অদুনা করিগুম্বা মতমদা বাঙ্গালী ফেনাটিক রক্ষিংকা হিন্দী লোনগী দমক্তা অকনবা মরৈ হেক হেক য়েৎনৈ। পূম্নমক অসিগী মৎক্তা মতাকসি মবুক ফবা মুপানি হিসাবত্তি কুপই অশীন অরাংগী থবক য়াম্না পাম্মী অদুবু তৌথোরকপা থবক্তি কয়া মচু তাদে।

কোর্স পার্টিসিপেন্ট ঐখোয় মাপলগী মনুংদা ঐগী মরমদি মী অতৈনা হায়ৱীরসন্নু। ঐনা হায়বা তারবদি—ঐহাক মৈতৈনি মনিপুরগী অফিসারনি। ইথম্নদি খঙ্গে ঐহাকসি এক্সট্রোভার্টনি য়াম্না লৈবাক মচা তাবনি। ওওইবমকসু মৈতৈ মচামুক পূকচেল চাওবা হৌনলোনচং খঙনা লৈবাক মচা তাবা জাৎপু ভারতবর্ষগী মনুংদা অতৈ লৈরমগদ্রা?

চয়োল তরুক্কী কোর্স হৌরকপা অহানবা চয়োলচুদা ঐখোয়না থনখি চয়োল তরুক অসি শাংলবা মতমনি। ঐখোয় পুম্বনা পামজবদি য়াম্লবদা চয়োল অদুমগী কোর্স। অহানবা অনিশুবা চয়োল লোইশ্লবা ফাওবা করম্বা কান্দা লোইখিগদবনো হায়দুনা থল্লম্মী। নোংমা হৌখিবদা লৈগদবা মতম নোংমদি হৌগ্রে হায়না পানরম্মী। অসুম্না নোং তাবা মুংথিল কয়া তন্না তন্না হৌখি। সিগুম্বা তাঙ্গাদা বিহার অফিসারশিংগী পামজবদি বিহার সরকারগী ত্রান্সফার অমসুং পোষ্টিংগী পাও তাবা। অদুনা মখোয়

মখোয় খুদিংমক খবর তত্তনা য়েংই, রেডিও পাও তত্তনা তাই মতুংগী য়ারী তত্তনা শানে। করিগুম্বা খবরদা মখোয়না থওবা থবক শৌমিন্নবশিংগী পোটচংগী পাও য়াওরবদি মখোয় মশেল মথং মথং উংনে। কোর্স লোইরমদাইদা শ্রীমন্দর-কলেক্টর দিষ্ট্রিক ম্যাজিষ্ট্রেট ওইনা ত্রান্সফার তৌবগী পাও ফোঙলকপা থেংনখি। কুলপতি শর্ম্মাগী খুৎনা ইবা রেকোর্ড অমা লৈ—মতুংদা বিহারগী অফিসার খুদিংমক্কী পোকপগী তাঙ্কিক, প্রোমোসন ফংবগী মতম পেন্সিন ফংবগী মতম, হৌজিক হৌজিক ওইরিবা ফমগী মমিংন-চিংবা য়াওই। মমুংসু মখোয় মশেল তত্তনা য়েংনৈ, খন্নৈ, নৈনৈ।

রাঁচিদা নোং হেক মংবগা হেক্তা তাই। মরু ওইনা ঐখোয়গী কোর্সকী মতম অসি নোংজু থানি। অতুনা অয়াম্বা মতমদা নোং তারক্রা চিংনতুনা মুংখিল কয়াসু কোয়থোক্তে। অসিগুম্বা মতমদা নোং মংলকলবদা নত্রগা তারকলবা মতমদা হোস্টেলগী মাঙ্গোলদা লেপ্তুনা নোংচুপ ওন্দুনা মাঙদা উরিবা অহাওবা লম্পাক—মথংদা লম্পাক্কী অরোইবদা লেব। চাওরব। রাঁচি কলেজ অমসুং বিশ্ববিদ্যাল-য়গী শঙ চাওরবা দল্যান মতুংগী য়াংমদা অথাঙ্গদা লৈখিবা চীংদোন অতুম মরি অতু তত্তনা য়েংতুনা লৈবা তাই। মুমিং তারমদাইদা নোংমু চুবা মুংশাসু থোকপা মতমতুদা চীংদোনশিংতু হোস্টেলদগী য়েংবা য়াম্না ফজে। চীংদোনশিং অতুগী মরক্তা অমদি "টেগর হিলনি।"

"টেগরহিল" — চীং অসিদা পুথি ফাওরবা বিশ্বকবি রবিন্দ্রনাথ মতম কয়া লৈখি--মফম অসিদা মাগী অফাওবা

কবিতা কয়া ৱারেং কয়া লেংখি। চীংদোং অতুগী মতোন্দা, অথাপ্পদগী য়েংহনদি ফুরা মানবা মুভৌগী যুম অমা লৈবা উই। মমিংতা তাবদা য়েংনিংলবা — খোইদোক্লা মুমিদাং ৱাইরমদা অথাপ্পদগী উবা ফজরবা টেগর হিল অদু চত্তুনা য়েংনিংলকলে। মুমিং কয়া হৌখ্রে খন্না খন্না। অদুবু নোংমদি ইথস্তা ফরক তাবা মুংথিল অমদা নোংমু কয়া তাদে—ঐহাক টেগর হিল তন্না ইথস্তা চৎলগী। হেক চথোরকপদা নোং থিংলি থিংলি তাবা হৌরক্লগী—পুক্লীংদা হল্লসিরা খল্লগী—অদুবু টেগর-হিল য়েংনিংবগী ইথিল্লা হেন্না কনশিল্লক্রবদা— নোং চোৎলবসু অদু মণ্ডায়রে খন্দুনা অতৎপা লৈতনা চৎলকলে। খর চৎলক্লবদা নোং তাবা লেপখ্রে—অতিয়াদা কুপ্পন্না লৈচিল হাইদোকখিত্নুনা মুমিংকী মণ্ডাল উরকলে। নোংচুপ অতিয়াদো মুমিংকী মণ্ডালনা তরংলম্লে নোংজাবী লক্তা। য়েংখিবদা কোরৌহনবসু নোংচুপ অতিয়া শুন্দায় য়োগদবা লীক্লংমুক্তা মণ্ডায়রে। অতৎপা লৈতনা ইথস্তা চৎলি। খণ্ডনদবা লকনি— মীয়বাকনি। মুমিং তারমদাই ওইরকপগা পুক্লীংদা অকিবা হৈনদবা চীংনবা পোক্তবা নত্তে। করিগুম্না মুমিং তাথোকখ্রবদি—খেণ্ডদোকখ্রবদি পুক্লীংদা নিংকোক নিংকোক তৌই —হলহৌরসিরা খল্লি। অওইবমক্লি খন্দুনা য়েংবীয়ু—হাৎন থিল্লবা লুটপাংনা থল্লবা মী তাদবা অহাণ্ডবা মফম অমদা মুমিং তারমদাইদা ইথস্তা কোয়বা হায়বসি পুক্লীংদা হাইফেং চিংননিঙাইনি। অদুম ওইনমক টেগর হিল য়েংনিংবগী কল্লবা ইথিল্লা—অকি অথং চিংন হঙ্গোইবা হৈনদবা পুম্না নমহত্তুনা মাঙলোমদা চঙশিল্লগী। টেগর

হিল কয়া লাপ্লগে খঙদে- করম্বা কান্দা য়োরকদগেন্সু খঙদে, অন্থুবু লেপ্লদি লৈতে অত্থুম চঙসিল্লি। ইকুই কুইদনা পূং ১ থর হেন্না চংলবা তুংদা ঐহাক্কা য়োনিংলিবা চীংতুমন্থু য়োরে। মথং মথং মতম অমদা নীংথিনা শেমলম্বা হৌজিক্কা হন্না য়েংবিদ্রবা অকায় অত্তোয় লৈকুৎ কোঙ্গুংনা থল্লবা চীংলম্বীতুদা তপ্না তপ্না কাখৎলকলে। অশেম্বা লম্বীথুনা খম্বা মফমদা বিশ্বকবি রবিন্দ্রনাথনা লৈরম্বা চীংগী নাপোমদা শাবা মথোল অনি লোঙবা য়ুমন্থুগী মমাঙগী স্নমাং মচি অমদা নূং মতুম মতুম্না শারগা গুরুংগুম হুংলগা মম্নুংদা মহাদেবগী মুর্ত্তি লাংপা লাইশং—মথুগী মমাঙদা মতাই ওইরপনা মূংনা শাবা সোফা অনি, টিপোই টেবল অমদি চৌকি লৈরি। যজরবা লৈতেং উ অত্তাওবা অনি মরি মফম চানা ফজনা হৌরি। কবিগী রাখলগা চাননা শেমলবা স্নমাং পোথাফম, লাইশং মচা অমদি মথোল অনি লোঙবা, য়ুম য়েংবদা অহুম্মক পুক্নীং হুরি। হৌজিক্কী মতমদা য়ুম অথু ছাত্রগী লৈফম ওইনা শিজিন্নরী। মফম অথুদা লৈরম্বা ছাত্র অনিখক্তা লম্বী হংলগা চীংদোন তম্না কাখৎলে। অচৌবা মুঙ্গাইদা থাক থাক হৎলগা শেমলিবা—মচি অমদা সিমেণ্ট কনকৃতনা শেম্বা থাক শিরি অথু কাথুনা ওমলবা চীংদোন্দু য়োরে। চীংদোন থক্তা চাওরবা মুং অমগী মথক্তা মুঙ্গায়ওাক্তা ভায়রবা নাপোমদা—ফজরবা নূংঙৌনা মথক কুম্না মাগুব মচা অমা লৈরম্মী। মথুনি অথাপ্পদগী উথিবা ফজরবা কুন্না মানবা মুংঙৌগী য়ুমথু। মাগুব অথুগী লৈমায়গী পাকপা চাওবা স্কার ফুট চামরোম ওইগনি। মাগুবকী মখোঙ মরি অথু

ফজনা লৈরোং হক্লবা চম্না ফজরবা ওাক্তনি। মাওব থক্তা ক্লাথক্ত্না মায়কৈ শুনা লৈনা য়েংবা পুক্লীং ওঙ্খংলি! হুমিদাং-রাইরমগী ওাঙ্ক্লানবা নোংজাবী লক্তগী লিথোরকপা হুমিংকী সনা মচু মাল্লবা মঙালনা য়ৈবদা ফজরবা রাঁচিগী মহৌশাগী শক্তম য়েংবদা হুঙোল্লি। নোংপোকলোমদা ক্লাঁচিগী চীং, অশংবা উ রানা থল্লা হৌরিবা. মরক মরক্তা অচৌবা চলান কয়ানা অশংবা উরক্তা লিংখক্ত্না লৈবছু টেগর হিলদগী য়েংবদি অঙকপা ফংনা ফজে। রাঁচিগী মপুং ফারবা মহৌশাগী শক্তম—হুমিংকী মশেল্লা ফজহনবছু—চীংথকসিদগী তশেং তশেংনা উবা ফংই। থাগত্তবা ওমদে হে বিশ্বকবি নহাক্লা লৈরম্বা ফমলম্বা মহৌশাগী দৃশ্য য়েংচ-মকম— থোইদোকই খ্বাইগা মাল্লদে। অওইবমকনি— নহাক্তনা খঙবনি নহাক্তনা মহৌশা লাইরেম্বীগা নকনবনি— রারী শীংবুন ক্লৌবনি—নহাক্তনা মহৌশাগী শক্তম মশক খঙবনি মানা নীংবা অপাম্বছু নঙত্তনা খঙবনি— মছু নঙত্তনা পীবনি মাগা লোয়নহুন্নত্তা লৈমিল্লবদি নওত্তনি। নহাক্তনি—মাবু নকননা খঙনবসি।

চীংদোল্দা লৈনা লৈনা হুমিং তাশিল্লকলে অছুবু থক কুমথনিংলমদে। থেঙলল্লবদা—ইথক্তনি, থাপনা হনগদবনি থল্লুবদা অমুক পম্বনবা মতম লৈত্রে থন্দুনা নিঙমদ—নিঙমদ কুমথরকলে —তপনা হম্লা য়েংন টৈগর হিল হন্দোক্লম্রে হোষ্টেল মায়গৈ পাংলকলে। ঐগী পুকনীংগী অপাম্বা অমা থুংলে থনবদা চরাওনা হোষ্টেলদা অহিংহুমা লেনখি। টৈগর হিলগী ফজবা শকফমদো থমোইদগী থক কাওররোই।

অসুন্না অহানবা চয়োল হৌখ্রে। ছুটি তাবা নোংমাইজিং নুমিত্তা করম্না লেনসিংগে খল্লম্মী। রাঁচিদা চয়োল তক্লকখক্তুং লৈরিঙৈ অসিদা য়ারিমখৈ রাঁচি অমস্তুং মনাক নকপদা লৈবা ফজবা মফম পুম্বা য়েংখিগে খল্লম্মী। অতুবু রাঁচি হায়বা লমসে চীংগী চীং উমংগী উমং মক্তনি অতুনা চীং উমংনা থল্লবা মনিপুরদগী লাকপা ঐঙোন্দদি থোইদোক্রে। লুইখামগা ঐগনা বিহারগী অফিসারসিং মরু ওইনা শর্ম্মা অমসুং শ্রীবাস্তবতা য়েংবা য়াবা ফজবা মফম পুম্বা য়েংলুসি- মতুগীদমক শীল লাউউ, হায়না তত্তুনা তকশিল্লম্মী। শ্রীবাস্তব বিহার ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্টকী এডিসনেল জেনেরেল মেনেজরনি। অতুনা মহাক্না শীন্দুনা মথংগী নোংমাইজিং নুমিত্তা ঐখোয় ফাওরবা লাইগী মন্দির অমদি বোকারো ষ্টীল প্লান্ট য়েংবা চৎলম্মী। অমুক পৃং ৯ তাব্রবা ব্রেকফাষ্টকী তুংদা শ্রীবাস্তবকী মখাদা থবক তৌবা মেনেজর অতুনা বস অমগা লোয়ননা রিপোর্ট তৌররে। সিকান্দরনা হেবরসেক লঞ্চ ময়োমতু পুতুনা ঐখোয়—ঐ, লুইখাম, শর্ম্মা, রক্ষিৎ, শ্রীবাস্তব পুম্না—বিহার ট্রান্সপোর্টকী অফিসার মাগী এসিসটেন্ট সব-ইন্সপেক্টর অমা অমসুং মখোয়গী পিয়ন অমদি ড্রাইভরগা থানা ঐখোয় ১২ চাওরবা বস অতুদা তোংতুনা বোকারো লম্বীদা চৎলম্মী।

ঐখোয়না বস কাখৎকে হোৎনরিঙৈদা তুংলোমদগী "পাবুং পাবুং" হায়না কোবা সুপী মচাশিংগী খোঞ্জেল অমা তারম্মী। রাঁচিদা মৈতৈলোন্না "পাবুং পাবুং" হায়না কৌরকনি হায়বসে শুকখন খল্লুদে—অতুনা মৈতৈলোন্না কৌরকপা খোঞ্জেলতু তাবদা

য়াম্না ঙক্না থোকলম্মী মতমমতুদা ঐগা মান্নবা ঙক্লবা লুইথাম্না য়েংথোকখিবদা নৈশাবী অহুমথকনা ঐখোয়বু কোরম্বদু উরদুনা ঐঙোন্দা তাক্লকই। য়েংথোকখিবদা উরে ঐগী ইচা নুপী অহনগী মমান্নবী ধনবতী, বরদা, অরুনা। অহুমদু উবদা ঙক্না হংলম্মী "নখোয়দি কদায়দনো?"

"ঐখোয় ঙসিদি নোংমাইজিং হুমিংনি হায়দুনা ইমান্নবশিংগী মনাক্তা চৎলিবনি। পাবুংখোয়দি কদায়দনো?"

"ঐখোয়স্সু ছুটি হুমিংনিনা কোয়রুগে।"

"পাবুংখোয়—কয়া কুইনা লৈখিনি—

"চয়োল তরুক্কী কোর্সনি—চয়োল অমা হোৎখ্রে। নখোয়দি করি করি তমলি?

"ধনবতীগা বরদাগা ফিজিক্স তম্মী ঐনা কেমিষ্ট্রি তম্মী"

"নখোয়গী লৈফমদি কদায়দনো?"

"ঐখোয়গী হোষ্টেলদি ষ্টেট বেঙ্ক মনাক্তনি" মতমসিদা বসকী ড্রাইভরনা হোরন খোংলক্লম্মী—য়েংখিবদা মখোয় লোইনা বসতা ফমলম্লে। "ফরে ঐহাক নোংমা নখোয়গী হোষ্টেলদা লাক্কে" অসি হায়রগা ঐহাক বসতা কাখত্তুনা ফমলে—ষ্টার্ট তোরে—ঐখোয় চৎপা হৌরে বোকারো লম্বীদা। লুইথাম্না ঐঙোন্দা—হায়রকই—"কনা কনানো—মখোয় অহুম অদু—মশক য়াম্না ফজে—রাঁচিগী নুপীশিংদি মুশিন মুরস্নুনা ফজবা অমা ফাওবা য়াওদে।"

বস তোংনা তোংনা থরনা ওনশিন্দুনা ব্বারী শাই—থরনা ঈশৈ শকই—থরনা নোকই। অস্থুমা লম্বীদা—রাঁচি মেদিকেল কলেজ, বিরলা ইন্সটিট্যুট অব টেকনোলোজিনচিংবা মথং মথং লাল্লকুনা রাঁচি জিলাগী সিমানা হেন্দোকুনা হাজারিবাগ জিলা য়োবে। রাঁচি জিলাগী সিমানা লোইরকপদা হাজাবিবাগ জিলা পরিষদনা লম্বী চৎপশিং হাজাবিবাক্তা স্বাগত তৌবা থেংনৈ। থীন্দনা বামগড় য়োরে—রামগড় হাইফেং চাওখৎলবা ব্লোক হেড ক্বার্টরনি—মফম অসিদা খৃঃ ১৯৪২ দা কংগ্রেসকী অচৌবা সেসন অমা ফমখি মত্তুদা লৈখিদ্রবা ভারতকী অহানবা রাষ্ট্রপতি ওইখিবা ডাঃ রাজেন্দ্র প্রসাদনা কংগ্রেস সভাপতি ওইখি। বামগড় অসিদগী নেসনেল হায়ব্রেদগী হাইদোক্কুনা ষ্টেট হায়ব্রেদা বোকারো লম্বীদা চৎপা হৌরকলে। লম্বীদা মফম অমা অনিদা লেপ্তুনা বিহাব ষ্টেট ট্রান্সপোর্টকী বস চেক তৌই। অহানবা চেক তৌবদা কণ্ডক্টরনা টিকেট ককলক্তবা পেসেঞ্জর অমা অনি থেংনখি। থীন্দনা লম্বেল লমখায় অমা য়োয়ে—লমখায় অত্তু লাইফম য়োনবা লম্বেল অমনি। মত্তুদা গাড়ী ঙাইহাক থাদুনা মপাল ইপাল থোক্লম্মী—লম্বীগী পাওস্থু লৈরম্মী। অচুম্বা লম্বী অফবত্তুদা চৎলবদি থুংফম দাক বাঙ্গলা লৈ—ঙাইহাক পোথাফম লৈ—অত্তুবু মত্তুদা চৎলবদি লাইফম য়োনবা তুরেল অমা লালবা তাই। অত্তুগা লমখায় অদোমদা চৎলবদি লম্বীদি য়াম্না ফত্তে—পোথাফম দাক বাঙ্গলাস্থু লৈত্তে অত্তুবু লাইফম ফাওবা গাড়ী চৎপা য়াগনি। অত্তুগা মফম অত্তুদা লৈরম্বা মীশিংদগী ফংবা পাও মত্তুংইন্না অচুম্বা লম্বীদা

চৎলগা লানগদবা "তূরেল অহু ঊশিং য়াম্না, চাওবে, তুরেলহু লানবা ঙম্নরোই—"অহুনা ভঙাই ফদনা ফম্রবশু তুরেল লান্দবা লম্বীদা চৎপা তারে। ঐখোয়না পাও লৌরিঙৈ—ব্রা হংদোক হংজিন তৌরিঙৈ—মপান ইপান থোকলিঙৈ মতমদা ষ্টেট ট্রান্স-পোর্ট বস অমথক মফম অহুদা হেক থাবে। ঐখোয়গা লাক-মিন্নবা ট্রাফিক অফিসাব অহুনা পুলিস অফিসার অহুগা লোয়নননা চেক তৌবা হেক চঙসিনখিবমক্তদা পেসেঞ্জর অনিথক লৌবুক শমহুনা কন্না চেনখি। মহু লুইখ্রামদা য়াম্না মুঙাইবা অঙকপা থৌদোক অমা ওইরুরে। মহাক্না শ্রীবাস্তবতা হংখি—"করিগীনো? মখোয়না কন্না চেনখিবদো?"

"মখোয় অনিহু টিকেট য়াঙদবনি, ফাববদি জোরি তৌবা য়াই নত্রগা অরাফমদা তাবা য়ায় অহুনা ফাদনবা চেনখিবনি"

হৌজিক লম্বী লমথায় অদোমদা দেবীগী মন্দির তান্না চৎলকলে। লম্বীহু শেম্বা হৌগৎপদা ঙাইরিবা মাল্লি-মরু ওইনা উ মুঙনচিংবা চীংথোকপা চৎপা গাড়ীশিং চৎপা য়ানবা শেম্বা লম্বী মাল্লি। পূং অমা-মখায়রোম উম্নং মুঙ্গায়রক্কী লম্বীদা থৌববা ভূংদা য়োরে ফাওরবা লাইফম "ছিন্ন মস্তিকা" দেবীগী অথরা।

দামোদর অমসুং ভেরা তুরেলগী তিন্নফমদা লৈ — ছিন্ন মস্তিকা দেবীগী লাইশং—হায়ফেংনা লিরবা ময়ায় ওইবা যুগকী লাইশংনি। মন্দিরগী ঠাকুর অমনা হায়বদি মফম অসি শিব-পুখান্না য়াওবা মমাঙৈদগী বেদগী মতমদগী লৈরক্লবা অথোইবা তীর্থ লমনি।

কল্লবা দামোদর তুরেনগী ঈচেলনী। [illegible] অওস্বদগী চেস্থরকপা ভাগীরথী গঙ্গানা লম্ন[illegible] লাদা। চেস্থবগুর—নাকল, অনিদা লৈরিবা ঙঙ্গল উমংলক্কী [illegible]রকপা পেন্নাইজ্রবা মিংকী মিংয়েংফমনি। "জয় জয় জয় জয়" [illegible]না অঙংবা খোঙ্কেলগা লোয়ননা অওস্বদগী চেস্থরকপা দামোদরগী ঈচেলদা ভেন্না তুরেলগী ঈচেলনা তিন্দুনা ঈনোং কারিবা মফম—ঈচেল অনিনা তিন্নরিবা মফম অচুদগী অনি অচু অমত্তা ওইনা লাওথোংনা [illegible] পাংনা চেস্থিবা—উরুবা কনাগী মিংফম করম্না হোংহনগনি। পুক্সীং হুনা ফজবা—মিংফম হোংহন্দ্রবা মিংয়েংফম—করম্না লোন্না শীংথাগনি। উরগত্তা ফজবা শক্তম, মিংয়েংফম, পুক্সিগী অরোইবা মিকুপ ফাওবা কাওগ্নরোইদবনি।

মাং চাওরবা ফুরা মন্দির অচুদগী তুরেল অনিগী তিন্নফম সঙ্গম—কুণ্ড অচু অম্না কুমথনবা হুংগী শিরি থাক লৈরি। দেবী দর্শন লাকপা যাত্রিক লিশিং লিশিং অতংপা লৈতনা কুণ্ডসিদা স্নান দান তর্পণচিংবা তৌরবা, তুংদা দেবীগী লাইশং হুংদা চত্তুনা —বৈষ্ণবী দেবী ছিন্ন মস্তিকা দেবী ভৈরিবীদুর্গা মাতা দর্শন তৌজরি। পূজারীনা সংকল্পগা লোয়নবা মন্ত্রনা ইমাবু খুরুম্না লাকপা থুদিংমক্কী পুষ্পাঞ্জলি কংলি। ঐখোয়মসু হৈ,লৈ পুজারী পোৎলম য়োনবা তুকান্দগী লৈতুনা ইমা দুর্গা ছিন্ন মস্তিকা দেবীগী পুজা কংচরে। মন্ত্রবা লাইশংহুংদা ভক্ত ময়াম্নগীলক্তা ধুপ দিপ পুষ্পাঞ্জলি কংচরে। ইমাগী শ্রীমূর্ত্তি দর্শন ফংজরে।

দেবীগী নির্মল্য প্রসাদি লৌজরে। লৈত্ত চেং থোইদিং লৌজদুনা ভেরা অমসুং দামোদর সঙ্গমদা তর্পন কংচরে। ইমাগী দর্শন ফংলবদা শেংলবা হকচাং, শেংলবা থমোয, শেংলবা রাখলনা থরে। ফজরবা তির্থগী শক্তম উবদা লুণ্ডাইবনা তয়াং তশোয়রবা রাখলগা লোয়ননা মকম পুম্বা কোয়হুনা তির্থগী ফজবা শক্তম পুম্বা য়েংজরে; থম্মোয়দা লেঙদনা থমজরে, মথংদা ঐখোয় মনাক্তা লৈবা পোথাকম অমদা ফমহুনা ঐখোয়না পুরকপা চয়োন থোক্তুনা চামিন্নবে, সিবন্দরনা কোয়য়েন য়েন্দুনা ঈশিং নাইশিং পূরক্তুনা ঐখোয়গী থুংশা হামদোক্লে। চাবা থকপা লোইরবদা ঐখোয় পুম্বা বলতা অমুক কাখত্তুনা বোকাবো লম্বীদা থোরক্লে।

পুং ২ই রোম থোরবা তুংদা হুংথিল পুং মরিমথায় তাবদা বোকাবো স্টীল প্লাণ্ট থোরে। হুমিং অহু নোংমাইজিং হুমিংনি অহুনা ষ্টীল প্লাণ্টসু ছুটিনি, থোইদোক্লা মতম অহুদা আপ্রিন-টিসশিংনা মখোয়দা থবক পীদ্রবদগী ধর্মঘট তৌরম্মী। মরম অহুনা প্লাণ্ট মসুং চঙহুনা য়েংবা হায়ক্লেং লুরম্মী। শ্রীবাস্তবকী মথাদা লৈবা ডিপো মেনেজরনা টেলিফোন তৌদুনা সেক্যুরিটি অফিসার থিরম্মী অহুবু নোংমাইজিং ওইবনা মাসু থিবা ফংদ্রে। প্লাণ্ট মসুং চঙহুনা য়েংননবগী অশা অহু য়াম্না হন্থরম্মী। মরৈদা প্লাণ্টকী এসিষ্টেণ্ট অমথক্না শীন্দুনা ষ্টেট ট্রান্সপোর্টকী বস অমদা প্লাণ্ট য়েংবা চৎলম্মী। ছোরোকী থোঙ্গালদগী প্লাণ্টকী অহানবা ব্লাষ্ট ফর্নাস (য়োৎশুংনবা লৈরঙ) য়োবহু কিলোমিটির ১৫ থাক্সী। নাকল অনিদা উ থারবা এভেনীউ অহুদা চৎলম্মী

সেক্যুরিটি চেক লাল্লবতুংদা অহানবা ব্লাষ্ট ফর্নাস (য়োংগুংবা লৈরঙ) য়েংবা কাথৎলম্মী। রাশিয়ান ফোরমেন অমগা ইণ্ডিয়ান এসিষ্টেণ্ট অমগা লৈরঙ অদু শেম্নরম্মী—অমে শিন্মী লোয়নদে। বোকারো এসিয়াগী মনুংদা খ্বাইদগী চাওবা ইস্পাটকী কারখানা অমনি। রাসিয়ানশিংগী মতেঙনা লীংখৎপনি। ভারতকী প্রধান মন্ত্রি ওইরম্বী শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধিনা ইংলোক ১৯৭৫ দা ফর্নাস (লৈরঙ) অদু হাংদোকখি। হৌজিক ফাওবদি মসিগী ওইকম থোকপা অদু মপুং ফানা শীজিন্নব্রি। মথং মথং শিন্মীশিংগী কান্টিন অমমুং অমে প্লান্টকী শরুক খর য়েংলগা মুমিং তারমদাইদা ঐখোয় প্লান্ট অদুদগী মপান থোরকলে। অদুগী তুংদা বোকারো সহরগী মৈদান অমসুং অঙাংশিংগী পার্ক য়েংলম্মী। অঙাংশিংগী পার্ক অদুদা অঙাংশিংগী ট্রেন মচা অমা, অমে শাল্লকমগা লোয়নবা শায়োকশং মচা অমা লৈরম্মী। নীংথিনা পরেং নাইদা থাববা অশোক উশিংগী এভেন্যু ফাওদুনা মৈদান অদু য়েংলম্মী। অদুগী তুংদা মৈদান মনুংদা লৈবা ভারতকী মেপগী অওংদা শেমলবা খুংশেমগী পাং অদুগী মনুংদা জহাজগী মওং মাসবা রেষ্টোরা থক্তা কাথংত্তুনা—মৈদানগী পাং উ লম্পাক মীয়াম চংপা পুম্বা য়েংলম্মী। মথংদা মুমিং তাশিল্লকদুনা ঐখোয় বোকারো থাদোকলগে। মুংদাং পুং ৯ তাবদা রাঁচি য়ৌরে।

অমুয়া হোষ্টেলদা হায়গী নকিন কায়দনা চয়োল অমা হৌখ্রে। মথংগী নোংমাইজিংদা প্লাজা সিনেমাদা ইংলিশ ফিল্ম —When love is lost—হায়বা অমা য়েংই—সুমান হেরাল্ড

অমস্মং বেটিড়ডেভিসকী এক্তীং কনা ককথি। শিগোনা ক্লোলা মস্মংদা য়েংজিবশিংগী মরক্তা মৈতৈ হুপীমচা মালবী কৈশাবী ৩/৪ অহুগা হুপামচা অমস্মু উথি।

হায়না হায়না চয়োল অহুম হৌখ্রে। মথংগী নোংমাইজিং হুমিত্তা সিনহানা শৌন্দুনা ঐখোয় নলন্দা সেরেমীকস অমস্মং হুক্র ঈশিং চাইবী য়েংলুই। নলন্দা সেরেমিক্স জাপানা মতেঙ পীত্বনা জাপানগা তিন্নবা লিংখৎখিবনি—কোরেন এক্সচেঞ্জ য়ায়া তানবা বিচারগী হৈগুষ্টী অমনি। ঐখোয় কারখানা মনুংদা কোয়চৎ চগ্নুনা পোর্সলেন কপপ্লেট টিসেট দিন্নর সেটনচিংবা শাবগী মরম—লৈখোমরগী অরোইবা কপপ্লেটনচিংবা ওইরকপা ফাওবা অহু লোয়না য়েংই। কারখানা অসিদা মী ময়াম—নুপা নুপী—মরুওইনা আগিবাসি নুপী ময়াম থবক শুরি। প্লাণ্টকী মেনেজরনা ঐখোয়বু চা পীথরককই।

মথংদা হুক্র ঈশিং চাইবী য়েংলুই। স্মুবর্ন রেখা তুরেন্দনি। ফুং ৫০ মুক্ত য়াংবদগী ঈশিং অহু চাইথরকই—ওক্লা কজবা দৃশ্যনি। মী য়ায়া তিনবা বনভজন 'তৌকম মকম' অমনি। মথল কয়াগী লৈশা পাখঙ মৌনহা হনুবী হনুবা মকমসিদা গাড়ীদা বসতা লাকৈ। ঈশিং চাইবীগী কজবা দৃশ্য য়েংন য়েংবা মানা মানা পুরকপা চয়োম থোক্তুনা চানৈ। মকমসিদা লৈবা মীথুংশংদা চগুহনা ঐখোয়সু চয়োম থোক্তুনা চারে। মপান্দগী লাকপা ইউরোপীয়ান লামকোয়বা অনিহু মকমসিদা থেংনখি। হুমিংসিবা হরাও তয়ায়া লোয়বতুংদা হোটেলদা হুরকলে—হায়গী কটিনদা অমুক হজিল্লে।

মঙাশুবা চয়োল হৌরকপদা, ইনস্টিট্যুসননা শীন্দুনা এক্সকরসন অহানবদা বেটালা ফোরেষ্ট ভিলেজ অমম্লুং গেম সেংচুরী (শায়োক-ফম উমং) য়েংগনি চংলি। চাওরবা মুঙাইরবা আশানি—জঙ্গলদা উমংদা মশাগী লৈফমদা অহিংবা শজি, জঙ্গলদা লৈবা লমযন—তাঙ্গা চারবদি কৈজাও, রোয়াল বেঙ্গল টাইগর, কবোকৈনচিংবা উবা য়াই থন্দুনা হরাওনা চংলম্মী। সিনহাগা ঐগা তানহুনা—মুংদাং অমদি ঐখোয় বেটালাদা বিয়ার সেসন তৌসি হায়হুনা গুরু বোটল মরিথক পুবম্মী। অদুবু মীনা শীনবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা—ঐখোয়না লাটিহার য়ৌরবা কান্দা পাও ফংলে—মতুদি বেটালা য়োগদবা লম্বী পুম্বগী থোং পুম্বা ঈশিংনা লোইনা চামথোকখ্রে—গাড়ীনা বেটালা য়ৌবা য়াবা লম্বী অমত্তা লৈত্রে। ঐখোয়গী শাগংলুরবা আশা কায়রে, বেটালাগী বিয়ার সেসন নীংথায়রে।

গতি লৈত্রহুনা—প্রোফেসার চান্দনা শানবা মহুৎশনবা প্রোগ্রাম—লাটীহার মনাক্তা লৈবা সরকারগী মতেঙনা বোণ্ডেদ লেবর ওইহন্দ্রবা নৌনা শেম্বী শাবীববা হরিজন খুঙ্গং অমথক য়েংলুই। খুনগী অবস্থা খমথেংনা লায়রবনি য়াম্না মুংশিনিঙায়নি। খুঙ্গা হরিজন অমা অনিগা রারী রাতায় শান্নে। মখোয় অসি থাঙ্গৈমক শেংবা বন্দেদা লেবরনি হায়বদি হায়নিংদে। মখোয়গা রারী রাতাই শাবদগী খঙবা ঙমই মতুদি মখোয় পুম্বা মশানা য়ানা হান্নগী জমীদার অচুগী থবক শুবা কাওবুনি—জমিদারনা নমহুনা শুহনবা নওে- অমদি থবক শুননবা শীনবা নত্তে। অস্লুম্না

হরিজনগী খুন্দু য়েংলবা তুন্দা মুমিদাংব্রাইরমদা ঐখোয় পুম্বা র‍াঁচিদা হল্লক্লম্মী। বেটালাগী মঙ মঙ গ্রেম্লখ্রে।

মথংগী মুমিত্তা এডমিষ্টেটীভ ইনসটিট্যুটনা লৌখৎলবা শেমজ শাজরবা পত্রাতু খুন য়েংবা চৎলুই। পত্রাটু হৌজিক য়েংসাং নাপী মনামশীং য়াম্না থোকহল্লবা খুন অমনি। মখোয়গী কৈথেলদি কলিকতানি। ফনা ফজনা শেল তানবা হৈরবা খুল অমনি।

মথংগী মুমিত্তা ভোলা মন্দরনা শীন্দুনা কাঙ্কে মেণ্টেল হসপিটাল য়েংলুই। মফম অদুদা লৈরম্বা ডাক্তর ঘোষনা শীন্দুনা মুপা অমত্তং মুপী মেণ্টেল কেশ কয়ামুক য়েংলকই। মফম অদুদা কুইনা লৈরবদি—অওইবমক অয়াম্বা মী মেণ্টেল কেশ ওইরক্কনি। ঐখোয়না চঙখিবমক্তদ, ১ন হরাওনা খুবাক খুত্তুনা লৈরম্মী—১ন কপ্লম্মী, খরনা ঐখোয়বু মেণ্টেল কেশনি হায়হুনা লঙনবম্মী—খর অমনা ঐখোয়বু তরাম তরাম তৌরম্মী অদুগা মখোয়বু মফম অদুদগী থুনা লৌথোকপীয়ু হায়রম্মী। মৈতৈ মচা মেণ্টেল কেশ অমা অনিস্থু থেংনৈ—মখোয়না ঐখোয়বু মুম্না য়েংহুনা লৈহৌই। ঐখোয় মেণ্টেল কেশ খর ইলেকট্রীক্কা লায়য়েংফমস্থু উরকই। পুম্নমক য়েংলুরগা উরুরগা থোরকপদা —ঐখোয়সি লৈরিবা কেশ ময়ামদুদগী তোপ তোপ্পনি হায়বা ফাওবা খাজরক্রে। মখোয়বু লাইয়েংলিবা ডাক্তর ঘোষ অদুমক মশামক মেণ্টেল কেশ অমরা খলক্তবা ঙমদে। মফম অসি—মথল্লাই শোনবা কনাগুম্বদি চৎলুদবনা—য়েংলুদবনা খ্বাইদগী হেন্না ফবনি। হায়নবা লৈ—ময়াম্বা মেণ্টেল কেশ অমা উনবা চৎলুবা মনাও অমা মথংগী ঙহিদা মাস্থু মেণ্টেল কেশ ওইনা কাঙ্কেদা লৈখি।

হায়না -হায়না নোংমা নোংমা হৌখিদুনা খঁাচিদা লৈগদবা চয়োল অমা ফারক্রে। শাংলবা চয়োল তরুক লোইশিল্লকলে। অয়োইবা চয়োল হৌগংলকপদা ঐখোয় জামসেদপুরদা এক্সকর্সন চংলম্মী। ভোলা মন্দরগী কারদা ঐ, লুইখাম, সিনহা, ভোলা অমসুং মচা মুপা তোংলে; ইন্সটিট্যুটকী ষ্টাপকারদা লালন, বসন্ত কুলপতি, সিবেশ্বর অমসুং প্রতিপ তোংলম্মী। সিকান্দরগা লোয়ননা মুংথিল পুং ২ তাবদগী চংপনা জামসেদপুরদা মুংদাংব্রাইরম পুং তরুক মথায় তাবদা থুংলে। প্রোফেসার চান্দনা হাল্লা হায়খ্রে হায়বা কলেষ্টর অদু থেংনদ্রে। ঐখোয় সার্কুইট হাওসতা লৈরে —অতোপ্পা কাওবুনা ব্রালর্ড বেঙ্ককী টুরিষ্ট হোমদা লৈখ্রে। সার্কুইট হাওসতা থুংলবা মতমদা বিহারগী মন্ত্রি অমা লাক্লমদুনা মতম খর ঐখোয় সেটল তৌরমদে—অদু উবদগী অতোপ্পা কাওবুদু ব্রার্লড বেঙ্ক টুরিষ্ট হোমদা চংখ্রবনি—সিনহা মশেন মুপাগীদা চংখ্রে। মন্দর, ঐ, লুইখাম ঐখোয় অহুমতা ভাইরে পল্লেপফম খওদ্রিবা—মতেক খরদি ঐখোয়শু লাওতক্লরম্মী। মমৈদা মন্ত্রি চংখ্রবদা ঐখোয় ভিঃ আইঃ পিঃ রুমদা লৈরে। মদু উবদা ব্রার্লড বেঙ্ক টুরিষ্ট হোমদা লৈখিবা মী ১ অনিদি কল্লক্তবা ঙমখিদে।

জামসেদপুর ইস্পাটকী সহরনি। জামসেদজি টাটানা শেম-গংলম্বনি। ফজনা প্লান তৌরবা হাইফেৎ লুহেনবা নানবা সহরনি। ঐখোয় মুংদাং অদু করি তৌনিঙাই লৈতদুনা জুবিলি পার্ক য়েংলুই। পার্ক অসি—ইস্পাটকী সহর অসিনা চহি য়াথৈ গুরকপগীদা শেমখিবনি। মহিশুরগী বৃন্দাবন লৈকোনগী মওংদা শেমখিবনি।

জামসেদজিগী চাওরবা মুঙৌগী মুর্ত্তিনা পার্ক অসিগী হৌরকফমদা লৈ। ঈশিংগী ঈচেল অমা ময়ায়দা থাক থাক চেম্থরী অম্থগী ময়াইদা ঈশিংনা পেরে কাপলি—থাক অমদগী থাক অমদা হৈথফম—খোঞ্জেল থোক্লা চেম্থরিবা জাগা অমদি ঈশিংগী পেরেশিংথুগী মনাক্তা—ঈনুংদগী থানগৎলকপা মখল মচুগী ইলেক্ট্রীক মৈরানা কুকেৎ কাকেৎ কাপ্তুনা জুবিলি পার্ক ফজরি—অয়েংবগী মিংয়েং চিংশিল্লি। ময়ায়দা লৈবা ঈচেলগী নাকল অনিদা লৈবা লম্বী চাং মাম্নবা কক্লবা নাপীনা কুপ্লা লমপাক—নীংথিনা ককলবা যম্বন লৈ—মরক মরক্তা ফজনা থারিবা লৈগীবুঙ্বনশিং—য়েংবদা পুক্নীং হুই। য়েংলরিবা পুম্বনা চৎপা ৱাংক্লগা ফম্নবা মুংগী ফিদা বেঞ্চ কয়া মরক মরক্তা লৈরি—মথুদা ফমথুনা ঈচেলগী দৃশ্য য়েংবা শাবী শানৌ কয়া- অমদি নীংথিনা চাং মাম্নবা কক্লবা নাপীগী লম্পাক্তা ফমথুনা অঙাংবা থাবলদা পার্কী দৃশ্য য়েংলিবা নাপচিক্লা ৱারী শারিবা শাবী শানৌ কয়াসু উদবা নত্তে। শম্মা হায়রবদা জুবিলিপার্ক য়েংবা য়াবা মফম অমনি।

মথংগী অয়ুক্তা প্রোফেসার চান্দ থুংলরে। টিস্কো (টাটা আইরন এণ্ড ষ্টীল কম্পানী) না শীন্দুনা ঐখোয় টিস্কো অমসুং টেলকো (টাটা লোকোমোটিভস) গ্রুপ অব ইণ্ডষ্ট্রীজ য়েংবা চৎলুই। মখোয়গী পব্লিক রিলেসন্স অফিসারনা মখোয়গী বস অমা পুরক্তুনা ঐখোয়বু লৌরৈ। অহানবদা অফিসতা লৈবা মোডেল ফেক্টরী য়েংলে। মথংদা থাঙ্গৈশেংবা ফেক্টরীদা ইস্পাট শুংবথুগী হৌবদগী লোইবা ফাওবগী থবক অথু য়েংলে। অথুগা

লোয়নন। টেলকোগী নীংথিনা শীল্লবা মীরৈক্কম পুম্না য়েংলুরগা হল্লক্কু্না নটনাজদা লঞ্চ লোরে। মুংথিল পুং অনি তাবদা অমুক ঐখোয় টিস্কোগী বসতা ডিম্না লেক য়েংবা চৎলুই। ডিম্না লেক্ক নাকল অহুমদা চীংনা কোয়শিনবা–নাকল অমদা ফুট ১০০ বোম রাংবা পন থীংলগা শেম্বা থুংশেমগী পাৎনি। পন অহুগী মথক থংবা শরুক্তা অহেনবা ঈশিং চেম্থিনবা পাম্বৈ লৈরি— অহেনবা ঈশিংনা ফুং চামদগী হেম্না রাংবা মফমদগী চেম্বরক্কু্না তুরেল মচা অমা ওইনা চেম্থি। পাৎকী শংবান্নরবা ঈশিং ঈপাক য়েংবদা পুক্নীং হুনা ফজে। ডিম্না লেকতা রেস্টোরা বোট ক্রুব-নচিংবা লৈরি। মফম অসি টুরিষ্টশিংগী লাক্লফম্নি। অওইবমকসু মতম থর শাংনা ফজবা দৃশ্যদু য়েংলগতা পাৎকী ফজবদু মপুং ফানা উবা ফংগনি। ঐখোয়না হৌজিক য়েংলিবা মওং উচেক্কা অমুক্তং কোয়না পাইরগা উবা মওং অসিনদি ফজবদু মপুং ফানা উবা ফংলোই।

ঐখোয় পুম্না থুনা হল্লক্কু্না পুং মরি মথায় তাবদা হান্ননা শীনথ্রবা মতুং ইন্না টিস্কোগী অফিসারশিংগা চা থকমিন্নরম্মী। মখোযগী মেনেজমেন্টকী মবমদা টিস্কোগী পাসনেল ডিপার্টমেন্টকী মেনেজিং ডিরেক্টর শ্রী.মোদি অমস্থুং অতৈ অফিসারগা লোয়নন। রারী রাতায় শারম্মী–রাহং পাওখুম তৌরম্মী। রাহং পাওখুম রারী রাতায়দগী থগলে–টিস্কোদা থবক তৌবাশিংগী থাইদগী পীকপা তলব থাদা লুপা ৬০০ নি অহুগা থাইদগী চাওবা তলবনা বেসিক্তা লুপা ৭,৫০০ নি। অতুনা সরকারগী চাকরীগা চাংদম্নরবদি

—মখোয়গী সিনা শরুক অনি হেন্না চাওই। মখোয়গী থবকগুবা খুদিংমক্তী মচা মগুশিংবু ফেক্টরীদা থবকপীবা অসিনা মখোয়গী ইমুং মনুংগী কান্ননবা তৌবা অমদি সমাজগী অতেক অকায় লৈতনবা মরম অমনি। টিস্কো হার্কর খুদিংমক মেডিকেল ফেসিলিটী—প্রোবিডেন্ট ফণ্ড ফেসিলিটী লোয়না ফংই।

মথংগী অয়ুক্তা ঐখোয় জামসেদপুরদগী রাঁচিদা হল্লকলে। কোর্স হৌরকপদা শাংগ্রে হায়না খল্লম্বা চয়োল তরুক অতু হৌখ্রে। আগস্টকী তাং ১২ দা ইভেলুয়েসন লোইরে। তাং ১৩ গী অয়ুক্তা বিহার গবর্ণরগী ভেলেডিক্টেরী ভাষন—মথংদা অরোয়বা লঞ্চ চারবা তুংদা ঐখোয় পৃথক কায়নরে। মাগী মাগী লম্বীদা মযুমদা হল্লখ্রে। লুইখামগা ঐগা ঐখোয়নিম্ন হান্না শীনখ্রবা প্রোগ্রামগী মতুং ইন্না গয়া চংলম্বী। ঙুমিং অতু ঐখোয় পুং ৬ মখায়দা গয়াগী ট্রেন্দা, চংকদবনি। ট্রেন অতুমক্তদা সিনহা, বসন্ত, শ্রীবাস্তব পাটনা চংকনি। রঞ্জিংনা অতোপ্পা ট্রেন্দা কলিকতা চংকনি।—কুলপতি অমসুং লালম্না ৰসতা অদুগা মন্দরনা মশাগী কারদা—মহৈ মহৈ হোষ্টেল, থাদোক্লরকলে। ইন্সটিটুটকী গাড়ীনা ঐখোয়বু ষ্টেসন তান্না থিনগনি হায়দুনা- টেক্সী নেকহৌত্রে; পুং মরি মথায় তাবদা ঐগ শোয়বা য়াদে হায়রবা কাওবুগী লুচিংবা সিনহানা বসন্ত, রঞ্জিৎ পুদুনা গাড়ীদু থৌখ্রে—থুনা অমুক থারক্কে হায়রম্লগা পুং মঙা মখায় তাবা ফাওবা গাড়ীদু হল্লক্লে ঐখোয় মিপাইরকলে—ট্রেন নঙহৌদবা য়াই। মতমদুদা শ্রীবাস্তবনা মাগী মী অমা থাদুনা রাজ ট্রান্সপোর্টকী গাড়ী অমা লৌহল্লদুনা

ঐথোয় অহুম—লুইথাম শ্রীবাস্তব—কুলপতি থিন্দোত্লুনা ষ্টেসন য়ৌরে।

পুং ৭ তারকপদা রেলগাড়ী অত্থ থারে। ঐথোয় অহিংহুমা গাড়ীদা তুমহুনা চৎলে। মথং মুমিংকী অয়ুক পুং মরি তাবদা গয়া য়ৌত্থনা কুমথরে। হাঙ্গা হায়খিবা মতুং ইন্না গয়াগী কলেক্টরনা থারকপা গাড়ীদা তোংহুনা ঐথোয় সারকুইট হাউস, য়ৌরে। ইরুমাইথজরগা ডাহাক পোথারবা তুংদা কলেক্টরনা থারকপা বি ডি ও শ্রীজফরগা লোয়ননা অয়ুক পুং ৭ মথায় তাবদা কলেক্টর শ্রীশর্ম্মা উনরে। মথংদা কলেক্টরগী গাড়ীদা অয়ুক অহুদা বুদ্ধগয়া য়েংবা চৎলম্মী। শ্রীজফরনা মুমিংসিমগী ঐথোয়গী গাইদনি।

অয়ুক পুং ৮-মথাই তাবগী অঙ্গংবা মুংশিংনা য়ৈবদা হকচাং অসি তেকথংলে। শারবা গয়া অত্থ অয়ুক্তদি য়াম্না মেওই। পাক্রবা হাংলবা লমহাং কয়া ফাওহুনা মাইল তরা শাংলবা লম্বী থোরবা তুংদা বুদ্ধগয়া যৌরে—মতম কুইনা তৌজরক্রবা অশা থুংজরে। বৌদ্ধশিংগী অশেংবা তির্থ বুদ্ধগায়া পুক্সীং হুনা ফজে। পৃথিবীগী মফম কয়াদগী বৌদ্ধ কয়া চহি থুদিং শান্তিগী তুংনফম ওইরবা মফমসিদা লাক্তুনা বুদ্ধদেববু থুরুমজরি নীংশিং-জরি। বৌদ্ধদেব কয়াগী স্তুপা কয়া মন্দির কয়া মফম অসিদা লৈ। মত্থগী মনুংদা জাপান থাইলেন্দ বর্ম্মা (কবো) অমসুং খাগী (চাইনা) গীনা অথোইবনি। অহানবদা জাপানগী লাইশং স্তুপ য়েংলে, অওইমক পুক্সীং হুনা ফজবা অনৌবা য়ুগকী থুংশা

হৈবগী খুদমনি মথংদা, য়েংলে—থাইলেণ্ড বর্ম্মা (কবো) অমস্মুং থাগীগী লাইশংশিং—মখোয় খুদিংমক তোপ তোপ্পা মওংগী খুৎহৈবগী শকওং শক্তম মিংফম হোংবা য়াদবনি। নোংচুপ লমগা য়ুমশা-কৈশাগী মওং ভিন্নত্রবা নোংপোক লমগী য়ুমওং থম্মোই হুনিঙাইনি।

অয়োইবদা য়েংলুরে চাওরবা লিন্নবা বুদ্ধদেবগী লাইশং। মন্দির অসি লৈনুংদা লৈরম্বদগী তৌথোক্লুনা অমুক শেমলবনি। মফম অসিদনি বুদ্ধদেবনা নির্ব্বান ফংখিবা। চাওরবা লাইশং অসিগী মনীংদা হৌন্নি ফাঙরবা বোধি খোংনাং। মিংশিনা শংশঙনা উরে খোংনাং খোঙসিদা পুকচেল্ল শেংলবী থম্মোয় মক্তুবী স্তুজা-তানা ঈশ্বর ওইরবা সিদ্ধার্থ গৌতম বুদ্ধদা যঙ্গোম্না থোংবা চাক কচ্চখিবদো।

মন্দিরগী মহন্তনা ঐখোয়গা লোয়ননা কোয়চং চত্তুনা খুদো-শ্বীনা থিন হিন্দুনা—বুদ্ধদেবগা মরি লৈনবা পুম্বা—মানা নির্ব্বান ফংলবাতুংদা চৎলম্বা, ফমজম্বা ধ্যান তৌরম্বা য়েংলম্বা মফম পুম্বদু ঐখোয়দা তাক্লম্মী। অম্তুম্না য়েংলে বুদ্ধদেবগী রাথল কয়া ফোং-দোকপা মুদ্রানা থল্লবা মুর্ত্তিশিং লাইশঙগী মফম মফম খুদিঙদা লৈরিবা। অসিদম্মু নত্তনা লিন্নবা কুইরবা পুখ্রি—লিনগী পুখ্রি হায়না খঙনবা—বুদ্ধদেব মশামক্না স্নান দান তর্পন তৌরম্বা অদুম্মু উরে। লেপনমক লাইফমগী অশেংবা মুংশিৎনা পুক্নীংগী ফত্তবা পুম্বা হুমদোকখিদুনা রাথল পুক্নীং—অশেং অশেংলে। ঈশ্বর ওইরবা বুদ্ধদেবগী আথরাদা চঙজরুবদগী শেংলবা পুক্নীং

হুকচাংগা লোয়ননা মিং পোম্না শোংজবা মফমদু য়েংজরগা—থীন্দনা হল্লকলে জফরগা লোয়ননা গয়াদা। সারকুইট হাওসতা ব্রেকফাষ্ট লৌরবা তুং পুং ১১ তাবদা রাজগীর তম্না অমুক্ত খোঙ শাম্রে।

পুং ১১ তারব্রবদি গয়া ওমচাক্লরকলে। শারবা মুংশাফ্রক্তা কিলোমিটর ৮০ হেনবা লম তান্না চৎকদবনি। সারকুইট হাউস্তগী মিনিট ১৫ য়োম থোরবা তুংদা গয়াদা চেল্লিবা ফলগু গঙ্গা লাল্লকলে অঙাং ওইরিবৈদা তির্থ চংলুবা মৈতৈ অহল লমম্না ৱারী শানবদা তাথি গয়াদদি, গঙ্গা তুরেল লৈরুংদা চেল্লি—তর্পন তৌরমদাইদা লৈঙোয় অদু কোথোক্লগা ঈশিং থোরকই—মতুদা স্নান তর্পন্নচিংবা পুম্বা তৌনৈ। —ঐনা থলম্মী —ফলগু গঙ্গা লৈঙোইতনা থনবা ঈশিংদি চেন্দবা তুরেল ওইরমগনি"—অহুবু মতাঙ অসিদদি ঐহাক নীংবা কায়রে—ফলগু গঙ্গা—ফজনা ঈচেল নাইনা চেল্লিবা ঈশিংনা থল্লবা ফজরবা তুরেল ওইরমলে। ওইরম্বা য়াই নিংথমথাদা ঈকং থাদা—ঈশিংগী ঈচেল লেপখ্রবদা—লৈঙোয় কোংতোক্লগা লৈতুংদগী ঈশিং ফংলম্বা য়াই। অমুক য়েংথিবা তারি ডিসেম্বর জানুৱারীদা গয়াদা অমুক লাক্লগা।

হুমিং য়ুংবা মতুং পুং অমা তাবদা রাজগীর লমথায় য়ৌরে। ঐখোয় ডাইহাক্তুং কুমথতুনা চা কোকা-কোলা থকলে। মফমসি বস থাফমনি—লমলোং অহুম ফাংবনি। থায়ক্তৈ মরিদা অশংবা ফৌনানা কুপ্লবা লৌবুক—মরক মরক্তা পীকতক পীকতক্তা শাবা ঈনা কুপ্লা লৈরঙগী য়ুম—হৈনৌবন মচা মচা তান্না তান্না তাবা

উই। অয়াম্বা থুজাংদা লৌ উবগী থবক লেপ্তনা তুরী। মহৌশীগী কিলাখোংবা লৈরে। চীরুবা খুজংগী পুক্সিদা মাগী মাগী মথো তৌদুনা লেপ্লি থুজাশিংনা।

ভাইহাক পোথারবা তুংদা ঐখোয় রাজগীর মায়কৈ পাংলক্লে। পুং অমা মথায় রোমগী লম্বী থোরক্লবদা নুংশা শারম্বদু ঊংথরক্লে—থর রাংলক্লমাক্লে লেচিল থর থর থাবা থেংনরে। রাজগীর চত্তলক্পগী অহানবা—চীং লানশিল্লকপা মত্তমদদি চাননা লোং কল্লা তাথরকলে।

চীংদোন তরেংনা কোয়শিনবা লম—মহৌশাগী ফিভমনা মশানা লানবন ওইরবা ময়াদ্দা অপাকপা তম্পাক—হৌজিক উনা পীক থম্লা হৌরিবঃ—মতম অমদনা মখোল কয়া কয়াগী ফুরা দলান—ফজবা পাক্লবা লম্বীমা থল্লম্বা, হৌজিক কোজেং হারৌ বনগী শানা থল্লিবা,- মতম অমদনা চাওর চাওরবা অচৌ অশাং কয়ামা মাগী মাগী শাদোং শগোল শামু রথ-দলাই তোংফুনা মখোয়গী মনাই মশংলনা খুরক হাত্তদনা থোগল তোনা কোয়চং চৎলম্বা, লক্লোনবা মী কয়ামা লাওখোত্তনা নীমা লক্লোন ইত্তিক তৌরম্বা, থুহ্না হৈবনা থম্লা। কৈরম্বা রাজগীর—মহাভারতকী মত্তমদগী হৌনা চহি লীশিং কয়া মগধ সাম্রাজ্যগী কোন্নুং নিংথৌ শাগৈ কয়ানা পাল্লম্লবা মফম, নিংথৌ কয়াগী শঙ্গায় ওইরম্বা রাজগীর ( রাজগৃহ ) বুদ্ধদেবগী পুক্সিগী শরুক থরম্বু মফম অসিদা লেনথিরনা ইতিহাসিক ওইবত্তা নত্তনা বৌদ্ধশিংগী মরু ওইবা তির্থ মফম অমনি। মফম অসি হৌজিক্তি বিহার ষ্টেট টুরিষ্ট

ডিপার্টমেন্টনা টুরিষ্ট সেন্টর অমা ওইনা শেমগৎলে—চাওখৎহল্লে। লমকোয়বা—লময়েংবা ভির্থ চংশশিং থুনননবা ফরবা মীথুংশঙ্ক কয়া শাত্নুনা মরু ওইবা মফমশিং তাক্লনবা, লমজিংবা কয়া হাপ্পনা ভারতকী তমন্নুং মপান্দগী মীয়েংবাক্তগী লাকপা লময়েংবা কয়াগী থুদোং চাননবা শীল্লে।

মীথুংশঙ্গী কাত্নু—মতমগা চানরবা—ফক্কু কাংথোন সোফা রারজোর—লৈ—থংনবা কান্দা বাথরুম ল—। এখোয়না কোয়ক্লবা চুমিং অক্লুদা অমিংগ্লবা কা অমদা অষ্ট্রেলিয়াদগী লমকোয়বা লাকপা নহা মচে মনাও অনিথক হুণ্ডাইনা—মখোয় অনিতা চাথক্কুনা—রানী রাস্তায় শাহুনা রাজধানীগী দৃশ্য য়েংহনা লৈরম্বা থেংনরুই—মহু উরুবদা থম্মোয়দা কনাক্তবা ভমক্কে—থন্দবা ভমক্কে ঐগীস্ত য়াওরম্নবদিকো।

উমং লক্তা লম্বী কাওনা চংলিবা কনা ওম্বা লমজীংবা য়া ওজেরদি লমমাঙননিঙাইনি। উমংনা থম্নবা রাজনীর খান্নবগী অতেক অক্লায়রু থম্না লৈ। খরনা হিন্দু ধর্মগা,. খরনা বৌদ্ধ ধর্মগা মরি লৈনবনি। জক্করন শীন্দুনা লমজীংবা অমগা লোয়নননা লময়েংবা হৌরে—খোংনা তাখিবনা মতমগা তেনবগা হেক মীংথুংনা য়েংবদি ভমখিল্লে। অহানবদা স্বর্ণভাণ্ডার য়েংলে। ভাণ্ডার অমি চীংজুং—নুঙজাও হুত্নুনা শেংবনি। ভাণ্ডার অতুগী খোঙজিন্দা লাইরিক থম ইমি—মহু হৌজিক ফাওবা পাহুনা করি হায়রিবনো হায়বা খঙবা ভমখি। ভাণ্ডার অমিগী ছংগী খোঙ অমা লৈ মহু হৌজিক কাওবা কনানম্বু হায়বা ভমখি। হায়নবা লৈ বৃটিশনা ভারত জয় তৌরবা ছুংদা কনাঙবা বৃটিশ অফিসার

অমনা তোপকী গুলীনা কাপথায়দুনা মতু হাংদোক্লবা হোৎনখি— অতুবু ওমদতুনা তোকখি। হৌজিকস্থু তোপকী গুলিনা পানখিবগী খুদম ফুংগী থোঙ অতুদা উবা ফংলি। থোঙমক্তা ইরিবা রাহৈ-শিংতু থোঙতু হাংনবা উপায়নি—থাজনরি—মগধ নিংথৌরেন বিম্বিসার অমস্তুং অজাতশত্রুনা পৈশিল্লম্বা লনথুম সনা মনি মুক্তা পুম্বা ভাণ্ডার অসিগী মনুংদা লৈ।

মথংদা ঐথোয় মনিকুট য়েংলে। মফম অসিদনি-থাইনা মমাংঙৈদা দ্বাপুর যুগতা মহাভারতকী মতমদা শ্রীকৃষ্ণ ভীম অমস্তুং আর্জ্জুনা রাজগীরদা চঙলকপদা থেংনখিবা জরাসন্ধ মহারাজনা কোনুং ভাক্লবা থনম্বা চাওরবা লীন অতুগী লৈকমনি। মথংগীদা ঐথোয় রনভূমীদা চংলে—মফম অসিদনি ভীমগা জরাসন্ধগা মুমিং ১৫ চুপনা মল্লযুদ্ধ তৌখিবা অমস্তুং জরাসন্ধবু হাৎখিবা। মুমিংনা থেঙজিল্লকপনে—নোংনা ফুদিং ফুনা তাবনে—রাজগীরগী মনুংদা লৈরিবা অনকপা অথাপ্পদা লৈরিবা মরু ওইবা তীর্থ মফম শ্রীকৃষ্ণ ভীম আর্জ্জুন্না তোংলকপা দলাই চাকাগী খোঙ্গুল তারিবা, বিম্বী-সারবু বন্দি থমখিবা মফম, বুদ্ধদেবনা লৈরম্বা জাগা, বিম্বীসার অমস্তুং অজাতশত্রুকী লানবন—অশাবা ঈফুৎ অমত্তা য়েংবা চৎপা ওমলমদে—মরু ওইনা ঐথোয় মুমিং অসিমক্তদা কলিকতা তাল্লা মুংদাংগী পুং ৮-গী ট্রেন্দা চৎকদবনি-ইম্ফলদা তাং ১৬ তা শোয়-দনা থুংদবা য়াদবনি। পুং ৫ তাশিল্লক্লবদা পম্বনবা মতম লৈরক্রে —অতুনা য়েংনিঙবা কয়া ছন্দোক্লমতুনা হল্লকপা তাখি। মথং মুমিং অমদা অমুক লাকুনা য়েংলবা তাই।

গয়া তাল্না হুন্নকপদা লম্বীদা রম্নগীরী চীংখক্তা লৈবা জাপানীশিংনা শাবা বিশ্বশান্তি স্তূপ য়েংলকখি। যিজলী শক্তিনা চিংখৎপা রোপরে ( থৌরিনা কাবা লম্বীদা ) দা ঐখোয় চীংদোন তম্না চৌক্‌ফিদা তোংহুনা কাথৎলগা বিশ্বশান্তি স্তূপ অমসুং জাপানগী লাইশঙ য়ৌখি। মসিদা ক্ষোটলেশুদগী লমকোয়বা লাকপা লৈশা প্যাখঙ খর খেংনৈ। লৈশাবীশিং অহুগা বারী অমা অমি শাই। — মহু উবদা লুইখায়া মুন্না য়েংলগা ক্ষোটলশুগী লৈশাবীহু মশক ফজে হায়না কমেন্ট তৌখি।

রম্নগীরী চীংৎক্তী বুদ্ধদেবনা লাইনিংফম বুদ্ধদেব শাহুনা থোরকপা লাই অহুগী লৈফম —য়েংলে।—রম্নগীরী —বুদ্ধদেবগী পুলিগী শরুক খরগা মরি লৈনরবা মফমনি—। জাপানগী লাইনীংশঙদা চঙহুনা বুদ্ধদেবগী থৌরম কয়া বারী স্বাতায় শারবা তুংদা অমুক হন্না থৌরিগী লম্বীদা চৌকী তোংহুনা কুমথরকলগা গাড়ীদা গয়া মায়কৈ পাংলকলে। —রম্নগীরী—রাজগীরগী চীংদোন তরেৎকী মসুংদা অমনি—মফম অসি অমসুং রাজগীরগী য়েংবদা মিৎয়েং হোংঙমত্রবা শক্তম য়েঙ্গে হায়রমদি নিংথমথাদা নোংচীং তাদবা মতমদা কনাগুম্বী নহাক্তী লোয়নবী অমগা পুন্না মুমিং খর মফমসিদা লৈহুনা য়েংগদবনি। আশা তৌজরি—ঐস্থু নোংমদি— নিংথমথা অমদা রাজগীর অসি য়েংখিগনি ঐখোয় অনি।

কারোং

১৯৭৭ ইং

# লাই ওক্লবা

"তুঃ আদগীসি উত্রা ? য়াংথ্রং য়াংই খোংনাং অসিগা মাগা য়াংবা চপ মান্নে। মতু জোম জোম ময়া খিজো খিজো। ঐবু মানা মথুং হত্তুনা কৌরি। ইসঃ ঐ কিবনা লোয়রে; ঐ কিরে ঐ কিরে—ঐ কিরে ইসঃ"

মশা থক থক নীকই, মমিং উইশিল্লি, মতু চুংই হুমাং অনপ্পা কায়—ফিনা মমায় কুপশিল্লি। ডাক্তর কয়া য়েংলে, হিদাক কয়া কাপলে—থারে ফবা ওমদ্রে, করি অমুক হায়গনি তুমহল্লবা মোরফিন ইঞ্জেকসন তৌরবদস্তু ফবা লৈত্রে। খঙহৌদনা মমিং খংপাং পাঙথোকই, মমিং কুপ্পুনা মুন্না য়েংহুনা লৈ থোঙলোমদা।

"সিই ঃ লাকএ লাকএ, চুংশিদা ! মাইবনে হায়ত্রা করিনো অসে। য়ৌরকলে য়ৌরকলে থোঙ্গাল য়ৌরকলে। সিই, মন্ত্র কাস্নু শোন শারিয়ে—তাইরেন মনাকাস্নু পায়রদনা—লাংথেব্রকাস্নু য়াও-সারিয়ে ফুরিং খাওদা। য়েঃ লাকএ লাকএ লাকএ থোঙ য়ৌর-কলে। খঙনি—মা লাকথিসম্নু—হায় মমায় থৗনীংত্রবদি হনখ্রো হায়য়ু—মমায় থৗনীংত্রবদি হনখ্রো হায়য়ু"। অমুক তুমিন লৈখ্রে—

"তুঃ আদগীসি মতু জোম জোম য়াংথ্রং য়াং মন্না খিজো খিজো, ঐ কিরে ঐ কিরে" হায়হুনা শুপলিবা ফিনা মমায় কুপশিনখ্রে।

তোম্বা মাইবা চঙলকলে, থোঙ লানশিল্লকলে। মমিং চংপা মাইবনি—অঙাও অফে য়েংবা—মন্ত্র যন্ত্র য়াম্না খঙবনি। অমনা কৌবদা পাক চংপিবা মাইবা নত্তে মীনা কিনবা মাইবনি।

"লেঙশিনবীরকউ লেঙশিনবীরকউ"! ক্বিদা সোমদা ক্বিদা সোমদা"
মাইবফমদা ক্বিদা থারম্মী।
"ফরেদা ফরেদা।"
"হিদাক হিদাক, হিদাক ভাস্থক অমত্তা হায়কউ হায় চাওবী।"
"ওথা মাইবশী হিদাক কদায়?"
"তৌবিরুদ্রুদা"
"খুদোংসি কানবীয়ু! লারৈসিদা লৈরে।"
"ফনি ফনি।"
লারৈদা হিদাক ভাস্থক্তু পাল্লদুনা হিদাক্তু থক্তুনা মচিন্দগী মৈথু ব্রা ব্রা কামথোকলম্মী।
"ইবুঙো নচাগীসিবু।"
"ইতৈমা, করিমত্তা রাবীরুব্রু ঐ লাকয়েদনা।"
হিদাক মৈথু ব্রা ব্রা কামথোকলি—অনাবদুদা মুল্লা য়েংলি তোম্বা মাইবা।
"তাদা করম করম তৌবগে? করম হায়না নাবা হৌরকপগে?"
"ইবুঙো! ইয়াম্বনদি অহলগা ওইরকপনে—অবনগা তোয়বনে থবক শুবা ভমজেদো। নতৈমনা শিকলি শিকলি নোমজবনদি ঈমুংসি পুরা ভমজেদো। নোংমা নোংমগী অরাপা লৈতবা হেনগংলকলে চানিভাই থকলিংভায় লৈসিল্লক্রে। অদুদা নচাসিনা লৈক্ত লাইর থর কোক্রবা হায়দুনা আঃ তমেংলোং লম্বীদা চীং ককপা য়াওরুই। শেল থর থর ফংজদুনা—ইমুংসি চয়াতদি হেলক্রবনি—অদুবু থা অনিরোম শুরকপদা মশা ভমজে হায়দুনা

ঠিকাদার অহুপী গারীদা থিনবীরকই। থুংলবা মুমিত্তা মশা মৈমুক শাই—লাইহো কল্পা হৌই, রা মচেং অমত্তা তাওসে, চাও থকউ হায়বম্ম্ য়াদে। লৈত লৈত ডাক্তর কৌরুহ্না য়েং- হুল্লে— ডাক্তরশী হিদাক কয়া পীজরে—কয়া থকলে কবা কৌবা লৈত্রে— হেল্লা হেল্লা নাশিল্লকলে চোইরোন পারোন লোনবা হেল্লকলে—

মতমসিদা অনাবনা খংলাও লাওরকই—

"তু আদশীসি উত্রা? রাংথ্রুং রাংই—মতু জোমজোম, ময়া থিজো থিজো—ঐবু মানা মথুং হৎতুনা কৌরে। ঐ কিরে, ঐ কিরে ঐ কিরে ইমা, থোত্ত অমুক্তা লোনশিল্লো—ঐবু ফাগদৌরে চঙ- শিল্লকলে ঐবু ফাগদৌরে—"

হুমাং অনপ্পা কায়—মমিং তগং তগং পাওই; সুক্রংদা য়েংই।

"অসিনি ইবুঙো—চোইরোল পারোল লোল্লিবা। ওসিগা খানা হুমিং ১০ নি গুরকলে মশ্নাদা ঈশিং ঈরিক অমত্তা তাদবা ডাক্তরগী তিদাক কাম্না পীথকপা পুম্বা লোয়না হুংদা ঈশিং চাইবগুমগ্রে।"

"ইবুঙো ইত্তৈমাগী মচা সিমত্তমিদো; মচাসি করিঙম্বা কত্ত হুংদা থোক্লবদি ইত্তৈমাদি লোয়রেদো।

"ইত্তৈমা করিমত্তা রাক্লু। ঐনা খঙজিঙৈদা খঙজিঙৈনি— সেসে করিমত্তা চিংনবীগনু।"

"তাদা তমেংলোং লম্বীগী—কদায় রাইদনো?"

"ইবুঙো ! আঃ ভয়ালোক য়ৌত্রিউ—মাইল ৬২ .সানগ্রাম তুইপয়াং থারোন অহুরাইদনি হায়"

"ইভৈমা ! পাওখোক্লা মকা ভরেৎ খঙুং মনাগা য়াওনা শ্বর হোন্দনা হেক্পীরকউ; অহুগা লং অহিংবা থিঙগা পীয়ু। তোম্বা মাহবা হৈরুক ভাঙ্গা পানা তাঙ্গা হাৎলে, খোইরু থাউমৈ শেল্লে। অহুগী তুংদা তোম্বা মাইবা লাইনিংথৌ সনামহী কাচিন্দা চংখ্রে। লাইনিংথৌগী লাইমাংদা কজনা রাই তৈথোকলে - মথংদা তৈরুক তাঙ্গ পানা তাঙ্গ থমলে, ধুপ থারে—খোইরু থাউমৈ য়েক্তা থারে—লাংথৈ মতোন তরেৎতু লাতোন মচা অমদা হাপল্লগা লাইনিংথৌ। খুরুম্বা হৌরকই—

"হে লাইনিংথৌ সনা মহী, মহীরেন শম্বোংপানবা। অহুঙৈ গুরু শিদবনা মালেমদা লেবা মতম শুরক্লহুনা থুপথ্রগে নীংলকলে। গুরুনা ইবুঙো নঙগা ননাও ইবুঙো কোঞ্জীন তুথোকপা পাথওবগা নখোয় অনিবু কৌশিল্লে অহুগা গুরুনা য়াথং পীখি—"পারী ইবুঙো অনিমক ইপাদি থুপথ্রগে অহুনা মালেমসে নখোয়দা শিল্লরম্নগে। নখোয় নচিন ননাও অনিমী মরক্তা মালেমসে তরেৎলক হুন্না কোয়রুরগা হল্লক্নুনা ঐঙোন্দা হান্না খুরুমলবা মুপাহুদা মালেমসিগী নিংথৌ খুতম শিল্লরম্নগে।

অমুম্না গুরুসিদবনা মা য়াথং পীরক্লবদা মপাক্জন কল্লবা মথৌনা রাক্রবা লনাইল—লাইনিংথৌ - নিঙায়বা তৌদনা মালেম কোয়বা চংখ্রে। মপাক্জন শোনবা মনাও ইবুঙো কোঞ্জিন তুথোকপা পাথওবদি—মালেমসে কোয়বা ওন্নরোই—ময়াম্বুংনা নিংথৌ খুতম

ফংখ্রনি—মাদি ফংব। ওমলবোই খন্দুনা ময়ুংশুক মুংজননা মথরাই ইন্নুং মুণ্ডাইতনা লৈরম্মী। মাগী মতৌ উবদা মুংশিরহুনা মমা লৈমরেন শিদবীনা হংখি :—
"পারী অতোম্বা! নঙবু মথরাই অছুক মুণ্ডাইতনা উরিবহু করি-গীনো?" অহুদা পাখঙবনা খুমখি—"ইমা পলেম অপোকপী, য়াম্বুংদি শাম্বা পাঙ্গল কনবনিনা মালেম কোয়বা চৎখগে থীন্দনা হল্লক্লগনি—শিদবগী যাথং মতুং ইমা য়াম্বুংনা মালেমগী নিংথৌ খুত্তম ফংখ্রনি, পাঙ্গল শোনবা নচাদি কাঞ্ছথাঙ ওইনা পুন্সিসিমা লেনবা তারেদো ইমা।"

পারী অতোম্বগী মতৌত্বুদা মুংশিরহুনা ইমা লৈমরেন শিদবীনা মচা মুপা অতোনববু মনাক্তা কৌশিল্লগা নাপচাক্কা হায়রকই :— "ইমাগী পারী অতোম্বা—অহুগীদমক করিগী অছুক মুংনাংবগে? ইমা রা হায়গে তাও। মালেম হায়বদি শিদবগী ফানখোং হায়বনি। ফানখোং অসি তরেৎলক কোয়বগা মালেম পৃথিবীবু তরেৎলক কোয়বগা অম্মানি। অহুনা শিদবগী ফানখোংসি তরেৎ-লক কোয়রগা শিদবগী মফমদা খুরুমজো—অহুগা হায়জো— "ননাই ঐহাক মালেম কোয়বা লোইজরে।"

মমা ইবেম্মা লৈমরেন শিদবীনা তাকপীবা মতুং ইমা পাখঙবা কোঞ্জিন তুখোকপনা গুরুশিদবগী ফানখোঙ অহু তরেৎলক হন্না কোয়বা লোইরগা গুরু শিদবদা খুরুমহুনা হায়জরমই—"ননাই ঐহাক মালেম তরেৎলক হন্না কোয়জরক্লে।"

শিদবনা য়েংলকপদ্দা মচা মুপা পারী অতোম্ববু উরবহুদা হায়রকই: —

"পারী অতোম্বা—নগুদি নপাবু মশক খঙখনি অহুনা নমীং পাখঙবা খোল্লবনি। সে নিংথৌ খুভমসি লৌজহৌরো। মালেমসে ফজনা মীচং মীথায় নাইদনা চুম্না ঙাকউকো।"

অসি হায়রম্লগা নিংথৌ খুভম শিল্লরম্লগা গুরু থুপখ্রে। পাখঙবনা তাঙবলথক্তা ফমহুনা মালেমগী মপু ওইনা লৈখ্রে। তাঞ্জা অসিমক্তদা মালেম কোয়বা লোইরহুনা হল্লকপা লাইনিংথৌ সনাহলনা গুরুশিদবা খুরুমলগে হায়না ফানখোঙ তান্না চঙশিল্ল-কলম্মী পাখঙবনা—ময়াম্বুংনা মঙোন্দা খঙদহুনা খুরুমখিবা তারে খন্দুনা তাঙবলথক্তগী কুমথরক্তুনা ময়াম্বুংদা খুরুমলগা মহাক্কী হায়বা তাকলম্মী। মহু উরবদা—মহাকপু মালেম কোয়রুচো থাদোক্লগ। মনাওগুম্পা অতোম্বা পাখঙবা মালেমসু কোয়দবা অহুদা নিথৌ খুভম পীরম্বহু উবদা—মমিং ঈ কানা শাওরে সনাহল। শাওরবা সানাহল নুংপাকথক্তা লেপ্তুনা রাশকপগা লোয়ননা লাওরকই: —

"লৌনম তৌহুনা গুরু শিদবদগী মালেমগী মিংথৌ খুভম লৌনবা হোংনরম্বা—মুপা ওইরে শয়েং পাম্বোম ঙানসি—চায়নং পুংদা চায়নসি; মুপী ওইরমলে তালোয় শীংদা চনগে শরিসো।"

সনাহল কৈগী মতৌগুম্না মনাও অতোম্বা পাখঙববু হাংলগে চোংশিল্লরুম্মী—শানৌতোন পাখংবা কিবনা থক থক নীরুম্মী। মতম অহুদা লৈমরেল শিদবীনা "মাঙলে অশোনবা মনাও হাংখিবা

তারে" হায়দুনা লাইরেম্বী তরেংখক থাজিল্লতুনা পাখঙববু কোয়-শিন্দুনা সনা মহি সনাহলদা হায়রকই "লাইগী য়েননি হাংফদে" লাইরেম্বীশিংনা পাখঙববু কোইশিন্দুনা থমথ্রবদা অশাওবগী থাক থাক হেনগংলকলে—মালেম অসিমক্তবু মাঙহল্লগে থুগাইরগে অমুক থমলরোই খন্দুনা সনাহলনা মখোঙনা খা অরাং নেংথরকপদা মালেম ফেংং ফেংং হাইরকলে। মথা রোমদা চেপলকলে অতু উবদা "মাঙলে—মালেমসে লোইনা থুগাইখিবা তারে" হায়দুনা থুগ্লুনা লৈখ্রবা গুরুসিদবনা চোংথোরকলে, মচাম্মুপা সনাহলদা হায়রকই—

"পারী ইবুঙো সনাহল—করি মতৌনো তৌরিবসিদি?" গুরু শিদবগী চেংলৌ উবদা ওইননা শাওরবা সনাহলনা হায়রকই- -"গুরুদি মীনম্মী। নচা পারী অতোম্বদা নিংথৌ খুভম পীংনি-লগা শেংনা ঐঙোন্দা সনায়াথং তাকপীরগা লোয়রে। করিম্থু হায়জরোইদবা ঐহাকনি। ঐবুদি মালেম কোয়র-চো তাম্বোকপী-রগা শিদবনা মুংশিজবা নচাম্মুপা অতোম্বদা লোম্লা মালেমগী নিংথৌ খুভম পীরম্বদি গুরুদি মীনম্বা নত্রা? নচাবু অমুক থাম্বীরম্থু মালেম পৃথিবীসি থম্লরোই" অসি হায়দুনা য়েৎথংব। থোঙনা কিংং কিংং নেংলকপদা মালেম খা পাংনা চেপ্লকলে।

গুরুশিদবনা মচাইবুঙো সনাহলবু থেমলদুনা—মমা ইবেম্মা লৈমরেল শিদবীনা তাক্তুনা পাখঙবনা গুরুগী ফানথোং কোয়বা, মঙোন্দা হায়া মালেম কোয়বা লোইরে হায়না কোজিন তুথোক-পনা থুরুমলবা অদুনা মরম ওইদুনা পাখঙবদা নিংথৌ খুভম

পীরম্বা অতু পুম্বা, ভম্নগা শিদবনা য়াথং পীরকই :—
"পারী সনাহুলৈ মরম অসি লৈবননি ননাওনা মালেমগী নিংথৌ খুভম ফংখিবসি। ঐনা মীনম্বা নত্তে। ঐনা পীথোকখ্রবনিনা ননাওনা মালেমগী মপু ওইখ্রসম্নু— শাউরম্নু, পুকফবা, ভারো নঙগী দমভুস্নু ইপানা থাকলি—ঙসিদগী হৌরদুনা নহাক্না মালেমদা লৈরিবা ভাইবংমী পুম্বগী য়ুম খুদিংগী নিংথৌ ওইরগদবনি। য়ুম য়ুম অতুদা লৈরিবা ভাইবংমী পুম্বগী অফ-মুঙাই অরা-অনা নংখুত্তা শিন্নরবনি। নঙবু মীরায়ব্রবা, নোংমগী নঙবু কাওদনা গুরুমজরবা ইমুং অতুগী মুঙাই য়াইফবা ওইসম্নু— মতু নঙনা শীনবীগদবনি। নঙগী য়াথং নত্তনা ইমুং অতুগী কনাগুম্বা অমত্তা অশি অনা থোকলোইদবনি। নঙগী অচারমদি য়ুম অতুগী ইংখোলদা অহানবা পানবা, অহানবা শাংপা, হৈ লৈ মনা মশিং নঙোন্দা হান্না লোইপোং কাসম্নু। নঙোন্দা হান্না লোইপোং কারগা লেমহৌবা অতুনা ননাও পাখঙবগী লোইপোং ওইসম্নু।

শিদবগী য়াথং ভারবদা ইবুঙো নহাক্না:—
"ফরে, গুরুনা ভাকপীবতু য়াজরে" হায়না হঙ্গংলবদা গুরু অমুক থুপখ্রে। অতুম্না লাইনীংথৌ ইবুঙো নহাক্না গুরুগী মমাঙদা য়ানখিবগী মতুং ইন্না মুমিং অতুদগী হৌনা য়ুম খুদিংমক্কী নিংথৌ ওইবিখ্রবনি। য়ুম য়ুম অতুগী অফ-মুঙাই অরা অনা লাইনীংথৌ ইবুঙো নঙগী নথুত্তা লৈরবনি।

অতুনা ননাই চাওবা অসিনা ইবুঙো নহাকী ফীজি কীনা নেংলুরবসু ভাকপীয়ু। তিনমু লাইমু নমু ভাইবং কত্তবনা

ননাই অসিবু অরাবা অনাবা পীরিবসিদগী কোকপীয়ু তীনকোক-পীয়ু লাইকোকপীয়ু”

অসি হায়না তোম্বা মাইবা লাইনিংথৌবু পুক্নীং অনি লোণ্ডদনা থুরুমজারে—অদুগী তুংদা থোরক্তুনা অনাবগী মনাক্তা ফম্মাংদা অমুক রাই ভৈথোক্লে— হৈরুক তাঙ্গা পানা তাঙ্গা ধুপ থাওমৈ থান্দুনা পুজা অমুক তৌরে। লাইনীং লাইশোল কয়ামরম শোল্লবা, ধীরবা তুংদা- লাংথৈ মপোপ তরেৎতুনে পাঙথোক্লা মথোক তরেৎতুনে তাইরেন মশা অদুগা চেৎনা লং অহিংবদুনা কিরগা মহুদা “ওঁ কালি কালি ভদ্রকালি স্বাহা” হায়বা মন্ত্রসে তরেৎলক হন্না শোল্লমী। তোম্বা মাইবা লাংথৈ পাংথোক্লা তাইরেন মপুন্দু খুৎ য়েৎনা পায়দুনা—

“সেসে চাওবা নমায়দু অদুক হাইদোকউ।

“ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা অনাবদু মমিং ভাংশঙ ভাঙলকই। মাইবদা চাগদবগুম য়েংলকই, অদুদগী মমিং খংউই উইশিনখি—অদুগা মথোল লুন্না লাওরকই—

“মাইবা! হন্দোকউ হৈ—নত্রবদি।”

“ইবুঙো! শাওগনু শাওগনু ঐগা রা ভাঙনখিশি ”

“করি রা ভাঙনবা—চণ্ডশিল্লকনু হন্দোকউহৈ—নত্রবদি”

“ভাইখোনে—শাওখিদুনে, রা ভাঙনখিসি হায়বনি”

“তোম্বা! নশক খণ্ডই—চণ্ডশিল্লকনুকো?”

“নঙসি ওঙ্খোক্লা শাওগনখ্রেদা! ভাইখো শাওখিদুনে রা অমত্তা ভাঙনখিসিনে ”

"মাইবা, রা চগৎ চগাং ভাওগন্থু থাডপাক চাগনি"

"হাই, অম হেল্লিনা।" অনাবগী রাভাং শকুম উবদা তোম্বা মাইবা খুকউ শেল্লি। মতাও অদিয়াইদমি ফায়েংগী অমুয়াইবা মাইবা খুদোং থিবা নংথিবত্থু—অনাবগী চোইরোম্নী মন্ত্র শোল্লগে চওসিল্লুবদা নারোন্দা অনাবগী খোঙপাক্কা মাইবগী মমায়দা থঙ—মাইবা লোংবা তাখি, লায়কথি—ময়ুমদা পোত্থুনা থিনখি—হুমিং অহুদগী ওদিফাওবা মাত্থুনা লৈখি। অনাবগী সেবা তৌরিবা পুম্বা কপি তৌরকদগে লাওতকুনা য়েংনল্লি।

"কৈ কৈ, য়ান্দ্রেদনা"

তোম্বা মাইবা খুদোম্বীদা মন্ত্র শোল্লি—ফং ফং কোয়না হাই—অত্থুগী তুংদা মানা পূরকপা পতুম মরিথক্তু লৈবাক্তা মুংশিল্লি অত্থুগা মন্ত্র শোল্ল শোল্লহুনা লং অহিংবত্থু পতুম মরি অত্থুনা কোয়না কিশিল্লি।

"খওলবরা লম হেনবা শাবদনা নওগী থাও ঐনা লৌথোকলেগো। অত্থুগা নওবু ঐনা পুল্লেদো" মাইবা নাতোন নাকচিদা হুমাং মতেক অমা শৌই—অনাবা মশা পুমবা হুমাংনা পুমচোং চোংখি। হুংশা মগী হোল্লি। অনাবা সেবা তৌরিবা অয়েংবা পুম্বা ওক্রা মমিং কুপ্তমা য়েংনৈ। হৈজ্জুংদবা তোম্বা নত্তে, মাইবনা হায়ই—

"নও কনানো? শেংনা হায়য়ু।"

অনাবা ওকথুম খুমদে। মাইবনা মাগী পাওথোকপা তাইরেন লাংথৈ মপুন্দুনা মন্ত্র শোল্ল শোল্লহুনা অনাবগী মমায়দা কং কং ফুরখী। ফুবগা লোয়ননা ওত্তুনা হংলম্মী—

"নঙ কন্নানো ?"

হেক ফুবা খুদীংদা অনাবহু "অস অস" হায়রম্মী অহুগা খুবদি তুকখুব খুমদে। তোম্ববা মাইবা লেপ্পা লৈত্তে—মন্ত্র শোম্ববা শাঙশোকলা তাইরেন লাংথেু মপুন্দুনা অনাবগী মমায়দা ফং ফং ফুরম্মী—অহু খুদিংগী হংলম্মী।

"নঙ কন্নানো ? শেংনা তাকউ। তাকত্রিমথে ফুগনি" হায়রম্মী অনাবহু মমায় হুং হুং লৈহনা থাঙলম্মী। মাইবনা মন্ত্র শোম্ন শোম্নহনা শুকলেপ লেপ্পনা ফুরক্কবা অহুদদি খাঙবা ঙমলক্ত্রবা অনাবহু তুমিন লৈরম্বদগী হায়রকই :—

"মাইবা ওক্লে তোকলো।"

"ঐনা হংবা খুমলগেরা ?

"হোয় খুমলগে।"

মাইবা ফুবা ঙাইহাক লেপলম্মী অহুগা হংলম্মী—

"হায়রো হায়রো নহাক কন্নানো

"খারোন লাকপা"

"অশেংবনিকো"

"মানি।"

"নঙগা ঐগদি অমুক্তম্হু উনত্রি—অহুগা মঙনা ঙশায় ঐবু নপাক খংঙী হায়বদি করম্না হায়রিবা ?"

"চহি, অমগী মমাঙদা শংগোলবন্দা নঙনা তুইপা কিংথো কোবা ক্লুমিত্তা ঐহু লাকলম্মী—অহুনা খঙনখিবহুদি।"

"করে খারোন লাকপা ! নঙনা আঃ থারোন্দগী অসিদা করিগী

লাকলিরা।"

"ঐহাক চাওবা লোবা লাকপনি।

"করিগীনো ?

"মা মরাল লৈবনি—চৈরাক পীগদবনি।

"করি মরাল—?

"হৌখিবা লমতা থাংজ হুমিত্তা ঐখোয় ময়াম খুন্দিরে। থারোন পাত্রাম তাইপ্রাম লাংপ্রাম ডাইলোং লেংলোং সোনপ্রাম লোইনা পুম্নে। শুরুংগী লম্বেলদা মখোয় লোয়না লাকপনি। পাত্রাম তাইপ্রাম লাংপ্রাম্না অরাংগী লম্বীদা, দাইলোং লেংলোংনা নোংচুপকী লম্বীদা অদুগা সোনপ্রাম্না মখাগী ং.ম্বীদা লাকুবনি। ঐগী য়ুম থারোন শুরুংদা ঐখোয় লোয়মা তিন্নদুনা লাকলিবা কুমজাসিদা তৌগদবা থবক লেপ্লবনি। চহি অসিদা খুন খুন্দা সিগদবা মীগী মশিং লেপনৈ—ফৌচেং মহৈ মরোং কয়া য়াম্না থোকদগে থরে। খুন খুনগী খুনবু খুল্লাকপনা তমলক কাক্লকপা অথেমপোত্তু উৎনৈ য়েংনৈ—লেম্নে—অদুগা লোয়ন-লোয়ননা খুনবু খুল্লাকপনা রাকং-চরকপা পূম্বা থম্নে—রারেপনৈ।

খন্নবা লোইরবা তুংদা ঐখোয় ঐখোয়না পূনরকপা অদু য়েন্নদুনা চামিন্নে। অদুগী তুংদা ঐখোয় পুন্না অমুক্কা নাইতোম নাইতোম জগোই শামিন্নে। ঐখোয়গা লোয়ননা লাকপা শানৌ লাকপী পুম্নমক খেক্কা নৌনা জগোয় শাই। কুমলিদি শক্তা চুনা হেল্লবী মপা লৈত্তনা জগোই হৈরবী থারোন লাকপীনা পুম্নমক্কগী থোইনা হেন্না জগোয় হেনখ্রে। মথংদা ঐখোয় শুরুং কাওনা

চেন্নবী তুইপা তুরেন তোর্ব্বান্দা থোকুনা খরনা মুংশা য়াইরি খরনা ঈরোম্ম্‌ংদা লাইজ ঈপান লাংলম্মী। তুংদা লোইনা কাখৎ-লক্ক্‌না তোর্ব্বান্দা তিংগোই থক্তা কম্মীয়হুনা শানৌ লাকপীশিংনা পুরকপা চয়োম য়েন্নহুনা চাম্নিম্মে। অতুম্মী তুংদ। ঐখোয় কায়নরে।

সোনগ্রাম লাকপা মতৈ মনাওনা ঐখোয় অনিবু, মথুন চৎলুসি থাংজ কুম্মৈ য়েংলুসি হায়হুনা থারোন লাকপীগা ঐগা ঐখোয় অনি সোনগ্রাম—তান্না চৎলি। সোগ্রাম লাকপগী মরান-য়াই তাঙজ লীনখোঙ ইকোয় কোয়—সোনগ্রাম থুন হৌনা—মুপা মুপী অঙাং য়াওনা জগোয় খুৎথেক কৎলম্মী—হৈরুক হৈরা অথেমপোাং কারম্মী। খুনগী খুঞ্জাশিংনা হয়াও তয়াম ওক্লম্মী। সোনগ্রাম লাকপা লাকপীগী ওইয়েং ফম্না জগোয় য়েংবা অথেম-পোং কারকপগু ঐখোয়নিঙ্গীমু লাকপা মতৈ মনাওনা তমলকলে। কয়া মুঙাইনম লেম্লে।

মুনিং তারকুবা অমম অঙান শিন্নবা মত্তমদা হয়াওবা লোইহুনা ঐখোয়মু হল্লকলে। সোনগ্রাম লাকপা মতৈ মনাওনা ঐখোয়বু তুইপয়াং ফাওবা থিল্লম্নগা মথুন্দা হনখ্রে—ঐখোয় অনি থারোন লম্বীদা চংলকলে। সোনগ্রামদগী হল্লকপদা ঐখোয়না তঙনা পোথাম্নম—তুইপাগী লাইতনা ত্রোং ত্রোং লাওনা চেনবগী মুংশিরবা খোঞ্জেল তাকম থারোন চীংমায়গী শংবান্নরবা শক্তম উকমহু য়োরক্লে। মফম অসি লাকপীগী থয়াই তাজবা মফম্নি মসিদা পোথাখিসি হায়না চঙলকপা মত্তমদা নঙগী চাওবা হায়রিবা শিঙ্গেন্নন অসিনা মরেম্মগী ফমফম মক্কদা ফমলহুনা লৈরম্মী—

মহাক খঙদছুনা তৌরিমাল্লে—ঐখোয় অকক্লে হায়বা খঙননবা খোদেম খুথেম তৌরবা ফাওবদা চখোকক্লে—অথংদা, ঐনা উশা রাশা লেঙংগ্তুনা—লাউনা মাবু চথোকউ হায়রবা ফাওবদা চৎথোক্কেদি হায়ব্রত্থুনা মানহুম ঐঙোন্দা নুংঙুমা থারকপা শাইনে। মবেন্দগী পোত্থাফমদগী অমাং অশোয় তৌশিল্লে—ঐঙোন্দগী নুংনা থারকলে। মত্তুগী লমন খুমদবা য়াদে। মাবু ফাহুনা পুরকউ হায়না ঐনা ইনাই অমা থাখিবনি ঐগী ইনাই অছুবু আঃ মাইবনি হায়ব্রা করিনো ফায়েংদগী অমনা ফুবিরক্লে। অছুদগী ঐ শাওহুনা ইশামক লাকপনি। নঙগী মাইবছু খোঙপাক্লা কাউহুনা তানখ্রবনি। অছুদগী ঐনা চাওবসি পুহুনা চৎলগে হায়না খোঙ হাংদোকপা মক্তদা নঙ অমুক লাকলেদো। সে ঐবু থাদোকলো। চাওবা পুহুনা চৎখ্রগে।"

অওইবমকনি—তোম্বা মাইবা কৌদ্রিঙৈদা—অহানবদা থরোঈ-জমগী যুবা মাইবা য়েংহনবনি—মতুদা ফত্রহুনা ফায়েংগী অমুয়াইমা মাইবা কৌহুনা য়েংহনবনি। অহানবা চুমিত্তা মানা থৌ তৌব-দগী অনাবছু থর ফরহুনা তুমহুনা লৈহৌরবনি—হয়েংদি তিল্লি লাইরি থৎকনি হায়হুনা হায়রমলগা চৎখ্রে। মথংগী চুমিত্তা অমুয়াইমা অনাবছু ইফ ফনা মীরোন ঙাংনবা য়ানা লৈরম্বছুদা ফরে হায়হুনা তিল্লি-লাইরি থৎনবগী পোৎলম লাওহুনা অনাবগী ফম্যাংদা মন্ত্র শোল্লকপা লাইনীং লাইশোল হায়রকপা তংখাই চল্লকপদা—মফম ইখঙ খঙহৌদনা অনাবনা মাইবদা খোঙপাক্লা থক কাওরকই। মাইবা জ্ঞান মাঙই—লোংনা হায়থরকই।

মাইবা ময়ুমদা থিনগ্রে হৌজিক কাওবা কয়া নারি—নাবা ফত্ত্রি। মথংদা কনা কৌসিগে থম্নবনি। মাইবা অমগী মথংদা অমা হায়-নরকপদা—মখোয়মহ্ লাইপুবা ওাক্তনি অনাবা ইমুংদা লাই থাজি-ন্দুনা য়াম্না রাই হায়বদগী অতৈ কৌদ্রে। তোম্বা মাইবত্তদি অতুগুম্বহ্ তৌদে হায়বদগী মাবু কৌরবনি।

তোম্বা মাইবনা হায়রকই :—

"ওাইখোনে থারোন লাকপা—হৌজিক্তি ঐগা থেংনরবনিনা ঐখোয় অনি মরূপ ওইরসি, চায়রসি অমুক থংনরগনুসি—মরূপ অমা ওইনা ঐনা নঙোন্দা হায়জরিবনি ননাই চাওবসে—ঐ লৌজ-হৌরগে—মাগী মরালগী দমক করি য়াকোংহল্লুগে হায়রো।"

অনাবনা হায়রকই : -

"ঐদি মাবু পুদনদি চংনীংদ্রে। লাকপীনা পুরক্তবা য়াদে হায়হৌই।"

"লাকপীদস্থ তম্বীয়ু—ঐনা নঙগী মরূপনা লৌহৌরে হায়না সে ওারী পরেং অচুম্বা ফৌশংবাই অথনবা হৈ লৌসি নঙোন্দা পীরগে—ননাই চাওবসি থনম্মো।"

"মতুদি য়ানিংদে।"

"অদু—চাওবদি নত্তবা করি পীরগা য়াগদগে অমুক্তা হায়য়ু"

"ফরে—নঙনা ঐগী মরূপ ওইরবনিনা - ঐ য়ারগে। ঐখোয়গী চংনবীদি—মহাক্কী মরালগী মতিক চাবদি ওক রায় মরি কোনবা অমগা শগুং অমগদি য়াকোংবা তাই।"

"ইঃ মতুদি য়াম্মনগ্রে—ঐখোয়গীদি মতু চংনদে, অতৈ অমা হায়য়ু।

"ঐখোয়গী চৎনবী—ওক য়ায় মরি কোনবা অমদি শোয়দনা শীবা তায় "

"ফরে ফরে নঙনা হায়রিবহু পীরবদি চাওবসি ঐনা লৌ-হৌবা য়ারেকো।"

"য়ারে"

"নঙ চাওবা থনম্মগা চৎখিবা য়ারেকো।

"য়ারে।"

অহুদগী মায়বনা হায়বা মতুংঈন্না চেঙ শুহ্না চেঙগী য়ান্না ওক অমা শারে। য়াংকোক থক্তা লা লাতোন অমা থারে—মথক্তা য়ামগী ওকতু থম্নগা লাংথৈ হৈ লৈ কবোক নাচন তরেৎ হাপ্তুনা লায়নীং লায়শোল মন্ত্র থীনা থীনা অনাবগী মশাদা লাংথৈ মপোপ্তুনা নাম্লে—য়ামগী ওক অহুদস্থ নাম্লে। মথংদা য়াংকোক্তু চাওবগী মপাবু পুথোকহল্লে। চাওবগী মপানা য়াংকোক্ত মকোক থোংগৎপদা — মফম খঙদনা য়াংলবা য়াংকোক্ত খঙলুম লুমথরকই—চাওরবা মন অমা হেন্না লুম্বা পোংলুম পুবহু মঙাই—হুমাং তপ তপ তাই। চাওবগী মপা ঙকপনা থেংখ্রে। লমলোং অহুম ফাংবদা য়াংকোক্ত থারে। লাতোন্দু থাংথরে য়ামগী ওক্ত থমলে—মথংদা খোইরু থাওমৈ থান্দুনা মমায় অরাং নোংচুপ ওন্না ফমহ্না লাইনীং লাইশোন মন্ত্র থীনা থীনা ওক্ত মখোং অনি অনি চৈ অমদা লংহীংনা কিশিন্দুনা থম্নগা—হায়রম্মী:—"সে সে থারোন লাকপা নঙনা হায়বহু পীরবনি

সে চাওবা থনম্মো—অদুগা ঐনা পীরিবসি পুত্থনা নয়ুমদা হরাও হরাও চৎখ্রো।”

মতম অসিদা মুংশিং শিংলক্তুনা খোইরু থাওমৈগী মৈত্থু মুংখি। চাওবগী মপানা মমিত্তা উখিবগুম তৌই—থাওমৈত্থু মুংলমদাইদা য়ামগী ওক্তু মাওখ্রে চাওরবা ওকচাও ওনখ্রে—মত্থুদা মতু জোম জোম লাওবা চাওর শাংলবা খুং অমনা চাওরবা ওক্তু পায়খি। চাওবগী মপা মতু খ্যাও চুংই। মমিং উই-শিল্লি। মতমসিদা মাইবনা থাওনা পল্লান্দবী লৈয়ি য়েকলে—মখোয় য়ুম তান্না হল্লকলে।

য়ুম য়ৌরবদা মাইবনা মন্ত্র শোল্ল শোল্লত্থনা অনাবত্থু লাংথেৎ মপোপ্তুনা নাম্থবীরম্মী। অনাবা জ্ঞান খংতা তারক্তুনা—“ইমা চাক লামলে—চাক খিত্তা চাগে” হায়বকই হুমিং ১০ নি হেন্না ঈশিং লেক্লক্ত্রবা মচানা জ্ঞান তানা চাক চাগে হায়রক্লবদা হরাও-রবা মমানা চাক অত্থু ইনবিরম্মী। চখোম ৪। ৫ চারবা তুংদা ‘‘ওক্লে, হায়রম্লগা অনাবা মমিং উইথরকলে—মুঙাইনা তুমখুন তানখ্রে। মাইবা ময়ুম চংখ্রে অনাবগী ইমুংনা হায়নৈ—“ইস লাইনি, লাই।

মথংগী নুমিত্তা অনাবা করম তৌরিবগে য়েংনবা তোম্বা মাইবা মাগী লোয়নবা মাইবা অমগা লাকখি মানা থোঙ হেক হাংদোক্তুনা চঙলকপদা ঙশাইমখৈ তুমত্থনা লৈরম্বা অনাবত্থু ফাক ফাক নোকলকই তোম্বা মাইবা ইকায়রপ তৌই অদুগা হায়রকই—

"হাই মসিনা কনানো ?"

মাইবা হান্নগুম্না অনাবগী মমাঙদা পুজা তৌরম্মী। পুজা হৌগৎলকপদা হৈরুক তাঙ্গা পানা তাঙ্গা মাঙথিবা থেংনৈ। তোম্বা মাইবা চেকশিন্না মন্ত্র শোন্ন শোন্নদুনা মাগী হান্নগী পাঙথোক্লা লাংথ্রে, তাইরেন মশাগী চৈবুল অহুনা অনাবগী মমায়দা ফং ফং ফুদুনা হংলম্মী।

"নঙ কনানো"

"তাকথোকলোই"

"তাকত্রিকাও ফুখিনি—নঙ কনানো শেংনা হায়য়ু"

ফুবা লেপলমদে।

"নারে নারে তোকও হায়রগে।

"হায়রো হায়রো"

"অহুবুরাও ঐসে থারোন লাকপীনি

"নঙনয়া হৈরুক পানা তাঙ্গা লৌবদো"

"মানি"

"করিগীনো"

"থাপ্না লাকপহুদা রাবনে চাক লাম্বনে—কা চানিংবনে হান্না লৌবনি"

করিগীনো নঙনা অমুক"

"ঐগী মুপাগীতা তম্বা য়াত্রা ঐগীদি কদায়"

নঙগীদি করি পীরগা য়াগনি।

"ঐগীদি য়েম্বা অমা হিংনা পীয়ু।

"য়েম্বা অহিংবা পীরবদি নঙ চাওবা থনম্বা য়ৱেকো"
য়ারে। থীদ্দনা য়েম্বা অমা লৈরুরে—থৌ তোৱে— মথংদা—
য়েম্বাহু য়েলহীং থানবা তোম্বা মাইবা লোইনবা মাইবহু চাওবগী
মপাগা মপান্দা চৎখ্রে। সোমদা তোম্বা মাইবনা মম্ব শোল্ল
শোল্লহুনা অনাবদা হংলম্মী—
"মখোয় কদায়দা য়েৎখ্রে ?
অনাৱনা মমিং উইশিল্লগা থুমলকই :—
"আ লমলোং অছুম হেন্দোকখিহুনা তোর্ব্বান য়েৎখ্রে
"করি তৌরি।
"ঈস য়েম্বা অসি উবদা হরাওরহুনা লাকপীনা জগোয় শারিয়ে।
এঃ মাইবনা য়েম্বা থম্মে থম্মে—শিম্নরে শিম্নরে ঈঃ থারোন লাকপীনা
নোক্লহুনা য়েম্বা মথাদা য়েপশিল্লহুনা চৎখ্রে—
চৎখ—রে—...—চৎ......— ।

কারোং

৫

# হাওলাউল থুপ

ইং শোক ১৯৬৩ গী রানি। মতম অদু ঐহাক তেংনৌপালগী সবডিভিজন (হৌজিক্কী তেংনৌপাল জিলা) গী সবডিভিজনেল অফিসার ওইরম্মী। নোংমা রোমকু হেডক্বার্টরদগী চকপী কারোং, শজিক তম্পাক চংকে হায়দুনা—পলেল ককচীং লম্বীদা শুগ্নু য়োরে। শুগন্নুদগী মাইল তরা হেন্না চংলগা চকপী কারোং অদুদগী অমুক শজিক তম্পাক য়োগদবনি। মুম্বিং অদু মুমিদাং রাইরমনি—ঐগী গাড়ী অদু শুগন্নু য়েংবকপদা ভায়রি। শুগন্নু বাজারদগী চকপী কারোং লম্বীদা ফার্লং অনিরোমদং চংলকপদা অহাওবা, মী চিকতক তৌবা লমহাং অমা থেংনরম্মী। লমহাং অদুগী ময়ায়দা খোংজাই মুপা তমগা মৈতৈ মুপা অমগা য়েন-বম্মী। মখোয় অনিমক চহি ৫০ গী মথক্ত ভাক্কনি। ঐনা লমহাওদুগী মপা য়োবকপা মতম অদুমক্তদা লৈতৈ অহল অদুনা খর হেন্না ল.কচরবা খোংজাই অহল অদু মম্বিং মমায় ইপোম পোমলদুনা ঐভোল্লোমদা চেনশিল্লক্লম্মী—ঐবু কনবীয়ু হায়না লাওর লাওর:না—শাওরবা মৈতৈ অহল অদুনা—করিগী চেল্লি। হায়না লাওবগা লোয়নননা লংওকপা মুংদুম অমনা খোংজাই অদুগী মকোক্তা পাল্লম্মী—খোংজাই অহল অদু মকোক কায়দুনা উপথুনননা তুথিল্লম্মী। মহাক জ্ঞান মাংলম্মী। মতম অদুমক্তদা ঐনা মৈতৈ অহল' অদু ফারে—অদুগা অর্দলী অদু থাদুনা শুগন্নু' থানাদা পাও পীখ্রে। লম্বু অমা থাক্কনা অনকপদা লৈবা খুন্দগী মী খর

থিরুদুনা ইভাং পাক্তক্লনা উপখুননা হায়থরিবা খোংজায়দু থুনা য়াংনা সুগনু ডাক্তর খানাদা পুহনখ্রে। ডাক্তরনা অহানবা লায়য়েং পীরবা তুংদা য়াম্না চেকশিন্না অশোকপদু য়েংলম্মী। খোদোক অদুনা তঙায় ফদনা হুমিস্তু মা ঐহাক সুগনু দাগ-বাঙ্গলাদা লেকলে।

ঐনা লৈরিবা কা অদুগী থংনবা কাদুদা ফারবা মৈতৈ অহল অদু লৈরম্মী। ঈ কানা শাওরিবা, শাওবা হন্থদ্রিবা মৈতৈ অহল অদু মথন্তা লাওনা লাওনা য়া ঙাঙলম্মী।

"খক লেম্না থারোই। হাৎকদবনি নওনা তৌখিবদু কাওগদবোই খনবরা?" ঙাইহাক লৈরগা অমুক হায়রকই :—

"হৌজিক ফাওবা শিদ্রিবরা? থুং অসি পেললৌদ্রি—ঐবু থাদো-কউ—থুং অসি পেন্না অমুকতা ফুখিগে। সিই : মানা তৌখিবদু কাওগদবোই খনবরা?"

সন্ধ্যা মতুং ওইশিল্লকলে। ফারবা মৈতৈ অহল, অদুগী অশাওবসু খর নেমথখরে। পুলিস সব ইন্সপেক্টর অদুসু য়োরক্লে। মহাক্না ফারবা মৈতৈ অহল অদুবু থানাদা পুননবা শেম শারকপা মতম অদুমকতদা অশোকপা অদুগী পাও লৌরুনবা থাখিবা লম্নু অদু য়োরক্লে—

"সাহেব! অশোকপা মুপাদু ফিভম ফৎত্রে। ডাকতরনা হায়—ঈ য়াম্না থোকমনখ্রে—ঈ কাপ্পা তারে অদুবু ঈদি ডাকতর খানাদা লৈতে। হৌজিক ঈ খর কাপহোদ্রবদি অশোকপা মুপাসি শিবা য়াই। ঈ লোনবা মী খর পুবীরকউ হায়হৌই।"

"অচুদি ঐখোয় পুম্বা চংলসি "

ঐহাক, সব-ইন্সপেক্টর, লম্ব্ অনি, অর্দলী অনি—পুলিস সিফায় ঐখোয় পুম্বা-ফারিবা মৈতৈ অহলদ্বু শঙননবা সিফায় অনিদং থনম্লগা থুনমক চংননবা শেম শারম্মী। মতম অদ্দা ফারিবা মৈতৈ অহল অচু হিক হিক কপলকলে। মপি তৈথোক তৈথোক্লা ঐঙোন্দা—হায়ম্মী—

"সাহেব ননাই অচুবু শোয়দনা শিবা তারবরা? মাগী ঈগা ঐগী ঈগা চানবনি। ঐঙোন্দগী ঈ লৌবীয়্—মাবু অমুক্তা কনবীয়্ ঐবুস্থ মনাক্তা পুবীয়্।"

মৈতৈ অহল অচুগী ৱা তাবদা ঐহাক ৎক্কবা ঙম্লমদে। হৌজিক মাগী মশাদা অশাংবা লমন খুম্লীংবগী ফিভম অমত্তা লৈত্রে। থোইদোক্লা চাঃবা মরুপ অমা অল্লাবা তারবদা মরুপ অমনা ৱাবগী ফিভম মওং অচুম্না উরম্মী।

ঐখোয় পুম্বা ডাক্তর খানা তান্না চংলম্মী। ফারিবা মৈতৈ অহল অচুবু সিফায় অনিনা শঙচুনা ডাক্তর খানা তান্না পুরক্লগা অতোপ্পা কা অমদা থনম্মী। মথং মথং ঐখোয় পুম্বগী ঈ লৌচুনা য়েংবদা অশোকপা মুপাচুগী ঈগা অমত্তা চানরমদে। হৌজিক ফাচুনা থমলিবা মৈতৈ অহল অচুতা মঙাইরে। ইকোন কোনবদা মাগী ঈ লৌচুনা য়েংবদা শোকলিবা মুপাচুগী ঈগা চানরে। থিন্দনা মঙোন্দগী ঈ লিকলি অনি লৌরে। অহল ওইরবা মুপা অচু ঈ লিকলি অনি লৌথোকখিবদা মশা অচু তাইফেংং তাইরম্মী। অচুবু মঙোন্দা হরাংবা নংনা অশাওবা

মুঙাইত্তবগী খুদম অমত্তা উরমদে। থুনমক. ঈ লিকলি অনিছু কাপ্পবা তুংদা শোকজিবা মুপাছু থুদোং থিবদগীদি—নাম্নেমক্রে— খর খর ফবকলে। মৈতৈ অহল অছু মথক্তা শোঙরম্মী— "ইত্তাও নও ঐবু ঙ্গারৌগছু! থুনমক ফরোকো।"

মহাক্কী মতৌ অছু উবদা ঐগাক ওক্তুব। ঙম্মমদে। মিনিট খরগী মমাওদা হা'কে হোৎনরম্বা, শিরসমু থল্লম্বা মীছুবু মশাগী ঈ পীছুনা কম্মনবা হোৎনবা, মী অছুগীদমক্তা মমিত্তা মপি তাবা ওম্বা ... .... মরম লৈরম্বা তাই।

পুলিস সব-ইন্সপেক্টরনা থানা তাম্না পুখ্রগে হায়রক্লবদা ঐহাক্না ঙ্গা অমত্তং হংহৌখিগে দাক বাঙ্গলা তাম্না পুবীরো— হায়ছুনা অহল অছু সুপ্পু দাক বাঙ্গলা তাম্না পুরে। অশোকপা মুপাছুগী পাও পুংজা খদীংগী খওহল্লকউ হায়রম্মগা ঐস্নু হল্লক্রে।

ডাক বাঙ্গলা য়ৌরবদ, ঐহাক্না ফাছুনা থমলিবা মৈতৈ অহল অছু ঐগী কাদা কৌশিল্লগা হংলম্মী—
"থুরা করিগীনো নওনা থোংজাই অহল্ল অসিবু কম্মনবা নশাগী ঈ পীরিবদো?"
"ইবুঙো সাহেব! মহাক ঐগী য়াম্না লুনা তিম্নবা মরুপনি, ইতাও ইতাও শাল্লবনি। করিগুম্বা মহাক শিখ্রবদি ঐগী ইচম খোংজাইমুবীছুনা কপ্পদো করম্না য়েংগনি। ইবুঙো সাহেব। মহাক শিদ্রি শিররোইকো।"
"হোয় থুর"! ডাক্তরনদি শিরোয় হায়।"

"ইবুঙো সাহেব ! ইবুধৌ ব্রাংব্রেন্দগী খৌজালনা থুনা ফবা ওইরসনু ।"

"অদুদি খুরা নওনা অহানবদা করি মরমগীনো মাবু শিরসনু হায়দুনা নুংদুমনা থারিবদো ? করিগীদমক মাবু হাংকে হোৎন-ক্রিবনো ?"

"ইবুঙো সাহেব ! মদু য়াম্না কূইরবা রা অমদগী শাওনিংদুনা তৌ-রুবনি । ঐহাক হৌজিক করিমত্তা শাওজদ্রে—ইবুঙো ! মহাক শোয়দনা ফজি ফরনিকো ।"

"হোয়, ঈশ্বরগী খৌজাল লৈরবদি শোয়দনা ফরগনি, য়াম্না থুনা ঐখোয় অফবা পাও তারনি ।"

"থুরা, নহাক্না য়াম্না শাওরুরিবা কুইরবা রাদু ঐখোয়দা হায়দোকপা য়ারবদি থর হায়দোকউ; করি মরম্না মাবু শিরসনু খল্লুরিবা ।"

"ইবুঙো সাহেব ! মদুগী রাদু খল্লুরবদি শাওনিংবনা থম্মোইসে প্রোক প্রোক চাকই । অম্বুক কূইরবসি কনাদম্ব হায়দোরক্রিবনি—সাহেবনা হংলিবনিনা হায়দোকলগে—

মনিপুর সনা লৈবাক্তা সার চুরাচান্দ মহারাজনা পাল্লিনৈগী রানি । হৌজিক্তগীনা চহি ২৭ । ২৮ গী মমাওগী রানি । ঐখোয় মৈতৈনা অকাম হাও হায়না খঙনবা টিডিম ফালামগী লমদা থোকখিবা থৌদোকনি । মতম অদুদা টিডিমদা অকাম হাওনিংথৌ হাওতিলখৎপনা পাল্লম্মী । মনিপুরেশ্বর মহারাজ বোধচন্দ্রগী মবা-ই-বুঙো সার চুরাচান্দ মহারাজনা মনিপুরদা চীংবুরোয় তম্বুরোয় পুম্বগী মথক্তা মিংথৌরেন ওয়না মতিক মঙান চাওনা পানবগুম

টিডিম নিংথৌ হাওতিলথুপ—অকাম হাও; লুসাই চিন (জোহাও) নচিংবা মনিপুর সিমানা রাংনদা লেবা খোংজাই পুম্বগী মখক্তা নিংথৌরেন ওয়তুনা চহি শাংনা পাল্লম্মী। হাওতিলথুপ নিংথৌ সার চুরাচান্দ মহারাজগা চান্নরবা মরুপনি। সার চুরাচান্দ মহারাজনা ভাভবী মহারানীগা লোয়ননা ফম্বালকাব কুম-মেন্না হাওজোবদা বার্তন ফংতুনা ইম্ফালদা লাকখিবনি। রাং চাওরবা ফিজম মুর্ত্তি চুং ফিরান চানা ফজবা নিংথৌনি। ঐনা অভাং ওয়না উখি মাগী রাং চাওরবা শক্তম-ঐখোয় অভাং মশেল হায়রবা—হাওবী (হাও মপী) ২—অতুপী মরক্তা অমদি মহাক্নী। মখোয় অনিমক মশম শাংনা থাকই অতুনা ঐখোয়না মখোয়বু হাওবী খোল্লি। মীনা হায়নৈ—মাগা য়াতুং নিংথৌগা, মখোয় অনিসে ফুট তরেৎ হেন্না রাংই। ওইরম্বা য়াই—ঐখোয় মৈতৈ—লক্তা রাং চাওরবা—ফিজম মুর্ত্তি চুংফিরান চারবা মৈতৈগী যাত্রা চাইরেন মৈনো-দগী কাংবা মানা ভকশম অমা হেন্না রাংই। হাওতিলথুপনা মনিপুর রাজদরবারদা তাবাক অমা পায়তুনা লেপ্লদি অভকপা অফিবা শক্তমনি। মীপুম্বা য়েংনরম্মি। করি অমুক হায়গনি মনিপুরগী ছোটো সাহেব কাংবা মাগা খুৎ শোক্লবগী মনাক্তা লেপ্লদা লিশক পীল্লা উবনি। অওয়বমক হাওতিলথুপ—লুসাই চিন, জো, খোংজাই পুম্বনা ফিনবা টিডিমগী নিংথৌরেল্লি।

ঐগী পুন্সিদা কাওবা য়াদনা থোকখিবা থৌদোক অমা হায়-রিব্বা হাওতিলথুপ অসিনা শিবা চহিদনি। চাওরাক্ল মতু ইং শোক ১:৩৭-৩৮ দা ওইরম্বা য়াই। মতম অমদা ঐহাক চহি

২৭। ২৮ শুরগনি। ইবুঙো সাহেব! ঐখোয় সুগনুদা লৈবা ঐখোয়দি—ইচা ইশু থাক্লবগীদমক লৌউ শীংউবা, ইম্ফাল চক্পী তুরেন্দগী শা, ফাবা চকপীদগী উচাল য়াল্লগা, বিম শাতুনা ইম্ফালগী মহাজনশিংদা য়োনবা অসিনশু কোন্নবা ওমদতুনা চহিগী পোয়মু থাদ্দা লৌশীং লোইরগা অয়াম্বনা, হাও, কাতুনা লম্লোন ইতিক তৌই। ঐখোয়না অমদগী ফিরোন থুম, থাওনচিংবা পুতুনা চৎলগা চীংদা লৈবা ঐখোয়গী মওাই হাওশিংদা য়োল্লি—মখোয়-দগী ঐখোয়না লশিং, হয়াই-চেংয়াই, পানা মন্নানচিংবা অমদি উমংদগী ফংবা পোৎ পুথরকুনা সুগনু, বাজারদা য়োল্লগা অতোংবা শেন্না ইচা ইশু থাকই। অসিতা নত্তনা য়ুমকৈ শাবা হৈবা থুংশা হৈবা কাওবুম্ব চীং কাতুনা হাও ইঙাইশিংগী, য়ুমকৈনচিংবা শারুই। অশুম্না চীংদা চৎপা লম্লোন ইতিক তৌবা, চংপসি ঐখোয় সুগ-নুগী মুপা মুপী অয়াম্বনা চৎনৈ। মরু ওইনা ঐখোয়না হাও কাবা মফমদি তেংনৌপাল, চুরাচান্দপুর, করিগুম্বদা মনিপুর সিমানা য়াংম লান্না লুসাইরোমদা—আইজল, লুংলে অকাম হাও টিডিম ফালাম লোমদা। টিডিমদগী হেন্থনা চংলি। করিগুম্বদসু কবোরোমদসু চৎলুই। অসিগুম্বা খোঙচৎ অমদা মমাংথাদা ঐহাক টিডিম ফাওবা চৎলুরবনি। মতম অতুদদি হাওতিলখুপ শিল্লি। টিডিমদা মাগী কোমুংদা চহিগী মওম তৌরম্মী—মতু য়াওরুই। মমাংম অতুদা খওনখিবনি ঐগী ঈতাও খোংজায় নিংথো অসে। মাগা ঐগা চহি লেপ্পানি। মহাক আইরোল নিংথৌগী মনাও মুপালা পোকপামি। মাগী অতোপ্পা মথুরা অমা টিডিমগী মখাদা লৈবা মোলনেম খুন্দা

লৈখি। খুল অছু তাম্না চংপদা ঐখোয় অনি থেংনবনি। মতমতুদা ঐহাক মুপী থিহুনা ইচা অমা পোক্লবস্থ পাথং মপুং কারকপা মতম্মি। ঐগী পুক্লীংদা খওনিংবা উনিংবনা থল্লম্মী। থেইদোক্লা চীংগী লম মনিপুরগী, মরু ওয়না ঐখোয়গী ঈম্ফাল তুরেল অসিনা চীং নৃংছত্তা চংখিবা —কদায় তাম্না চংখিবা—করম্না চেস্থখিবা, য়েংনিং-বগা লোয়ননা খুরেলগী তোর্ব্বান্দ তাবা খুল খুদীং ফাওহুনা চংলক্লগা টিডিম য়ৌখিবনি। হাওতিলখুপ নিংথৌগী মণ্ডম য়াও-রম্নগা ঐখোয় অনি ফায়লেন, ফাস্থে খুন শমহুনা মুমিং হুমনি শুবদা মাগী মথুরানা লৈবা মোলনেম খুল য়ৌথি। মাগী মথুরানা পোকপা ইচন থোংজাই লৈশা অহুনা ঐবু ওম্বোক্লা লুনা তৌবান। ইবুঙো সাহেব! খল্লু খল্লুরগা ইচন অছু থক কাওবা য়াদে।

মতমসিদা ডাক্তর খানাদগী ঐনা থনম্বা লপ্ অছু লাকলম্মী। ঐনা হংলম্মী:—

"অনাবা করম তৌরে।"

"লৌশিং ফজনা তারে—বা ওাওনবা য়ারে!

য়াম্না ফরে সার"

মৈতে অহুনা হংলম্মী:—

"ঐবু শাওহৌব্রা?"

"খুরা লওবস্থ শোলহৌই।"

"ইবুঙো সাহেব! ঐগা অমুক্তা উনজগে ঐ মঙোন্দা ঐবু শাওগল্লু অমুক্তা হায়জরুগে।"

"ঙাইখো খুরা, নশা খর ফখিসনু—অতুগা খুরাগী য়ারীতুস্নু তাখিসি।"

"ইবুঙো সাহেব! ঐগী মরুপ খোংজাই, অসে মাগী মন্দোনগী মচেনা পোকপী শুন অতুগী লৈশা অমগা য়াম্না নুং-শিনবম্মী। মানা লৈখিসি লৈখিসি হায়দুনা মোলনেম খুন্দা ঐখোয় চয়োল অহুম হেন্না লৈববলে। নুপী অতুগী মপানদি ঐগী মরুপ্পু কয়া পামলমদে। অতুবু মখোয় অনিদি তং য়ো-বমখৈ নুংশিনববা জাংনি। চয়োল অহুম শুবকপগী অহিং নোংযাইদা লৈশাবী অতু পুদুনা লাকলে—ঐবু হোদোক্লরে—ঐখোয় চেল্লসি হায়বৈ। ঐনা মাগী মখুরা তাক্নে হায়বস্নু মানা যাদ্রে - মখোয়না তান্নবক্লবদি খুদোং থিগনি হায়বদস্নু মখোয় অনিনা শুকয়া ময়াদ্রে। ফরে মরুপকী দমক্তনি হায়দুনা ঐস্নু ঐগী নম্বো অতুগা লোয়ননা চেং চাক খর পুরদুনা ঐখোয় অহুম চেক মোক লাওদনা খুন অতু থাদোকুনা অবোনবা লম্বীদা চেল্লরম্মী। পাখৎপগা লোয়ননা চেন্না চেন্না লাকপনা অযুক তু উবকপদা নতানলোক তুবেল লান্দুনা ভাংতে খুন তম্না হাইগৎলম্মী — অমুক পুং ৮ লোম তারকপদা ভাংতে চীংয়াং য়োরকপদা ঐখোয়বু তান্নবকপা কাঙবু অতু থাং তাগা লোয়ননা নাতান-লোক তোর্ব্বান্দা থুংলবতু উখি। ঐখোয় অমুক পম্বা য়াদ্রে হায়দুনা হাথু হাথু চয়োম থোক্লগা পরপ-পরপ চারে—খুন অতু চঙলমদনা—ফাইলেন মায়কৈ পাঙলবলে। পরপ পরপ চেন্না চেন্না কুমলকপনা কুমিংয়ুংবা মতুং পুং অমরোম তাবদা সিলতাং

লোক লাল্লকলে—ফাইলেন তম্না কাখলকলে। মতাং অসি য়ৌ-রকপদদি অহিং তুম্নক্তবনে—পাখৎপগা লোয়ননা লাকপনে—হুংশানগা শারকপনে—মরুপকী লোয়নবী খোংজাই লৈশা ইচল অহু মখোং থাংবা থোকলক্রে। ঐখোয় অনিস্থু লোথরকলে; চোকথরক্লবা খোঙ, থাংবা থোকলক্রবহুদদি—কন্নাই বরি করা—ঐখোয় উগী উখোং অময়মদা ঙাহুনা পোখারে ঙাইহাক, চাওরাক্লা পুং অমগুম্বস্থু তুমলুরে। মিকপ থংথোক থোরকপদা ঐখোইবু তাম্নরকপা কাঙবুহু সিলতাংলোক লান্দুনা মরি মরি কাখৎলকপহু উরম্মী। ঐখোয় হৌজিক পাখৎপনা হুমাং অনপ্পা কারে—পুক্লীংতনা চেপ্লি, পাইরি উচেককুম্না চোক-থরবা খোঙদি মঙম শাদ্রে—অহুবু লেপ্পা, লৈতনা লেবাক শিংনা শিংনা চৎলকপনা সন্ধ্যা মতমদা ফাইলেন লাম্হোত্তুনা টিডিম ময়কৈ পাংলকলে—অহিং নোংয়ায়দা টিডিম য়ৌরে। অহিংদুনা টিডিমদা লেকলগা—অয়ুক তু উরকপদা হোগত্তুনা চেল্লকপনা মথং মথং টুলজাং, খুদায় টুইমুখুন লালত্তুনা তুংতুন উমং য়ৌরকলে—মতাং অসি য়ৌরকপদা ঐখোয়বু তাম্নরকপা কাঙবুহু থাপনা হুন্দোকলমলে। ঐখোয়—তুংতুন—উমং শমলগা তোনজম, লুংতাক, কিয়াংলম, মুলপী, থৌজং, ফাঙ্গসাট খুন মথং মথং লালক্তুনা ১০ নিশুবা নুমিত্তা মনিপুর সিমানা লানশিলক্তুনা খোংতাল য়ৌরে। খোংতাল য়ৌরকপদা হুংশাশ্বর মপী হোন্দোক্লে—শিরোই নারোইদবোই থল্লকলে। খোংতাল নিংথৌগী য়ুমদা নোংমা পোখারগা ঐখোয় হাইখা খুন শমত্তুনা ১২ নি শুবা নুমিত্তা আইবোল য়ৌরে। আইবোলদা

ঐগী ইতাও খোংজাইম্নুপা অসিগী য়ুমদা য়ুমিং নিনি পোথাক্লগা মোম্বী লম্পীদা ঐহাক স্নুগন্নুদা হল্লকখি।

ইবুঙো সাহেব ঐহাক চারক থক্লক্তবা, তুম্লক্তবা অতুগা পোথাবা লৈতনা লমশাং চংলকপতুনা রামনগ্রমাম্লে—য়ুম য়ৌরগা হৌগং কাওখৎ ওমদনা থা ও লোম নারম্মী। ঐনা স্নুগম্নু য়ৌরকপা থা অমরোমগী তুংদা মখোয় অনি লুহোংবগী বার্ত্তন ফংখি—ঐগী মুপীগু পুহ্নুনা লাকউ হায়রকই। মতমতুদদি ঐহাক হৌগং কাওখৎপা ওমদ্রি। মতম থর লৈরগা ঐহাক নাবা পুংফফরে। হকচাং মপুং ফানা ফরে।

মথং চহিগী রাকচীং থাদা ঐহাক হমুক হাও কাবা চংলম্মী। ঐনা তাখি ঐগী ইতাও খোংতায় তহু হৌডিক আইবোল লিংথো ওইরে-মপন লিংথো অতু মচা পোক্তনা শপ্রে—অতুনা মপনগী [illegible]দা মানা লিংথো ওইখনি। ঐস্তু অনৌবা আশাগা [illegible]নায়নবা লাকপনা মোম্বী শমতুন যাত্থং যৌবক্লে। য়াংতুংদগী খোংতাল চংলবপদা লম্বাদা তাখি—হাওতিলংপ শিরে। পাও তাবা হুনিং অতুদগী চীংলম্বী অসিদা মী অমত্তা চংনখিদ্রে; মী পুম্বা খুন [illegible]দগী হেন্দোরখিদ্রে। শঙদবনিনা ইবুঙো সাহেব! ঐদি করিস্তু থৌশাদনা চংলম্মী। লাইবক ফবনা ইহৌ হাংব্রেনগী গৌজাদগী হৌজিক ফাওবা করিস্তু থুদোং থীবা থোক্রি। খোংতাল য়েংগ ওই নাতে থনম্লগা আইবোল খুন—ঐগী মরুপকী খুনগী মায়কৈ পাংলকলে। অনৌবা আশাগা লোয়নবা—কুইনা উনদ্রবা ঐগী মরুপ উননি—মানা ঐবু তারাম্না ওক্লমনি—মরুপকী মুপী ইচল অতুনা লুনা

তৌরমগনি মাগী মথুং চারুনি— মখোয়নিদা ঐনা পুরিবা লুহোং-বগী পোংপাং পীরুনি— অসিনচিংবা মুঙাইবা ব্রাখল কয়াগা লোয়-ননা ছুই খোংহুনা— ছারাদা খুলঙ ঈশৈ শক্তুনা চীংলম্বী উমংলক্তা চংলম্মী। অয়ুক্তগী চংলকপনা গুমিং য়ুংবা মতুং পুং অহুম মরি তাবা ফাওবা লম্বীদা মী অমা ফাওবা থেংনদে। চীংলোফম পামলৌ কয়া মহৈ মরোং চুম্না পাল্লি। কবিগুম্বা মফমদা মুনিংনা নোংচুপ চীংয়াদা নেমথরক্লবদা মাগী মেঙথরকলবা মঙালনা ঙ্খেবদা তান্না লৈথিবা ফজরবা মনিপুরগী চীংলৈবাক্কী পুক্নীং হুবা শক্তম উরু-রগা মুক্নীংদা থাজবা পোল্লকই—লেপনমক লৈবাক অসি লাইরৈ-বাকনি। লৈবাক অসিদা পোকচবা, শিজবা অমদি লৈবাক অসিগীদমক থল্লাই কথোকচবা ওমজবা ইবুধৌ ব্রাংব্রেন্না কুবিসনু।

অম্মুন্না মুঙাইরবা ব্রাখলগা লোয়ননা চংলকপনা আইবোল খুল য়োৌগদবা চাওরাকনা ফার্লং অনিরোমতা ভায়রক্লবা খুনীংথেক অমা লৈবদু হেক য়োৌরকপদা ইখঙ খঙহৌদনা তুংলোমদগী তেন অমা "হুইস" হায়না নারুম ময়াদা পাইখিহুনা মাঙদা লম্বগী নাকন্দা হৌরিবা উপাম্বীচুদা চক লাওনা য়ুংই, শ্বাই পাখংলি, লল্লাই লেম্ফুগী শম চপ য়ুংই। মথং মথং তেন—অনি অহুম "হুইস হুইস" লাওনা পাইরকখি—মাঙদা উদা লৈবাক্তা, চীং মাইদা চক চক য়ুংই—মোংশোং লক্তা "শ্রোং শ্রোং" পাইশিনখি। থল্লুবা লৈতনা ইথত্তা নৈপাক্তা উপ্রাকনা হিপথৈ—থজিক থজিক উপ্রাকনা শিত্তুনা চংলগা খুনীংথেক হেক লাল্লকপগা তুংলোমদগী মী অমা অনি চেল্লকপগী খোংথাং তারম্মী—পাখংপগা লোইননা

হৌগৎতুনা চেল্লম্মী । ফার্লং অমা হেন্না চেল্লকলবা—খুনগী পম্বোং উরব্রবদা ঐনা চেন্না চেং লাওরম্মী—।

"হো ইতাও নিংথৌ হোলখোগং—ঐবু বল্লু ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু।" অক্রিং অফাই ওইনা কিবনা থরাই খুবাক্তা হাপ্তুনা চেল্লকপনা পম্বোং য়ৌবদা ঐহাক রামনথিবনা পোপ তুবম্মী। পম্বোং অতু লোল্লম্মী। ঐনা হয়া হন্না লাওরবদা— তা পায়বা নুপা অনি নোংনৈ পায়বা হনি ভিক্টেন গ্যুব নুপা মরীগা মখোয় নিপান্না পম্বোং হাংদোক্তুনা থোবক্লগা ঐবু মুন্না য়েংলগা পম্বোং সন্নংদা পুশিল্লম্মী। মতৌত্থ উবদা ঐহাক কিদনা থক থক নীক্লম্মী। খোংভাকপশিংতুগী মরক্তা ঐবু মশক খঙবা অমা য়াওরমতুনা মানা ঐবু খুনগী নিংথৌ ঐগী মরুপ অতুগী য়ুমদা থিনবীরম্মী।

য়ুম অতুদা ইতাও নিংথৌদি লৈরমদে। মাগী নুপী ইচল অতু চাক থোংতুনা লৈরম্মী। ঐনা হংলম্মী—

"ইচন, ইতাও নিংথৌদি কদায়দা চৎখ্রে ?"

মহাক ঐওোন্দা মুন্না কুইনা ওক্লা য়েংলগা

"ইবুং নঙতি করম্না লাকপা ?"

'ইতাও নিংথৌ উনবা লাকপনি- সে সি লৌশিল্লু নখোই অনি লুহোংবগী পোৎপাঙনি। নত্তে, মাবু—কদায়দা চৎখ্রবগে ?

"শা তানবা চৎথি। ইস ফজখরেতা মমল য়াম্না পীরমকনি। নত্তে ইবুং নংপু করম্না লাকপা ?"

"করি তৌরবগেনে ইচন ! চুম্না লাকপনিনে, উনদবা কুইরেত্তুনা"

"ইস, নঙতি তাতরা ?"

"করিনোনে ?"

"অকামহাও নিংথৌ হাংতিলখুপ শিরে। মহাক লৈমুংতা ফুম-পতা লুখা থানপা—মী ১০৮ কী মকোক থিন্নিপনি। মাকী মনায় চনিনি। তেংনৌপল লুসাই কপোকী উমং খুতিং উ অমকা মী অমকা পাখ্রপনি। হুজিক কনা অমতা খুল্লাস্তুনা চৎনত্রপনি। মী পুম্বা কিপনা নিক্করিপনি ঐনা তাপ-পু—

মী মকোক ১০০ তি শুরে, ৮ ব্রাৎলি হায়। অতুনা মনাই অয়ামপত্তি হন্নখরে হায়। ওসিতকী থাখায় অমা হেক শুপা থানিন মুমিত্তা মাপু ফুমকত্তপনি। নওনা লাকপত্তা কনাম্ব থেং-নরক্করা ?"

মাপী ব্রাহু তাবদা ঐ কিবা অমুম অমুম হেনগৎলম্মী, শ্বাই শ্বাই পাখৎলি। ইবুধৌ ব্রাংব্রেনবু হন্না হন্না থুরুমজে। ঐনা থেংনরকপহু তমলবদি পাখৎপা য়াই খন্দুনা—মঙোন্দা শেংনা তমত্রে।

"ঐদি কনাম্ব থেংনরক্কে। নত্তে ইত্তাও নিংথৌ করম্বা কান্দা হল্লকনি"

"খঙতেনে ওসি নিনি শুগ্রে,, ওসিদি হল্লকপা য়াই। নও য়াম্না থাপ্না লাকপনিনা ব্রাব্রম্‌লনি—" অসি হায়ত্তুনা ঈশিং অশাবা পুশিল্লকুনা ঐগী খোঙ হামদোকপীরম্মী, অদুদগী ঐগী তুম্মম ফমুং থাবিরগা—

"অসিদা পোথাও—চাক লোইরগা হৌদোকপিরক্কে"—হায়রম্লপা চাখুমদা চঙখিরম্মী।

ইবুঙো সাহেব। ঐহাক ইচন অহুনা থাবিবা ফমুংদা হিপ্তুনা অরাবা পোথোকলম্মী তুম্বদি য়াৱমদে; পুক্নিং নিং-কোক নিংকোক; খল্লম্মী—মী পূম্নমক অমত্তা চথোক্লব্রবা মতমসিদা ঐগী মরুপ ইতাও নিংথৌ অহ্না কল্লি শাবু তাল্লিবা! ভুমিংম্নু নিনি ওয়ে হল্লক্তবা! করিগুম্বা হাওক্তিলথুপকী মীশিংনা মাবু ফাহ্নুনা হাংখ্রবরা?

অসুম্না মওল মংলে খল্লহুনা পুং অমরোম পোথারবা তুংদুংদাংগী পুং ৮ লোম তারকপদা চাক লোইরে চ.রসি হায়হুনা ইচন অহুনা কৌরক্লম্মী। ঐনা ইতাও নিংথৌ হল্লকপা ঙাইখিসি হায়হুনা পুং অমা হেল্লা ঙাইরে -অহু ফাওবদা মহাক হল্লক্লমদে। খোংজাই ইচল অহুনা হায়রকই—

"মৈতৈ ইবুং! নংকী নতাও নিংথৌতি হল্লক্কনি হল্লকওই খংতে—চাক ঈংখ্রনি—নংম্নু লম থাপনা লাকপনা থ্নারমকনি। সে চাথোক্লরো"

মহাক্কা হায়বহুনা চুমগদমাল্লে খন্দুনা ঐহাক ইতাও নিংথৌহু অমুক ঙাইদ্রে। চাগদবা থর চারে। লাম্নবা পুক্তো চারিমখৈ হাওরে—ইচম্না খোংবা অলুমপোম্বা পূক থম্না চারে। চাবা লোই-রগা ইতাও ঙাইবা ওইনা ইমুং মন্নুংগী অৱা অনা লৈত লায়রগী রারী ঙাইহাক শারে। মতম অহুদা চাকয়াই কারহুনা হকচাং অসি লোথরকলে। অহুনা দুংদাংগী পুং তরামুক থর হেল্লকপদা ঐহাক ইচম্না থাবিবা ফমুংদা চণ্ডহুনা হিপলম্মী। হান্নবা য়াম্না তুংম্নীংলবনা হেক হিপথবগা তুমথরম্মী। ইতাও নিংথৌগী মুপী

ইচল অহুনা ঐগী কৈজুপ 'চংথৎহুন' শুপগীবা মতম অহুমক্তদা মমাঙথোঙ অহু গে লাওনা হাংদোকখিবা মঙওই হাওই তাখি—· ইতাও নিংথৌ অহু লোয়নবা মুপা অনিগা য়াম্না শাওনা চঙলকপা মাল্লি– মাগী মরোম্না মাগী মুপীদা "হায় মুপী অহু কনানো ?"

মৈতৈ ইনুং নঙগী মরুপ্তুনি।"

মহাক্না শাওনে ঙাঙবহুদা ঐগু মিং খজিত্তং শিংহনুন –

"ঐনি ইতাও নিংথৌ! নঙদি কদায়দা লৈরুবে, শাদি কারক্লবরা ? ঐনা ব্না ঙাঙবা লোইফাত্রিবৈদা মনা খুৎলৈ থুনা চোংশিল্লকুনা ঐগী লুমাং শন পায়হুনা চিংথৎলগা– শাওনা ঙংহুন। হায়বকহঃ "সিয়া। ইমাত নঙদি ঐ লেপ্ত্রিবৈদা ঐনি মুপ।দা নত্তবা লমচৎ চৎজিব। করিগীনো ?"

মহাক্না হা ঙাঙবদা য়ুনম্না ব্না ব্না নমলে, মহাক চপচানা য়ু য়াম্না ঙাওরমাল্লে খন্দুনা—

"ইতাও নঙনা খল্লিবহু লাল্লি —"

"সিয়া ওইদবা ঙাঙগম্ নহাক থাঙ চাগনি"

' করিগীনো নিংথৌ ?" মৈতৈ ইবুংদা অহুম্বা ব্না হায়ব্রা ?"

"করি ওক্কবী মুপী! চখোকউ থাঙ চাগনি।"

"হায় তোম্বং, পাসেম মৈতৈ মুপাসি পুল্লু"

মতম অহুমক্তদা ব্না মখা তানা ঙাঙনবা নংদ্রিবৈদা মাগা লোয়নরকপা অনিহুনা ঐবু ফাহুনা খুৎ অনিমক তুংবুম্না পুল্লম্মী মথংদা থৌরি অমনা অমুক খ্বাংদা থুহুনা উখোকতেন্দা পুল্লম্মী।

মখোয়গী খুত্তা খুৎলাই পাইখিবা ঐনগা তুনথরকবা অমদি ইতাও নিংথৌচু যু ভাওদুনা ভৌরিবনি—নিংন্দিনা ৱা ভাঙনরগা য়াগনি খন্দুনা অমদি অচুম্না ভৌরকনি খল্লুদবনা চেকশিনহৌদবনা—ঐগী পাঙ্গল করিমত্তা থোকখিদ্রে। গতি লৈত্রবা মতম অচুদা ইবুধৌ য়াংব্রেন পুরুমজবতা মঙায়রে। ঐগী ইতাও নিংথৌ অসে ঐনা ছায়বা ৱা—ইচম অচুনা হায়রবা ৱা অমত্তা তাখিদ্রে। য়ুগী নিশানা—য়াম্না ভাওরবনি মহাক। নিশানা ভাওরবা—মখোয় অচুমচু য়াম্না তমথিরবা শক্তমনি। থিন্দনা ঐগী খ্বাংদা থুরিরা থৌরি অচুগী মতোল নামা পায়দুনা তোম্বংনা মাও থানা চিং-লকলে। তা থাওপাক পায়বা পাসেম, হোলখোথং মখোয় অনিনা তুংদা ইন্দুনা ৱাকচীংগী ঈংলবা মমলবা অহিংতুদা য়ুমদগী মপান থোবকলে। য়ুমদগী মপালদা থোক্লমদাইদা ইতাও নিংথৌগী মুপী ইচল অচুনা মাওদা থৎলগা মপি তানা কপনা কপনা হায়খি— "নিংথৌ নঙনা নংকি মরুপ মৈতৈ ইপুং অসিতা য়াম্না লাল্লবনি করিস্লু নত্তপতা ওইদপতা হায়চিল্লিপা করিকীনো—মাপু মপান্দা পুপিগনু।" মচু তাবদা শাওরবা নিশানা ভাওরবা হোলখোথংনা "সিয়া ওক্কবী মুপী! চথোকউ লম্বী থৎকন্নু" হায়দুনা মাগী মুপীবু থোঙপারা কাওরম্মী। মুংশিরবা ইচল অচু লৈবাক্তা থরো থরো ওন্দুনা কপ্পুনা লৈহৌই। ঐহাক অমুক হিংবগী আশা উদ্রে।

হোলখোথংনা মথা শমথরকই:—

"ইতাও নঙগী নরালগী হায়রবদি। অসিনা নবুক্তা লেংতুম্না ছাংকদমনি। অচুবু তিন্নবা মরুপনি ইথুংসিনা ছাংলরোই।

চংলু—ঐগী খুনসিদা নও লৈবা য়াদে।”
অসি হায়দুনা ঐবু ইন্দুনা চিংদুনা খুনগী পম্বোং লান্না পুবম্মী।
মিকুপ অতুদা ঐনা খল্লম্মী—হাংপা মক্তি হাৎলরোইদমাক্লে—লাইবকনা তম্বনি—মুশাম্বর খিত্তং হুম্বরম্মী। থাবু থাদোক্লবদি য়ুম য়োনবা যেশা উপাই তৌদুনা চংখিবা হায়বত্তনি।”
খুনগী পম্বোং লাম্বোরক্লবদা খুৎলাই পায়বা ফীমু শেৎপা মুপা তরা মরি মণ্ডা লৈরম্মী। হোলখোথংনা ঐবু “সে মসি পুথ্রো” হায়দুনা মখোয়দা শিন্নরম্মী। মিকুপ খরগী মমাঙদা লৈরম্বা হিংবগী অশা খজিক্তং অতু হৌজিক্তি পূম্মাং মাংখ্রে। মখোয় রা অমত্তা ঙাঙদে। মখোয়গী মবক্তা অমনা ঐবু পুল্লিবা থৌরিদু পায়দুনা চিংদুনা পুরম্মী—অতৈনা তুংদা ইল্লম্মী।

কদায়দা পুরিনো অতুম্মু খঙদে। ঐহাক হৌজিক হিংবগী অশা অমুক তৌদ্রে। থাপ্লবা মুগন্নুদা লৈহৌবা ঐগী মুপী, থা তরুক্তা ঙাইরিবা ইচা মুপাদু নীংশিংলকই—মখোয়গীদমক খনবদা মিক্তগী পি তাখিবা খঙহৌদে। অমুকসু ঐগী মরুপ আইবোল নিংথৌ হোলখোথংনা ঐঙোন্দা চংলকপা শাজৎ অতুগীদমক—শাওনিংবা লমন খুন্নীংবনা প্রোক প্রোক চাকই—ইবুধৌ রাংব্রেনগী থৌজালনা করিগুম্বা হিংলবদি—মাগী মথক্তা লমল থুমগে হায়না ইথন্তা রাশকচৈ। মাগী মুপী ইচন অদুবু নত্তবা হায়জিবীদুনা করি তৌরমগদগে হায়নসু অমুক খল্লি। গতি লৈত্রবা মতমদা ইবুধৌ রাংব্রেনবু তত্তনা নীংশিংলকই—তাঞ্জা চাবদা—নানবু—নাম্বোক্লবদি হেক্তা চেল্লগে খল্লম্মী।

অয়ুক মুংথিলনা উমংদা লেকই—মুংদাং মুংদাং চংলম্মী। ঐবু ফাদুনা পুরিবা মখোয়দো রা মচেৎ অমত্তা ভাঙদে—ঐনা হংলবস্থু খুমদে—চাননবা পুরক্লগা ঐবু পিজে—অদুব্ শক্তাদি অকিবগী মশকনি। মুংথিলদা উমংদা মখোয় তুমদুনা লৈ—অদুম ওইনমক সন্থি লৈবনা—ঐনা নাম্থোক্তুনা চেনখিবগী উপায় শুকলৈ লৈরমদে। কবিগুম্বা কান্দস্থু চোকথরব্বা রারবা হকচাংসি অৱা অনা অকি অখং রাখল পূম্বা কাওদুনা মখোয়গী মরক্তা ঐস্থ ইশি শিনা তুমথোকই! অৱা অনা কাওহনবী তূমহল্লিবী লাইরেম্বীবু ঐন। খুরুমদবা ঙমজদে।

অস্লুম্মা চীং তুরেল উমং শমদুনা চংলকপনা তরামরিনিশুবগী মুংদাংদা মখোয়না ঐবু চাওরবা য়ুম অমদা পুশিল্লম্মী। য়ুম অদুগী সুমাং মাঙ্গোল অকোয়বদা মীনা পীকথম্না লৈরমমী—মরক মরক্তা মৈ হোর হোরদুন। মী কাঙলুপ কাঙলুপ ফম্লমমী। মখোয় অয়াম্বা মখোল হৌদনা চিবোল চিবোল রারী শানৈ। মুপী নহা কনানা তেংথা তেংথানা কপজম্মী।

য়ুমজাওদু মমাঙৈদা উথ্রবগুম তৌই। পাক চাওরবা সুমাং অদুগী ময়ায়দা চাওরবা মৈজাও অমা হোরম্মী। মুংদাং অদুস্থু পানখৎলকপগী ১২ নি পানবা ওইদুনা থাবলস্থু ফীঙৌ ফোনা ফজরম্মী। মৈগী মৈঙান্দা অমদি থাবলগী মঙান্দা উরম্মী—সুমাংগী অৱাং থংবা নাকন্দা উচুক অমদা ওাদুনা অশিবা অমা ফমলম্মী। অশিবা অদু রাং চাওবা শক্তমনি। ময়াং থম কং- শিল্লবস্থু খুইজিলবস্থু মাগী শক্তম অদু ঐনা মমাঙৈদা উথ্রবনি।

য়ুম, শুমাং, অশিবদুগী শকুম পুম্বা উরগা ঐহাক তশেং তশেংনা থঙলে—ইবুঙো সাহেব ঐহাক টীডিম য়োরে। অশিবা অমা উদা ঙাহুনা ফমলিবদু অকাম হাও নিংথৌ হাঙিলখুপনি।

ঐখোয়না থুংলবা মতুং পুংথায়মুক লৈরগা মৈজাও অদু ঙরং ঙরং চাকখৎলকলে। মৈজাওদুগী মংক্তা হাগ থারায় অচৌবা অমা থাংজিল্লকলে। ঙাইহাক লৈরগা মখোয় নুপা পাখঙ মবি মঙাখক চঙখিহুনা উচুকতা ঙাহুনা ফমলিবা অশিবদু থাঙৎলকলে। মনিংদা হুক্রম্বা উতোংদু লৌথোকখ্রে। অদুগী মতুংদা অশিবদু হাগী খারায় থক্তা থাঙৎখি। ওন্না ওন্না মৈরি ফংহন্দনা—য়াইফো ফোরম্মী।

ইবুংঙো সাহেব ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা তাখিবা ঐগী ইপু অদুনা হারী ওইনা ঐঙোন্দা লীখিবদু অদুমক হমাঙদা উরকলে ঐগী ইপু অদুনা ঐঙোন্দা হায়খি। "তাও নুপামচা, ইপুনা—হাকুম অকাম হাও কারুবদা অকাম হাও নিংথৌ শিবা থেংনরুই। য়েংঙোই মখোয় অকাম হাওগীদিনে শিরব। নিংথৌ অদুগী মথুন্দা উতোং অমা হুকচিল্লগা কোম অমগী মথক্তা উচুক য়েংদুনা মহুদা ঙাহুনা ফমহল্লি। অসুম্না নুমিৎ কয়ানিমরুম থম্মীদো। মতম অদুগী মতুংদা অশিবা অদুগী হকচাং মতুংদগী খোয়রি লীনশাং খোংজাবা—থম্বোম্বী চাকখাওনচিংবা পুম্বা পঙ্কুনা পুমহুনা উতোং অহোবা অদুদা লোইনা চেন্থখি? অদুগী তুংদনে। নুপামচা—শরুগা উনগতা ঙাইরবা অশিবা হকচাং অদু মৈদা য়াইদুনা কংহল্লগা চহি অনা থম্মীদো। অসুম্না অশিবদু মফিমরোন

শেংপীরগা ফমথহন্দুনা থম্মিদো—চহিগী শোরাং য়ূহোংবা লোই-খরগা অশিবত্থু ফুম্মিদো নুপা মচা।”

ইবুঙো সাহেব! ইশোয় হেক শোয়দনা ঐনা তাখিবা ইপুনা লীখিবা অদুমক ইমাঙদা মথং মথং তৌরকলে। হাও-তিলখুপ নিংথৌগী তশিবা মশাত্থু কংনা য়াইথোকলে। অদুগী তুংদা মানা হিংলিঙৈদা শেংলম চায়রম্বা ফিরোল নিংথৌগী পোষাক শেংপিরে লিংপিরে লিককোল শিবিরে—কোয়েং য়েংপীরে উরিক-সেক পজেং ফিরাল থেংপীরে। মথংদা মানা হিংলিঙৈদা হেক হেক ফম্লম্বা মখোঙ নাইবা ফিদা অদুদা ফমহল্লে—মানা পায়রম্বা থাঙ য়ানশিনবীরে—মানা পায়রম্বা তা, নোংমৈ মনাক্তা থেন্দুনা থমলে। মাগী মমাঙদা মানা থল্লম্বা খ্বাইদুগী চফু—মচীন মঙা ফাংবত্থু খিন্দুনা থম্মী। নাকল অমদা মানা হিংলিঙৈদা ফারম্বা শজি, শাজন, লমওক শওম, কৈ, কবোকৈনচিংবগী মকোকশিংত্থু পরেং শানা থম্মী। নাকল অমদা মাগী লংফৈ চৎপদা পুনবা পাইতু চেং চাক চুরুট সিগর কাংচুপ য়ুগী তুম্বা তুম্নহিপ্পবা ফীডাং মপৈ মপৈ থম্মী। পুম্নমক শেমশাবা লোইরগা মখোয় মশেল মরোলনা তেংথা তেংথাদুনা কপনৈ।

হাওতিলখুপকী মরি মতা শাগৈ নাতৈ মচামশু—অখাপ্পা অনকপদগী লাকপা মখোয় খুদীংমক মানা মানা পূরকপা চানবা পোৎ, থক্লবা য়ু—চুরুট সিগর কাংচুপ পুম্নমক অহানবদা কনানা হাওতিলখুপ নিংথৌগী ময়াদা—ইল্লগা মানা অমুক চায়। কনানা য়ুনচিংবত্থু নিংথৌগী ময়াদা চুপহল্লগা মানা থকই—কনানা সিগর

চুরুট কাংচুপ অহু হাওতিলখুপ নিংথৌবু হান্না থকহল্লগা মখোয়না অমুক থকই। কপনা কপনা রা ভাংনা ভাংন। নিংথৌগী ময়াদা ইনবী, পীথকই। নিংথৌগী মচিন্দা চুপলিবা চুরুট সিগর কাংচুপ অহুদা মৈখেৎ খেৎহুনা চপ্পী—মথংদা মৈখু রা রা কারিবা চুরুট সিগর কাংচুপতু অশিবগী ময়াদগী লৌব লৌরহুনা থকই। অমুন্না কনানা অশিবগী ময়াদগী তারকপা অথোংবা পোৎ শাঙা চাক অহু. চায়। মখোয় মখোয়না পুরকপা হৈ লৈ ইন্নফী পুম্বহু হান্ননা নিংথৌবু ইলহল খোৎহল্লগা মখোয়না ইল্লি, চিল্লি; থেৎলি। হাওতিলখুপ নিংথৌগী হোমিন কামিন্নরবপা লুনা চাম্না তৌনবা মরুপ মপাংশিং অহুন। অশিবগী মমাঙদা লৈরিবা রাইমু চফু অহুগী তোংজৈ অমনা অশিবগী মযাদা চুপহল্লি—লেমহৌবিবা তোংজৈশিংদনা মখোয়না থকই। অমুকম্মু তোংজৈশিং অহু অশিবগা শিন্ন-শিন্নহুনা থকই চুপই; অমুকম্মু কপ্পী রা ভাংনা ভাংনা কপ্পী।

অমুন্না মুমিং হুমনি চুপনা অহিং মুংথিল নাইদনা চা থক্কুনা —অশিবা অহুগী মনাক্তা ওরং ওরং ওংনা লৈরকলে। মং পুনিমা মুমিংকী মুংদাংদা—নোংয়াইদা অশিবহু ফুমগদবনি মতম অহুদনি ঐবু লুখা থাগদবসে।

থল্লু থল্লুরগা পুম্নমক অসি মানা—হোলখোথংনা থোকহন-বনি থল্লুরগা খোয়দো প্রোক প্রোক চাকই। লমন খুম্মিংবনা থুৎশা মরেং মরেং চৎলি। অমুকম্মু থাপনা লমদম তাম্না লৈহৌরবী খোংজাই ইচন্দু মানা কবি তৌবিরমগদগে খল্লি। অয়াম্বা মতমদা

লমদম তাম্না—মুগমুদা লৈহৌরবী ঐগী মুপী—ঐগী ইচামুপা অঙাং অহুবু নীংশিংলুরগা ইথন্তসু মুং মুং কপচৈ। হিংগনি হায়বগী অশা উদ্রবা অহুদদি ইবুধৌ ব্রাংব্রেন নীংজবা নত্তনা ঐগী করি উপায় লৈ।

ইন্দ্রঙো সাহেব! মীগী মরাইবক্তা তমখ্রবা খেংপা য়াদে। ঐগী চেঙ খর লৈমাল্লে ইবুধৌ ব্রাংব্রেন্না কুবিবা নত্তনা অত্তৈ করিসু ওইরোই।

অশা পূম্বা থাদোক্তুনা অরোইবা মিকুপ ঙাইহুনা লৈরবনি ঐহাক, অহুবু থন্বাইগা হকচাংগা কায়নব্রিবা ফাওবা মীওইবগী আশাবু লোইবা লৈব্রা? ঐহক্কা থুংলবা মতুং—নিনি কোনবা ১৪ নি পানবা মুমিংকী মুংদাংদা ঐগী চানবা পুরকপী মুপীদো— আদা আইবোলদা লৈহৌবী হোল-থোথংগী মুপী ইচন্দু কয়া মানখ্রে। অকাম হাওগী ফী শেং ইন্দুনসু ইচনগী শক-ফমহু থক লোৎপা য়াদে। মানা ঐঙোন্দা মুম্না য়েংলগা চান-থক্লবহু পীরম্মী—ব্রাদি অমত্তা ঙাঙদে। ফন-মাল্লবসু, ব্রা কয়া হংনিংলবসু মহাক লাক্লমগনি হায়বসি ওইথোক্তবনি খল্লুহুনা ব্রা অমত্তা হংহৌ-দনা অহিং অহু অহুম লেপ্লে।

মথংগী মুমিং অহু থানিননি। ওসিদি হাওতিলখুপ নিংথৌহু ফুমগদবনি; ঐনা হিংবগী অরোইবা মুমিংনি। অমুক্তগী হৌনা মথুম মরাং হৌরে। ঐবু হাংনবা লফু অহু অরাংবা চীংদোন্দগী লৌরুহুনা থমখ্রে। পাক চাওরবা শাংলবা লুম্নবা থাওহুসু পুজা তৌহুনা থমখ্রে। ওসিদি কনাসু কপত্রে। অয়ুক্তগী হৌনা কাওবু কাওবু থোক্লুনা হাওতিলখুপ নিংথৌগী মমাংদা জগোয় শাই, ঈশৈ

শকই—শানৈ য়ুনৈরে। মী লিশিংদগী হেন্না তিল্লবা পাকচাওরবা সুমাং চীংমায়দু পুম্নাও লাওখ্রে। য়ুগী নেশানা মী পুম্বা ঈরাং লাওনরে।

মুংদাংগী পুং মাপললোম তারকপা মতম—মপান্দা শানৈ য়ুনৈদুনা চা থক্নুনা কোয়রাং লাওলি—জগোয় ঈশৈনা পুমনিন নিল্লি। মতম অসিদা ঐগী চাক থিনবা লাকপী নুপীদু মথন্তা পবপ পরপ চঙলকই। চানবা য়াওবা পাত্রদু মাওদা থমলগা মাগী ফীনুংদা পুবকপা হাওথাং খাঙপাক অদুনা ঐবু পুল্লিবা পুম্বা কক-থৎলে—চয়োম য়াওবা পাইতু অমা ঐঙোন্দা য়ানশিনবীরে—অকাম হাওগী হাওফী অমনা ঐবু বুপশিনবীরে। অদুগা মতুং ইল্লকুবা ইঙ্গিৎ তৌরম্লগা থোকখ্রে।

ঐহাক থুনমক মাগী মতুং ইল্লম্মী। য়ুমগী মনিঙ থর শুক্তক তৌবা মীনা কয়া উদবা মফমদু য়োরকপদা মানা মৈতৈলোন্না হায়রকই।

"মৈতৈ ইবুং! নঙ থুনা চেনখ্রো। লম্বী অসোমদা তুরেল তাবনি—তুরেল খোঙনুংদা চৎখো—
নহাক নতাও নিংথৌবু শাওনুকো। য়াদবা মতাং থোক্নুনা তৌথ্রবনি।

মাগী রাদু তাবদা ঐহাক পুমঙক ঙকখ্রে। মঙোন্দা মিৎ কুপ্লা রোংদুনা লৈবক্কু উবদা—
"নত্তে ইবুং থুনা চংখ্রো।"
অসি হায়বম্লগা মহাক ময়াম লাওলিবা অদোমদা তপনা তপনা চংখ্রে।




কারোং, ১৯—

লোইরবা।

মনিপুরগী অইবশিংগী মরক্তা মমিং লৈরবা সাহিত্য একাদেমী অমসুং ষ্টেট কলা একাদেমী এৱার্দ ফংলবা শ্রী এলাংবম সোনামনি সিংহগী অহুমশুবা ৱারী মচাগী লাইরিকসিদা অইবা নশানা সবকাবগী অফিসার অমা ওইনা মনিপুরগী চীংগী লম তমেলোং তেংনৌপল অমসুং মাও মরাম অমদি বিহারগী চীংগী লম রা চিদা চৎলুবদা থেংনরকপা লমদমশিংশিংগী ফজবা অমাদি মনিপুরা লৈবাক্তা চৎনরম্বা লমন খুন্নগী ৱা অমসুং লাইশোন তিনশোন চৎনবী কয়া কয়া থেংনবীগনি।

হৌজিক ফাওবদা কোওলবা মহাক্কী অতৈ লাইরিকশিংদি :-

শৈরেং :— ৱাখল শৈরেং, শংবান্নবী, থাম্মোইবিনা, লৌনমচাওবী লৈরাং, কায়নবদা, অনিথোকলবদা, উদ্ধবকী পাও, পোমশাংনবী অমসুং মিংনাইদবী।

ৱারীমচা—নির্মল যমুনা, ৱোনকুদা শিকাব, জগন্নাথ পুজারী, মমাঙথোঙ লোল্লবদি মনীংথোঙদা লাকউদনা (সাহিত্য একাদেমী অমসুং ষ্টেট কলা একাদেমী এৱার্ড ফংলবা) অমসুং হায়নবীদো।

উপন্যাস—বসুমতী।

ৱারেং—বারুণী ৱারেং শৈরেং।

---

*Printed at : -*

**Sucheta Prin ing Works**
**Moirangkhom, Loklaobung. Imphal**